# তরঙ্গ
# খোংনাং
# চাউথোইবা



এলাংবম দীনমণি

# তরঙ খোংনাং চাউথোইবা

( খোঞ্জেল লীলা মঙা )

এলাংবম দীনমনি

বোধি পব্লিকেসন্স
ইম্ফাল

মখুমগী মওং অমদি য়েকপা :
শ্রীহাওবম বলজিৎ সিংহ
শীংজমৈ থোঙাম লৈকাই, ইম্ফাল



দিনেশ্বরী অমদি দিনেশ্বরনা
বোবি পব্লিকেসন্স,
শীংজমৈ লৈশাংথেম লৈকাইগীদমক্তা
অহানবা ওইনা মশীং ৭০০ থক
অম্বিকা প্রেস, খোয়াথোংদা নমতুনা ১৯৯৩ দা ফোঙবা

মমল : লুপা নিফু

TARANG KHONGNANG CHAOTHOIBA—a collection of 5 Radio plays, by E. Dinamani; published by Dineshwari and Dineshwar for Bobi Publications, Singjamei Leisangthem Leikai, Imphal; printed at Ambika Press, Khoyathong; 1st edition, 1993; copies 700, Price Rupees forty

# ৱাহৈ ওইনা

হায়জববদা, ওইবা ইযা য়াদবগী ৱাদনি লৈনাদি হায়দনা খোংপা হৌখিবদি ফনা মকুইরে ; ১৯৬৭ ওগীনি। খোঙ্গেল নীলা ( বেডিং প্রে ) দি ১৯৭০ গী অদ্বায়দগী ওইবগ্মা যাই। খ.বদা মিন্নুংশিত্নম পোকই। ইকাযজ্জদবস্ম ঙমদে। মীনা হেক তৌবিমখৈস্মু য়াওনীংঙ্ই। ওস্তোকপা হায়বত্নি।

১৯৭০ শিং, ৮০ শ অমদি ৯০ শিদা খোংখিবশিং অত্তুদগী খবা হেন্না পুথোবচর্নাংবা লাল্লা মঙ খত্তং খঙ্গংলগা খ্বায় লাগী মাঙদা থমর্জ'ব। বাবা, চাগনি হায়বদি থাদে। অনী অমদি ( বও .খ. ন" চাউথোইবা অ. . । ১ পৌবকে ) অ.কাশবানী ইম্ফালনা ১৯৯২ দা শান্নবিখে। . মক অ ১৭ ১ ৮০ । অতৈদি শান্নবকনি হায়স্ত থাদ্রে। অত্তুগা শান্নদনবা ইখিবমতি নাত্তে। লীলাগী মথবাবিদি শান্নবগা হাপ্পনি। অত্তু-মকপু পাকা হায়বগীস্মু চনা চানা শান্নব, মঙনা অমনি। শান্নবিদনা মাংসে-বিযু। পোশাবা বায়দনা পোখনাংঙকপা মঙ দা চবা নোংখন্নবস্ম কনানা ওঙনা! নললা, খবা হেন্না ওইবা যাবদি, হাইবপ মানগে লৌবস্মগা নানডজেখিবা লোগননা চবোঙ্গী কাড়না অত্তুম তোকখিগদ্রে হায়বশিনি।

চাংনবিঙে মতাংদা পান্দম খবদি মবাকচখি, পাউদমজনীংবা খবস্ম অত্তুম মবৈখি। উজকবা খবত্তু ইন্দি, তিংনা অমজবএনি। কদায ফা.ওবা তম্বা ঙম্বা হায়বত্নদি ভাবোকতা লৈবে। শিন্নজবি।

মার্চ, ১৯৯৩ এঃ দীঃ

# য়াওরীবা লীলা

# পরীক্ষা দেবী

**অচওবা খোঙ্গ্রেল**

( থোকপগী অহান অকোনগী মতুংইন্না )

| | | |
|---|---|---|
| ১। | চায়রুংমা | নুপী চহী ৫০ মুক |
| ২। | রিক্সা থৌবা | -- নুপা চহী ১৭ মুক |
| ৩। | চায়রুংপা | – নুপা চহী ৫৫ মুক |
| ৪। | ঙজা ( মৈরুং ) | —নুপা চহী ৩০ মুক |
| ৫। | চায়রুং | – নুপা চহী ৩০ মুক |
| ৬। | জেকেট | —নুপা চহী ২৫ মুক |
| ৭। | ঙাংবিয়া | --নুপা চহী ৬০ মুক |
| ৮। | পুরিৎ | – নুপা চহী ৭০ মুক |
| ৯। | চরাংলৈমা | —নুপী চহী ২৫ মুক |

( ইখিবা কুম ১৯৮৫ )

রিক্সা থৌবা —কদায়দৈনো ইমা চান-থক্লবা পৈশা'য়ে। অহীং তুম্মুদবৈনি ইচোক চোকথবা।

চায়রুংমা— জুরারগী ওইরিনি ? অদৈ মুংজাওদো কোইয়ু। মুপামচা পাখং ময়াম ফম্বে ইম্নোকঅম্মী ওইরিনি।

রিক্সা থৌবা—জ্বার নত্তেনে ইমা লাইরিক খরা পাদবা য়াদদনা পারুবা।

চায়রুংমা—এ! নঙদি লাইরিক করিগী পারিবা! থোকপ্রো ?

রিক্সা থৌবা— থোকই ইমা। পরীক্ষা অমা থাগে হায়দনা পারিবা।

চায়রুংমা—আই! পরীক্ষা ? করি পরীক্ষা ? রিক্সোগীরো ?

রিক্সা থৌবা—নত্তে ; হয়েং হংচিংতৈ হৌদৌরিসে ময়ামগীসে।

চায়রুংমা- হাই! হংচিত্তৈ হৌদৌরিসে! মসিগীনিনে ঐনা নখোয় অনী নেক্তনা পোৎ হোম্থরকইসে। ঐপা, নঙদি — ।

চায়রুংপা—( অগাপ্পদশ ) হাই নঙব্ য়ৌশিল্লকখিরোইদ্রা ! মী অঙাং অসিগী ভারা হায়রিনে।

চায়রুংমা- হো ঐ পীগে পীগে। অনীগী পুন্না পীরগে তৌবনি। ও! মুংশিদা নঙস্থ থাদৌরিবা ওইরে। য়ারে য়ারে ওম্নোকঅগা দারী অসিদা মনীংনা লৈশিল্ল। অত্তুগা নবানী চঙদনা অমুক্তা লৌথমিন্নৌ ইমাদা। ইমা ভারা লৌথোক্কে।

চায়রুংপা—কৈনো লৈমা, নঙনা হোম্থরকই, ময়ামসিবো। নঙবু লৈকাই অসিগী রেসনগী এজেন্টকা ওইর জাৎলনে, ঙসিদৈ ?

চায়রুংমা—সে, সে নবানীগী পুন্না লৌরো ; য়েন্নরুরো। মুপামচাসিদি মুংবু মুংশিনে পরীক্ষা থানে'ইনে ; অহিং লাইরিক পাই হায়-দনা মশা অসি থৌবা ঙম্বোই ঙমদবোই তৌরিনে। সে, সে চো-চো।

( রিক্সা মখোল। চৎখিবা )

চায়রুংপা— নহোয় নমা-নচাগী পরীক্ষা অসি থরাই য়াওইদকো সরস্বতী ইবেম্মা ! নয়ুমদগী হেন্দোকঅদনা রিক্সাগী অঙাংনুবী ফাওবা পরীক্ষা থাও হায়করব্রা। চেল্লিঙৈদা মাগীস্থ য়াওনা চেনবি-হৌরগেরো। করি করি পোৎনো অমদা কোন্নদদনা রিক্সা অনী ফাদনা হোন্থরকইসিবো ?

চায়রুংমা— হো, পরীক্ষাগী পরীক্ষাগী ; নচা অহুমসিগী পরীক্ষাগী। পরীক্ষা তৌদোরে হায়দনা খোইরেন মশা পান্নরিবসি তারিরোইনে মণিপুর পুন্নমক্কী ফাইল পুন্নমকসি ঐখোয়গী ইমুংসিদা হোন্থরগা স্থরিবনিনা ! ইচাগী ইস্থগী পরীক্ষাগী ৱা কা খনবিপোৎ নত্তেনে। অসোমগী মহা লাংবাইবী অতুগীনিবু হায়রবদি অমুক্তোইনা শিনি-নানিকা খঙপোৎ নত্তে ।

চায়রুংপা – ঙাইখোনে চাইরুংমা নঙবো। মেচবতু, হায়দি হীরমতু ইয়ান য়ানশিন্নঙম তৌরেনে। পরীক্ষাগী করিগী হৌরম্মগা অসোমগী অদোমগী হায়দনা এঙ্গল অতু ওন্নবা কাপথ্রিহুবু, পরীক্ষা-রোমদা লৈশিল্লকউনে। কেদৌববগে ? নঙনা শীন্দৌরি জাৎলা ?

চায়রুংমা—শীনবাইবু ; ঐনা োয়না তৌরিসি মতেং খজিক্তস্থ পাংবিবা ময়াইদনা ! মহোইগী অশঙবা ওজাশিং উন্নবস্থ ঐনা চৎপা মহোয়গী পরীক্ষাগী শঙ অতুগা চৌকিদার পিয়ন হায়নবস্থ ঐনা ! অকোয়বগী পানতুকানশিং অতুদা ৱারী ৱাতাই তৌবস্থ ঐনা চেনবা ! কনাই ঙম্পোৎ নত্রে ! খরা খরা য়েংনরসি। মাই বাজীস্থ অতুদা তাবা থানা-নুংনাগতু খরা থিদনা উন্নবিবা ময়াবনি। মীগীদি মপা-মপু শাগৈ নাতৈ হৌদনা তৃস্বা-হিপ্পা চঙনপোৎ নত্রে, চনাং ইন্নর কাননি ! হয়েংদি মীগীনা অরৈব-মখৈ হোহৌ য়ায়া শম্বল চেকপল ময়াদা পরেং পরীংদা শেম্বাং

তোংগদবা। ঐখোযগীনা কনাস্মু লৈতবদোনা অঙাং মশাদা তবক তরক কাচিন অমদা তুফক তৃফাই চল্লদনা হন্না য়েংই কনাস্মু উদা অতোম্বী মচা—ইহে। হং-হং। অসোমগী মচা-দোনা লাপ্না ফম্মদনা ইবনদি ইনাং মচাক্তি ফংদা, কোলোম মনীং অতু শায়দনা লৈবদো—। নচা পোকথৈ পোথোক্লগা অতুগুম্বতুবু নমীৎ অতুনা য়েংতুনা লৈদোরিতুবু ঙম্মু ঙম্মীনে। ওস্তোকপা, মচাগী হুংশিবা অমতা য়াওদবা মপা হায়বতু ওই-রেদকো! ওস্তোকপা ইরাইবক্লি।

চায়রুংপা—করিনো লেমা! বাহংচে শেম্বগা ছাত্রগা য়ানবা অমা পুবকপা ঙমদ্রিফাওবা পরীক্ষা তৌরদি হায়কন্নু পরীক্ষা লোয়শঙ ফাওবা ইস্তেকঅনি হায়না খবরদা। ফোঙখিদাইনে ঐবু পাহৌইদা।

চায়রুংমা—মতুগী হেক থংনবা . . মদা। "শেংদোকচবা" হায়দনা নোট ইবা কাঙবুগী মীহুৎ t। পান তুকানগী কাববোন সপ্লাই তৌবা কাঙবুগা য়ানবা অম। পুবকপদগী নোংথক লানমী, ঈশিং লানমী কংফালগী তেঙ্গোল শক্তি অগুমদা পুন্না শিন্নথ্রে পাঙ-থোকঅনি হাযদনা ফোঙাখিবতুদি শ্রীনোয়োনদি অসোমদা য়েংঙুরিভৈদা থেংনাবদ্র জাৎ ওইরে।

চায়রুংপা—নত্তেনে টিং ভিং দা হাযখিবত্তুদি?

চায়রুংমা—ওহো। মতুদনা নুপানা হাযবা হেক লোইবগা নুপী অমতনা "খেদ হৈ"—অতুম লোইথ্রে!

চায়রুংপা—আইমা! রেডিওগীতুদি?

চায়রুংমা—ওস্তোকপা পেংনিদকো গুরু-ফাংখোঙনা সাখী! মতুগীদি "ঙাকপিগনি" না হান্না হৌখিবতু তাহৌদ্রবো?

চায়রুংপা—ই—সে ! ঐদি খঙহৌদ্রেদনা বিজুলী শক্তিগী মরম থিরিবঁদা। নত্তে অহুবু পরীক্ষা লোয়শঙলোমদা ফোন-ঙ্গুং তৌদনা অমুক্তা হংসিরো লাইখায় অমা তাগোক্লবা ?

চায়রুংমা—কান্নরোই হায়বনি চায়রুং মপা ! লোয়শঙলোমগীদি থা, তারীখ লেপ্পদ্রিঙৈ আ—মমাঙদা, থা মঙা-তরাই মমাঙদা কোরিজেন্দমনা হান্না থোকথ্রবনি। ৱারেমতু খিৎ তোক-পিরো ! খিত্তা তোকপিরো। শোয়দ্রে পরীক্ষা শোয়দ্রে। শঙাইশেন পাইগে পাইয়ু, ধূমকেতু মমৈ তংকে তংলু, শমগে শম্মু পরীক্ষাদি হ ! হ। লৈবাকসিদা খুতুম্না—! ( লৈবাক্তা খুতুম্না স্নবগী মখোল )

চায়রুংপা—জৌমি-জৌমি ! ঐদি তাদেদনা ! লৈবাক অসিদি আ—য়ৌরজাং এইরে। পরীক্ষাগী তারীখ ফাওবা খঙনখৎলকএনে ! লোইরেদো। লোইরে·· ( লাই শোনবগী মওং ) হবে হরে ! য়া পরীক্ষা দেবী. সর্বভূতেষু ; দেনজর রুপেন সংস্থিতা··· ।

চায়রুংমা- শোল-লাক্না লৈথোকপা য়াররোই, সে সিতুম অমুক্তা য়েং-মিন্নসি মহোয় তুকাননা ঐনা পীয়ু হায়বতু ইশিল্লগা পীরকপনি চুম্ব চানত্রা য়েংসি ; চেতুনি অমুক্তা মথং মথং পাবিরকউ। ঐ পোং অসুম লোথোরক্কে হায়বিরকউ।

চায়রুংপা—নঙগীসিবু য়ামথ্রেদা, নচা অমনীগী পরীক্ষাগী পোৎলনে ময়াম-সিবো ; থা কয়ানি চত্থগদবা পরীক্ষানে'গেনে ? ( চ্ব কাপ্পগী মপোল ) যুঃ এনঃ কাহুব পাউ পীখিদবা জাৎলা !

চায়রুংমা—কান্নদেসে ঐ থেংথ্র পোংনি ! চাক-ঈশিংকাস্থু অমত্তা তৌদ্রি-জাংনি মী পরীক্ষাগী ঙরাং ঙুংদাংদগী উকু ফমহুনা অচৎ-অঙক্কী

মঙং ষ্টডি তৌহৌবা অমত্তুদি পাইশিল্লকঅনি চাগদবগী। অমত্তুমনা কদায় য়ৌথ্রবনো নহান্দগী উদে।

চায়রুংপা—জেকেট হায়বা নচা য়াইমসিমদি মী ওইরনি লৈমা। করিনো পরীক্ষা মন্নুংদা হাকথং শাজেন ওইনা বন্দ অমা করিমা কৌনবা শিল্লিবনি হায়দনা তরানীমুকসি চাক চাবদমক হল্লকপা উই। অঁ, পারকঅগে—

চায়রুংমা—ঙাইবিখো বোরা মরীনিদনা। মসিদা বোরা অমদি থুমগী লৈরে। মসিমা লৈজরে: অহুম অসিদা, খাও অচৌবসিনা মহোয় অহুমগী পরীক্ষাদা শীজিন্নগনি লৈরকউ হায়বা পোৎ মথৈ হাপ্পনি; খরা পীকপা অঙাংবসিনা ইমুঙগী চান-থক্লবা পুল্লপ হাপ্পকঅবনি—মানা হৌথ্রবদি চথোক খোক্তোক শংঙোই-দবনিনা—কথেন বন্দ তৌখিবস্থু কনানা খঙবা,—মসিনা হরাই-চেংরাইনি অদৈ অমসিমনা—

চায়রুংপা—এ! ফরে নঙগীসি কুইদৌরে। অমদগী হেক্তা হৌরকঅগে, পাথরক্কে সে পুখোকঅগা য়েংঙো!

চায়রুংমা—(ভাব তাবা) হ! অতু হেক য়াবা নত্তে। মসি নখোয়গী সরকার শেম্বদৌনা হাথু-হাথু তৌবা য়াবা নত্তেনে। অমমমতা চেক তৌরগা ভাব তানা, নে-না তানা,—অরাৎ-অপা মুন্না য়েংদবা য়াবা নত্তে। ঐখোয়গীদি লাইবু লাইরি মী অঙাং অহুম অসিগীদি পরীক্ষাগী মতাংনি। ময়ুম পানবা হেক্তা শীংকদৌরিবনি—মানা করিনাইবু— !

চায়রুংপা—অস! অমুক কোথরেদো! ফরে খঙঙে! পারকঅগে য়েংঙো।

চায়রুংমা—হ ! অদু নত্তে মখাগীদো ! মখাগী চে অঙৌবদু বোরা অঙৌব-সিগীনি পরীক্ষা চৎপগীদা শীজিন্নবা মানচাং ময়াম হাপ্পনি ; অঁ পাবিরকও ! নম্বর রান— ! রানদা করি ইরি— ?

চায়রুংপা—( শাধব' ) খুগ্রী অনী, সমুরাই থাং অমা ! অস ! নচা অহুমগীরা ?

চায়রুংমা— অমদি মুপীনি হায়দনা সমুরাই লৈরকউ হায়দনা মবুঙনা তপ্পনি । মখা নম্বব তুদা— ?

চায়রুংপা—করিনো নঙগীসিবু খোংজোম লান চৎপদোগুম তৌরিসিবু লাইরিক লাইসুগী রা ইয়াও য়াওদবগুম করিগুম্বা— ?

চায়রুংমা—ঐস্ব ঙকউববনি । মমান্নবা লোয়না পায়নৈ পুনৈ হায়দনা পেহৌ পেহৌ তৌদনা ইচা অহল তিলহল-লাইহল চায়রুংনা হায়রে । পুজরসন্নু, কৈদোগে । ঙমদবস্তু নত্তবা । শীজিন্নরস্নু শীজিন্নদ্রবস্তু য়াই ; 'সুম মপায়শিনবা হায়বসিদি মাঙবা নত্তে । কায়দেদা মাই পাবুও ; কৈনো শীবু-শীজীন্নদ্রবস্তু তৌবুল হোয় পানিপঠ হোয়গী লানফমদগীস্ত কৈমত্রা শীজিন্নদবা পীক থন্না হল্লকঅম য়াই । তয়েং মথং মথং হেক পুথোক্লরকঅদি মাগীস্নু রাংপা ফব্রদো । ( কেরপ ) য়াওরিয়ে লাইরিককাস্নু । য়াম হায়গ্র জাংনি অফংবা মরী-মরী মঙা-মঙাদমক লৈরকএ । হোয়দা মহাপচঞ্জরসন্নু কবি হায়গে মায় পাবুঙ ! কো ?

চায়রুংপা—হোয়নে হোয়নে । ফবেনে পেনশিল মচীন ঈৎনবা-কৈদোনবা ফরে ফরে ।

চায়রুংমা—অদৈ তো লাইরিকস্নু ময়াম অমা, (লৈংক্তা লাইরিক অথা-অথাবা থম' থাধবগী নথেপ ) ফনা য়াম্মে ।

চায়রুংপা— অস য়াম্মেহে। মহোয়না তম্মিন্ডৈদা মচীৎ-মচীৎ ফনা য়াম্না লৈখিবত্তুদগীদি সিনা য়াম হেল্লে'হে! করিগীনো চপ মান্নবা অসিস্তু কোপী অত্তুম অত্তুম লৌরকইবসিদি?

চায়রুংমা—খঙদে খঙদে মবোল মরী ভাব নাদে। অমা লৌথোকপ্রবস্তু অমা, অমমুক শংপ্রবস্তু হাকথং অমমুক্তি হায়বি। ভাব-মেন তাবা লোল নত্তে। তৌরসন্নু লান্দবু লান্থোকঅবদি লোইরে। মমান্নবদি অা—য়োনখিবা য়াও লোইবে হায়বা য়াও লৈনদ্রে। মচনন্নুপী লাংবাই অসিনা ভুম্বা তৌদ্রিন্ডৈদগী থারকইবনিদনা চায়কং অসে। হন্দক অমুক মচল অসিগা থামিন্নরি। য়াইমা অসিগীনিনে সে সে কাববোন পেকেট মঙা, সে (খংগী মখোল) মচু মান্নবা বোলপেন মচীন দজন মঙা. মন্নুংগী খবা মপানগী খরনে'য়ে। কোন্নগদ্রা কোন্নবোইদ্রা হায়দনা চিংনবগুম তৌই য়াইমা অসিদি।

চায়রুংপা— ফরে-ফরে; ভাব তারে, যেং বন্নু চুমমম্মনি। দুকান্দার অত্তুনা চুম্মে হায়দনা পীরকঅব। নত্রো?

চায়রুংমা—অত্তুই য়াবুদি সীজন মতমসিদা মাগী মাগী বিষয়গী খাউ-খাউদা অত্তুম য়োমত্তুনা পৈত্তুনা থম্মবনি। প্র-প্রব চঙখিবদা য়া মখা তানা ঙাংনপোৎ নত্তে ক্লাসকা সবজেক্টকা থোক হায়বা; মিনিট তরা ফাদে অত্তুম খাউ অমা হেক্তা পুথোক্তুনা পীররে। মমলগা ঙাংনবা য়াবা মতম নত্তে শ নপোৎ নত্তে। মীনা কুক-কুক, চীক-চায়ন ঙম্নপোৎ নত্তে। দুকান্দু পুঙ কুনমবী অত্তুম হাংবনি। এ! দুকানত্তু খুৎলাই পায়বা ময়াম্না, সিপাইনা শঙভিবনি। এডমিটকার্ড য়াওদ্রবদি চঙহনপোৎ নত্তে। মহোয় পাবুঙহোয়নদি য়মদা স্তুম ফম লৈবত্তুদা খঙদ্রবননি; ওম্থোক্না

য়াম্রপোৎনি। কলিদা ইচা পোকপসিদি পূন্য লমশি হায়ত্তুনি অতুননি ঐনা লৈশারিঙৌদৈ হৌনা নাউরোনগী গুলী— ! ফরে খাউ অমসিস্ু য়েংখিসিরো ?

চায়রুংপা—মসিদনা করি করি য়াওরিবা ? মসিদনা বোমগুম্বা তোপ মরুগুম্বা নুক্লিয়ার-খুৎসু-খুৎলাই হাপ্পা জাৎলা। মসিমদি থাকাবা থাদ্রোইশিংগী কিদবেককা মাল্লি। হাংলগুমসি। করিদি য়াওবি। য়ামদ্রবদা ঐস্ু খঙহৌবদি চুম্মী। করি করি হাপ্পি—মিসাইলগুম্বা ঈকপ্পী জহাজ মরুমগুম্বা য়াওব্রো ?

চায়রুংমা—কদায়দেনোদ। মহোয পাবুঙসিমা ! করেম্নবদৌনা তৌরদনা পরীক্ষাগী সাজোন তৌবদবু অতুগুম্বা চঙই হায়ব্রো ! অতাবম্মা তাবগা ঐখোয়বু সিংহাসন মুনগে হোৎনরবোই নীংঙনি। কাননা-কান কান্দা অমা ওইরসিদা ! মন্ত্রী মনা মাইক্রোফোন্দা নপ্পবা কানসিদা !

চায়রুংপা—উম। লায়েংবদি ময়াখিনি কৈথেলমক্তি য়ৌদ্রি।

চায়রুংমা—কদৌবা ! হৌজিক্তা কুম্মকইবা ঐবু য়ৌরুদ্রি হাবা ! থাজদ্রগা কেশ-মেমো য়েংউ। লোইনা য়াওরিবনি অমত্তা চিথ্দনা লৌরকপনি। কনাগী জিন খো গ্রাও অনী, জেকেট ফুরিৎখাউ মরোংবীতু অতুম, ফনেক উতোং শেম্বী মঙা—।

চায়রুংপা—কবি কৈদৌবা ফনেক কৈদৌবী'বা ?

চায়রুংমা—উতোন শেম্বী।

চায়রুংপা—করিনো অত্তুদে ?

চায়রুংমা—য়াওরিবনি য়েংসিবো ? এ ! চপ মান্নবা জাৎনি। খঙপোৎ নঙ্কে।

চায়রুংপা—করিনোনে পোৎপো ?

চায়রুংমা—ফনেক, ফনেক! নচানুপীগী পরীক্ষাদা শেংনবা। ফনেক মপান্দা ইকোয় কোয়না খাউ শেম্মগা তূবা। এ! পোৎ ওস্থোক্কা য়াম্না চনখ্রবা জাৎনি। অসিগুম্বা লাইরিক ১০/২০ কাসিদি কচ্চানে'য়ে। দরজী নুপী মীয়াই অতুনা হায়বা রানি। দরজী ইবেম্মতু চহী খরগী মমাঙদদি কাচিন অমদা মথন্তা ফি অমনবা ফোৎলম্নতুনা, কৈনো হন্দক্কী চহী খরা অসিদদি অস মাই তুকান্দু চাউরে এ! কৈনো কোন ৪০/৫০ পান্দনা মী ৫০/১০০ থবক হাপ্তুনা, চাউবে। হেরা সুম চৎখিবদা তুরেন-পান হাইজিনবগী অতুদা 'ফনেক দৌদর্স' হায়দনা রাংনা লংনা থারিতু উদ্রিবো?

চায়রুংপা—ও! মন্ত্রী হিদেন হায়নরম্বদো।

চায়রুংমা—ঔ অদো। চাউবদ্রা! লোন, শেন্থং মনম মনম লৌথদনা—

চায়রুংপা—(স্বর শংন লেংম্বগ) অ—স! —সর্বভূতেষু, অঙকপা রুপেন- সং—- —

চায়রুংমা—সে সে সংনা সংনা অমুক্তা থাংজিনবিরো ঐ চাকখুম চঙঙে। (চঙখিবা)

(মরক্কী যম্ন)

(পাথং অহুম-মরী থবক সুনা সুনা তাওগী ময়োম্দি শেংদনা শাবগী মঙং। লৈবাক ভৌবা, লৈ থাবা, উচুক যুংবনচিংবগী মখোল। জিংখ মনা লাপ্না থাধবগী মখোল লাপ্না বণ, হুই খোংবা তাবা। সাইকল মন্দিলা মখোল)

ওজা —(লাপ্নন্দগী) অসি, অ-চায়রুং নত্রনে। চায়রুং নত্রো?

চায়রুং — ইমায়! ওজা। কদোমদনো ঙস্তানা, চঙঙকখোনে।

ওজা — (নকশিনবা) কৈনো ওস্থোক্কা লাপ্না সোসেল সাবিস চথবি-রম্মীসিবো। কৈনো ভোৎকী দল ওফিস অমা, পোলিং

এজেন্টকী শঙ ব্রাঞ্চ হাংবদোনা তৌরিসিবু—, ভোৎ কা লৈব্রনে ঙসি হয়েংসিবো ?

চায়রুং —কদায়দৈ ! ভোৎ লৈরদব্ ওজাহোয় অনকপনি তারোইদ্রো, ঙা'ক্তং ফমখো কুইরে উন্নদবা ; কমদৌরি ?

ওজা —তৌরিসিনি মরুপ। মরুপ্তি রাজনীতি য়াওরে খোৎলে হায়গুম তায়। তাবত্নদগী ঙসিনা লাপ্পা হাইথরকঅগা ঐখোয় স্বায়দা মহৈ তমফম শঙ অচৌবা অসিগী মনাক্তা নক্'গা দম্বুর-হুংবুর খনবগী মওং চথরম্বসিদদি ইলেকশন মাল্লরবা। করিনো করি লৈগে মীয়ামগী মীত্তিং-হুংদিংকা লৈব্রো। কনা অচৌ-অশাং নেতা-হুংতাকা— ?

চায়রুং —মরুপপু ওজা ওইনা লৈবা ফনা কুইরদাইনে। হয়েং অসি লৈবাক অপুম্বগী পরীক্ষা অচৌবামা হৌদৌরিবসিবু ইতা তাবিদব্রো ! খঙবিদবা জাৎলো ?

ওজা —করি তাদনি। খঙবাইবু ঐস্নু য়াওদৌরিবনি লৈবাক অপুম্বা য়াওনদৌরিবনি। অদু কৈদৌরবা ?

চায়রুং —অদুগীনি। অসিগী শঙ অসিদা সেন্টর তাবা। খা-রাং মমাঙ-মনীং- অকোয়বা ময়ামদগী মী য়াম্না লাক্কদবা। ফমখো চা-হুং থক্কীসি অঙাংশিংনা লোল্লিয়ে।

ওজা —ঐ স্নুম লেপকে। ফমজীন্দুনতা লৈবত্নদা। অঁ, অদু কৈদৌবা ? কেন্দিদেটপু ইয়াম য়াম্না তাই হায়বা তাদেদা। মহৈরোয় য়ামদবনিনে শঙ অসিগী মশাগীদি— ।

চায়রুং —মশাগী য়ামদবদা নত্তে ; কদায় কদায়দনো চীংদনি হায় তমদনি হায় ইচৎ চৎনথবনি। অতৈ অরাপ অরাপদৈনি হৌজিক অসিদা থাদৌরিবসি।

ওজা —মরুপতি য়াম্না মুন্নবু খঙজিনে য়াওবিদৌরিব্র কৈনো।

চায়রুং —কদায য়াওদৌগে কুইবেনা ঐখোয়দি তম্বা েোকখিবা ঐখোয়' অতুরাইগী অঙাংশিং থাবা য়াওদৌবিনি ঐদি কদায়দৈ—

ওজা —হ! হ! মরুপনা থাবগী রা নত্তে শীনবা লাকপা য়াওবা মাল্লি হায়বগী রানি। ওন্থোক ওন্থোকপা ঐখোয়গী লেংগীদি লোইখ্রে কৈনো। ঐখোয় ওজা ওইবা ফনা কুইরে। ঐস্থ পরীক্ষা শঙবা য়াওজদৌবিবনি।

চায়রুং —ইমাই। 'সিদা?

ওজা —হ! এদি আদগী চীং ময়াগী মফমশঙ অমা লৈরিসে মসিগী মনীংদা খবা চঙশিল্লগা অমা লৈবিয়ে—য়াম্না চীকপা ঈংবা সাসোন য়োদবা লমনি।

চায়রুং —এ! ফৈদা মরুপ; খরা ঈংবা মফমদা ভাবা ফৈ। অস্বায়সি ঈরাং লৈতে হায়দনা ঐখোয়স্থ লাকচরিবা। অতুগীনি টেণ্ট পাংখত্তনা পোৎফম স্থুংফম ফমনবা শীনবা য়াওজরিবা।

ওজা —পোৎফম হায়বদি?

চায়রুং —হায়দি অচা-অথক চা, বোবা চুকপ বেবী ক্বা হৈ; লৈদনা ময়াম তিনবগী হৌনবী। মসি সেবাগী ভাবস্থ খবা অতুম য়াওবদৌনা তৌজবে। হায়দি মখোয, ঐখোয, পরীক্ষা থাবশিংদি আ মন্নংদা চঙখ্রনি উরুম লাংনা ফমখ্রনি। অদ—মতুং ইন্নবা লাকইবা, খোঙবান চেনবা ময়াম অমা লাক্কদৌরিবতুদি স্থুংশা মবকসিদা পাঙ্গং শাবমখৈ ফৌবতুদি চুম্ব্রদো। শঙ মন্নুং চঙঙ্বা য়াবদি লায়বদনা মপানগী অকোয়বসিদা ফাওবা ফনা লাপ্ন-লাপ্না থাবা ১৫৭ নি চলাইবিবসি ঙসি অহীংদগীবু ওইরিনি।

ওজা —কৈনোনে মরূপ্না হায়রিসিবু হিয়াংথাং বোরগুম্বা বারুনীগুম্বদা তিনবা মীয়ামদৌনা ! মহৈরোয় ২০/৩০/১০০ মুক অচুনবু—। মন্নুংদা পুণ্ড তাদ্রি ফাওবা অচুম—।

চায়রুং —এ, এ ! ওজাগীচু য়োং খীংঙিঙৈ কৈদৌরিঙৈগী ৱানি। ইনাওশা, নহোয়গী চাচু লোইদ্রিবনহৈ, নহোয়গী ওজাদা— ; নহোয়গী ওজাসিস্তু পরীক্ষা য়াওদৌরিবা মীনি। ওইজগনিহৈ চানবচুস্তু শেম্মকউ। অঁ মরূপ—

ওজা —য়ারে মরূপ, ঐ য়ারে। ঐনা হায়জবচুনি ওসাই ইলেকশনগী কবিগী বোর, জন্মগুম্বগী মওংদা চখরম্বসিদা ওকলপ তারুবা, অচুই ৱানিদা।

চায়রুং —মচুদৈ হেন্দৌরিবনি ওজাবু ! মন্নুংগীদি মখোয় খরদনি লারু- দৌরিব। মপানগীদ—মপানগী পরীক্ষাসিনি মহা ওপার ওই- দৌরিবসে। অদগী পরীক্ষা—মন্নুংগী নত্তবা মপানগীসে, মসি য়েংবা লাকপা ময়ামনা মবোল অমা, মী মহোয় মহোয়গী অহল-লমনগী শোরাংকা য়েথোক্লবা য়াওদৌরিপোংনিনে ওজাবু

ওজা —ও। ফনা চাউনা হেক্তা খল্লেনে, চেকশিন্না — ?

চায়রুং —ঐখোয়গীসিদা নত্তে তু, আদ লনুক ময়াইদা পানখংনরিসে। হৌরকইবনি মহোয়সিস্তু।

ওজা —ও, ও। আদা গাড়ী থারিসে ?

চায়রুং —হোয়। তু আদৈ পোটেল মচা অসিস্তু মমাঙ্ঙোমদা তপ- থোক্লনা খন্তনরকইসে। মহান লুংথিলগী অচুরাইদগী হোটেলগী ঐগ্যা উন্নবা লাকপা মী ফনা য়াম্না উখে। ওরাংচু তমফম শণ্ড অসিদগী বেঞ্চ-ডেক্স জুরা মবা-মঙা পুথিবা উই।

ওজা —ও, পরীক্ষাগী শেম-শাবা শীনবা-লাঙবা ওইনা ?

চায়রুং —হয়েংগী পরীক্ষাগী নত্তনবু ঐগ্যাসিগী মচাগী সোস্তি গীদি ওইরম্মোইনে ওজা। ফনা লৈশিল্লেনে ঐগ্যাসে।

ওজা —মতুদি থাজফাত্তে ঐগ্যাসি লুহোংদবনি।

চায়রুং —হ! রাবু হায়জরিবা। তৌবগীদি মতমসিরায়সিদদি মরূপপু লুহোংবগা সোস্তিগা মরী শোয়দনমক লৈনগনি হায়বগী রাবুদি লৈত্রেমা। মওংদো?

ওজা —হ! মওংগী রানিদা। কায়দাদো।

চায়রুং —হোয়-হোয় কৈদাবুদি কৈদানি। মরূপহোয়গী সঙ্গায়সিবু অস্বায়দা, খবা নকপিত্রো?

ওজা —নকপা হায়গদ্রা লাপ্পা হায়গদ্র তু আদা খুল মচা অমা উরিসে, সোমদা—।

চায়রুং —কদায় আ—দৈসে মপুম ওইনা উরিসে?

ওজা —অঁ অসিগী মখা রোমদা অমা লৈরি; খুঙ্গাওনি; মতুগী ময়ায়দা। করিগীনো?

চায়রুং —হ! চুম্না সুম খঙনীংদনা তৌবনি। খিত্তং তামখে। নক-অম্মদি, গ্রুং-গ্রাং হেক তৌনরকঅস্নু হেক চঙশিন-খোৎচিনবগী খুদোংতু লৈদনা। মরূপ-মপাঙগী য়ুম ওইরদি মওংতু শাফৈদনা। শৎ হেক তৌদনা খোঙহাম-খুৎহাম্বা শাদনা হেক লৈরবদি মওংতু চুম্মীবা।

ওজা —লেঙশিল্লকউ কৈদৌগে। হনবা খোৎপা তান চাত্রবস্নু লেক-থোকপা য়াই; য়ুমজাওনি লম মরাং কায়খ্রবা জাৎনি মরূপ মী য়াম্না চনগদবা জাৎনি। ফার্মনি।

চায়রুং —হৌজিক লেঙইবসিনা কদায়দা?

ওজা —ঐনা থবক তৌবিবা ৺মফম শঙদো, অতুদা। হয়েং পরীক্ষাসি য়াওদবা য়াদ্রে হায়দনা অকনবা হুকুম অমা লাকপদগী, চত্তবা

উদবস্থ কুইরে চহী অমনি ফারৈনি ; অতুদা তান চারে অমুক্তা য়েংলুগে হায়দনা থৌরকপনি। মরূপ উবতুদা মাল্লি হায়দনা কৌজরকপা। ওইরম্মে। কয়া থাজরুদ্রবা।

চায়রুং —ওজাবু ওজা ওইবিবা নত্ত্রো ?

ওজা —শেংনা ওইজরি। কৈনো এপোইমেন্ট লেটর— ?

চায়রুং —হ! হ! থাজবা থাজদবগী রা নচ্চদে। তমফমশঙতু চত্তবা চহী অমনি ফারে হায়বতুদা তম্বিদ্রবা জাৎলা হায়দনা—।

ওজা —এ, কবি রানো মরূপ। ওজা ওইরগবু অঙাং তম্বিদে হায়ব্রো ওন্থোক ওন্থোকপা। য়ুমদা শঙ্গোয় অচৌবা অমা খায়বোক চল্লিবনি ছাত্র-ছাত্রীনা। অয়ুক্তা শিফ্ট অমা লুংথিলদা অমা লুংদাংদা অনকপা অম্বায়গী কাঙলুপ মচা অমা। ঙাইহাক্তা শঙবা নচ্চদে মরূপ তম্বিজরি। এ লাপ্প লাপ্পবা মফমদৈ— মরূপহোয়গী শহবদগী ফাওবা হাইথনরকই সীজন মতমদদি।

চায়রুং —সীজন হায়বদি ; পরীক্ষা— ?

ওজা —পরীক্ষা। পরীক্ষা ভবানি কুননি রাৎলিঙৈগীসিদা। সীজন লোইখিবদা ঙাইবি। খবস্থ কোম্লপ তাই হায়দনা হন্দাক্তি মচৎলুগে হায়দনা খোবকপনি মরূপ।

চায়রুং —ওজাদি শেনসি মওং অমা তানা তানবিরিনে। তোলোপ কাদি থোইনা খনবিপোৎ নত্ত্রেনে ?

ওজা —মরূপ থৌজাল হায়তুনি ঐখোয়গীদি লরায়নিনা চেং-চাক য়েন-শাং নাপী হাত্তে-হাত্তেদি লৈদবনিনা থুমগুম্বা থাউগুম্বদনি লৈরিবসি। অতুগীদি অতুম কোন্নবোয় লাকপোয় তৌবনিনা তোলোপসি অতুম ভুঙশিনবা ওইনা—। মানা মরূপহোয় অতুরায়গী লল্লোল ইতিক তৌদনা থিকা-লুংকা তৌদনা

চাওখৎনবা তৌবগী খুদোংচি যণনদ্রবনিনা—অতুম থা মঙা-তরুক মঙা-তরুক লৈবগা লৌথোকচৈ। হোৎনবিবাইতুনি মবপ। ইন্দক্ত ইনাশিং ইচাশিংনা গাউ তোংনি হাযদনা অনী লৈকবদগী পৎ তৎলে মক্পপ নচা অতুম অমা অ—মপান্দা তম্বনি হাযদনা কইবে পীশক পাকতৌদগী অতুম লৈখিবতুদা ফব-ফব হাইবে বৈদোকগদাগা নম্বাযদা পরীক্ষা লুংখা। থাঙ পায ওজা যুই কাযন। পাউ নাদ শকবপদি মনগা ঐগা চবা হেল্লবসু তেল্লসি, তম্বাদ থম্ভনসি হায়দা লৈই মক্পপ। তোলাপ চাবা থবক লৌবাদি মক্পপ যুগ নাদা মহা পাপ হাযতুনি। অতগীস্ত মথনা ওজো হায়বা দোশা অতমগা তাশিল্লে। ওস্তোরা বাখে। মক্পপশাবদি মগোক ফরকপনিনা পোকফমসু ফদবা মচিংসু পূনানা থবক ইত্থাঙদি কমদৌবিং তোলাপ চাবানৎ। •

চায়রুং —অ— অসি ওজাব তোলাপপা চা হাযদ, চাদ

ওজা —এ, ফববনি ফববা। চাবিরুন। চাবস্য মক্পপ ওজাদি ম হ-বিরুবনু। যুগ অসিনা ওজা ওইনা পোকনা শকবপদি বেনো মনুংগী সিবী ওইনা মবেঙ-মাবেং কংবনা ফৈ নপগন জবং-তাবৎ পুবান তবেংকা লোযনন।, যানশিন্নবগা লেশ ববাপগী থৌব্‌ কোকলেন হেক ওইনা লেখিবা।

চায়রুং —কবিনো যাম্না ঘোব হুস্তবিখে দা কবিগীনো থৌন নাবদি না অতুঙৈ থবক চঙলামদাযদদি হাযদি ওজা খল্লমদাগী তুদদি লৈবাক্কী সেবাগী রাখল কা লৈবমগনিদা। লেবক্কী অসান্ডগী ইবমব ঙাক শেনবগী দাযিত্ব অমা লৌবিখিগন্না।

ওজা —চঙবগী অদ্বাযদদি মক্পপপু সবা-লাংবা থৌদাং-পৌবমগী ভার মেনগা তাখিবা জাং নত্তেদা। অমদা লেংঙ্ই ফবক হেক না,

অমলা তোংনকই মমল তেক হাইগৎলম, তান অমা ইচা চাদবদগী মমৈদা কেথেনগী মমল হাউধবস্বা তাঞ্জা হেক থোক-উবতুদা বেদোকগনবনো মযেংশনবাইতুনি কোম্ননা কোন্নস্থ ওন্থোক-ওনশিন য়াদে হাযবা লেতে হায়দনা ফৈনা হাই-জিবদগী লৈথোক লৈশিনগী মংাংদা চহী লৈথোক লৈশিন য়াদৌদনা লেন ওইনা অতুম্মক থোকঅবে। হৌজিক্তি হৈনরে মব্দপ। লাযনাসিস্থ লেমিন্নবা হেববদি থোইনা নাচুংদবা য়াই ; লা দা অতুম ংাবে। ফনতুম ওান চাবে।

চাহক — শাাপ ওইনা িং বগাদ মতুনা ফবর্বানি ওজ্ঞাবু। ঐ স্থম মহোৎ ংগোকা, রাখা অতুম শাবা যাবি।

ওজা — নীবিথ্ নৌবিম্ ঐস্থ যৌজবান। মব্দপ শান্তিগী রাসিদি পরথাজ উ হেক থোকলক্লিমখে ব্লব চঙদনা পিকনিক চৎতনা অতুম নখেনৈ। কাকই, অঙা লৈবনদে। লেবম্মবস্থ অতু বো শাদা নৌবে, নোকসি হাযদনা অতুম মযানবে। লুদো পালকেল নৌবনা ভৌবা এানিঙা টুাগোবিযেল চথনবনা থনবা, তুকান্দা, থকাদা, পজেন ওইবগী খোমদোক খোম-জানদা, থবক ঙাইতাকা শংনবা নত্রে, ক্লাসকা চঙবগী মতম ফংনদে। অমানি শোয লাক্তনা চঙনকনতুস্থ ঙসি তাকশিল্লস্বতু সংচিৎ অমুক তাকথোক্লবদা রা থোক্লে। মতম মাঙদনবা হাযদনা ওংবাং লাইবক অনৌবা মমিং থবা চৈবোই হুম্ববোই নবিবোই শাথবগী অতুম লোইশিল্লে। মহা শান্তিনি অসি কাংবাদ। ঙদগী অমুমুক পরীক্ষাগী ঈবাং লাকপসিদা ওইরে নখন থে নতুনা মুন্দাদবা ঝনজীদরা থাদনা য়েংঙসিরা হায়দনা কুক যুক তৌগৎনব চইবানে।

চায়রুং —খঙদেনে ওজা অমু-মুক চাককী-ঈশিংগী মমল ফুদোরকপা হৌন-বনিনা লোয়না ইশোক শোক্লবা তাবনি ওজাবু। হৌজিকপু কদোম পাঙবিদোইনো ?

ওজা —তশেংবদি মরূপ হয়েংগী পরীক্ষাসি ঐ য়াওজরোই করিনো কোং-ও হায়বম্মা কোংজগে হায়দনা তমফমশঙগী কোকলেন অদুদা নোমজরুগে হায়বগী আশাদা থোকচরকপনি। নোম্মু-দৌরিবনি।

চায়রুং —য়াবিরক্রুবদি ? থবক তোকপা তাব্রো ?

ওজা —মদুদি হৌনরিব্রদো। য়া-নবা কন্না ঙাংনগনি, য়াবা য়াদবা হায়দুনা মপু মাগীনি। লৌরুং তেন্দোং লংথদনদি য়েংগনিদনা। য়াবিরক্লুগা কমদৌনি থুপা মচা থৌদাং য়েংবা হায়দুনি।

চায়রুং —হোয় পাম্মবদি হায়বা তাই ; পামদ পামদ্রবস্থু হায়নবা তাই। হোৎনবদি তাবনিনা হায়জরিবা। ঐখোয়স্থু হোৎনরিবসিনি।

ওজা —হোৎনবিয়ু মরূপ ঙম্ন-ঙম্নবা হায়দুনি। ঐ অমুক য়োরগে কোম্না অমুক উন্নবা হায়দুনি। ( চৎনা-চৎনা ) য়োরে।

চায়রুং —ফনি ওজা। পরীক্ষাগী মকায়-মকায় তৌবদা য়াওনখিদ্রগদি মউন্নরককনি। খঙদেদা নেচরেল কেলামিটিগুম্বা আর্টফিশেল কেলামিটিগুম্বসিদা থোক্রুবস্থু ফদৌনি জগৎ অসিদা। ( জিভগা হুও অমবা কপ্পা থাবগী মখোল। চায়রুং থংবা ) হৈ! কৈনো! কনানো ! !

জেকেট —( ঈংনবা পোংবগী খোজেন ) ঐনি তাচৌ।

চায়রুং —জেকেট, নঙ ওইরে কৈদৌরে ঐদি পরীক্ষাগী শঙ অসি পুল্লপ কিম্বহল্লকঅবোই নীংলুরে। কয়া থীনা খংঙে। কৈনো ?

জেকেট —ঐদি লোযশল্লগে তৌবনি নাত্রনা খাম্বগী তৌনি। মা প্র-প্রপ চৎখিবা ফৈ। ঐদি নাচৌগী মরূপ ওইববোই খল্লবে মাদি হযেংগী ওজা ওইবম্মে, ওজা ওইজৌ মপাপকীনি অতুগা ইনভিজিলেটর ওইনেযে। হেক তাবদা চা লোন্না-লোন্না খোযদৌ অসি বুবু-বুবু—।

চাযরুং— কৈনো নহোযগীদি নিদা লৌদৌনি, মাদি মী আদা মতৌদা ওইজরুদৌবু।

জেকেট —অতু ওইবসু পরীক্ষানি ওজানিনু হাযবদি ঈ হেক্তা কাবে। ফুরিৎখাও নু খাটগানি মবেং-মবেং চত্তনা থং-ফং চোংই। মীৎ অসিদা মশেম্মবাংদা উই। মদগী মহোযগী যেংশিন কাঙলুপ হাযবমগা লৈদাই, ইনস্পেকশন টীম?

চাযকং গাড়ীদা পুল্লপ পুল্লপ হেক লাকপদৌ, যেংলবদৌ?

জেকেট -মদৌ, মদৌ। মতু ওইরবে ঐনা শবৈ হেক হেক হৌবিবসে হেক পনবদা হৌদিকসু মীৎ-ম নবাসি হরূম লুম্মকতৌতৌই। হেক তাবদা খোঙনাংবোমদা চোথোকনী ওম্বা, চেবপল লান্দুনা ইশাশি ওন্নাংগুম্বা লংনী গুম্বামা ত্রৌই।

চায়কং —ফাধী-ফাধী লোবান থৎনামগুম্ব, চাইশ্রা চালিসাগুম্বা শোন্দোকউ। কান্নবনি। এক্সপলশন ফোবিযা কৌই। ঐসু তৌবম্মী হৌজিক্তি তোযমল্লন্দনা ফবে। পুঙফ-ফবদি নত্তে হৌজিকসু মং হা ইচোয-ইচোয চোইদৌনা তৌবি। হ। কান্নদে চাকশিং লোইশিনসি থবক লোইশিনসি মতমসি থেঙজিল্লকঅদি হৈকব পান্ন ভাঙ্গ খোইরু থাংমৈ পুদনা থৌ-লাং তৌবা লাক্লবনি। যাঙশিন নহোযনা ফক্লাংসিদা ইঙ্খৎপা লোইশিন। কদায নুংথঙতু লাল্লম্মু।

ঙাংবিয়া —অত্থমকপু নহা অমদি মাগী গার্ল ফ্রেন্দলা কৈনো অমা থাদোরি ফিজম শেৎলগা মরক মরক্তা চঙঙকে চেকশিন্না য়েংশিনগে ঙাক্কে হায়রি। মতুম্দু খিৎকী নত্তে ঐখোয়গা মখোয়গা হেক লাপথোক্লবসিন্দু চুমদে। চঙজসন্নু মযাম চঙদনা য়েংশিন্দনবু ঐখোয়দনা ঘোতোনা থোকহনবা ঙম্বা রা নত্তে। রাদবু মীনা তাবদদি ঐখোযব মওং অমা ওইনা লৌববা, এ! ফাগী নংঙনে ইং ঙো মৈকং। অতঃইগী রানি। ঐস্তু ঐগী কাহু যোংকী পৌরোন লোইনা শিল্লবনি; থোঙনাউহু ষ্টোন-প্রুফ সংর ঙাক্তা পাল্লবনি। ঐগী ফমফমদগী লবুকলোমদা মুকং অমা তৌগে হোৎনবহুদি হন্দক্কী অসিদদি নংদ্রে। মথংগীদদি শোয-ববোই এপ্রুভেল ফংঙে। ইংক্লাসী লাকঅম্মে অা—মুকং বিভাগতা থাজিনখে, হায। মতুগী অমক তান্নদৌবিবনি হন্দক্কী সেসনসিন্দু ঐ ফম্বা শংঙোইদৌবিজাৎনি। তান্নবী নোম্নবী হাযবা অমা লৈবসিদা তল্লেদা ইবংঙো থবককাসি অবেম্বগী এক্সটেন তৌবিয় শাযদনা নোম্মুবে। হন্দক্তি নোম্মরোই মহোয় মশানা খঙনা শৌবকঅগা শৌজবকএ—মবৈবিনি, তৌবক্তে কেৎলে। শাদো খোক্তৌ লোইবে। কৈদৌনি অমনমুক কান্নজবসন্নু। মাগী পরীক্ষা হাযবসিনা তমফমশঙগী চাওখৎ খোঙগাঙদা থেংগাঙ কযা খোক্লা অপনবা পীগ্রে।

ওজা —সাববু। ঐনা লাকচবিসিন্দু পরীক্ষাগী মরমদা করিগুম্বা অমত্তা হাযজগে হাযবগীনি। মসিনা ঐগী ইশাগী ময়ামগী লম্বেন্দা অপনবা—।

ঙাংবিযা —খঙঙে মৈকং, নঙনা হায়রিবহু নঙনা নহাল থারম্বা দরখাস্ত অতুদা লোইনা থেংনরে। পরীক্ষা যাওরোই—'সিনি; মরম কয়ামুক্তগী।

মৈরুং —হোয়, মানি সর।

ঙাংবিয়া —মতু তৌরম্নু ; য়াদে। য়াদ্রে ঐনা য়াদ্রে বস লোইরে। করিনা—! ওজা মৈরুং, ঐ মুন্না খঙই তৌনরিবা ঈরাঙ পুম্নমকসে। এ! য়াওজগে ওইজগে হায়দনা হায়রিবসি য়ামথ্রপোৎনি। ওইবিনবা ৱাৎপ পোৎ নত্তে মৈরুং, হৈথ্র হৈথ্রবা পরীক্ষা পুম্নমক্তা জয়-পত্র ফংলবা, অনসার খতাগী ছাত্রগী মিং থাফমদা ইরিবা অঙাং মমিংতু থোক ককথৎলগা মা মশাগী সহী ময়েক অচৌবনা তৌবা ঙম্বা ; করিৎমতা থারমদবতু কলম খুদিংগী চুম্মে চান্নরে হায়দনা টিক শৎ-শৎ তৌবা হৈবা হৈর হৈরবা মখুত্তা মৈ বোং-বোং হৌবা য়াম্না লাকথ পোৎনি। নো! ঐনা অমত্তা য়াদবনি। মশানা ওইগে তান্নরবদি মাগী ইন্টরেষ্ট অমা লৈরবনি—ভেষ্টেড ইন্টরেষ্ট। ঐ মতু য়াদে।

মৈরুং —ওজা ইবুংঙোগী ইন্টরেষ্ট শোক্কনি ?

ঙাংবিয়া —ক-র-রেক্ট। নঙ ভাব তায়। তো, সিননি ঐনা ওইনীংদবা নঙবু ওইহন্নীংঙিবসে। ওইদবা য়ারোই। করিগী চিংনরি ? করিগী নীংহন্নবি ঐ লৈরি। নুপা নত্রো! য়ান্ননি থোরকঅগা করিগী হঙ্গানরি! হৌনদে! চিংনরুনু। ফোলগী খল্লুনু নথৌ তৌ! শেম-শাবা শীন-লাঙবা পুমলোই লোইথ্রবনি ; খুৎম্ন-খুৎলাইগী সাজোন পুঙলোই লোইর' কানসিদা নঙনা অমুক তোকঅগে হায়রদি কদায় য়াদগে! নাতৈ চাদবা ৱানি। কিরুনু।

মৈরুং —সর কিবগী ৱা নচ্চদে ঐগী মরী মতা বারী সম্বন্ধ খরা আ—অরাপ্পদগী ঙকয়া অসিদা সেন্টর চেঞ্জ তৌহুনা থাদোরি হায়বা পাউ তাজবতুদা!

ঙাংবিয়া —হে-রা! অতুইবু—! করি শাগে! করি নাতৈ! ফাঙ, হুম্মু তাম্থোকউ ককউ—থবং থবং কিগম্মু মুংঙাইতবা তৌরুম্মু নঙদি চুম্নতগী নথৌ পাঙথোকপনি। ঐনা শীনবনি ঐনা শান্নবনি ঐ ওঃ সিঃ নি। নঙদি লৈবা লৈতবা কৈস্নু নত্তে; নঙগী কাতুদা চংলিবসি নঙ নত্তে ঐনি। ঐনা য়েংবনি, ঐনা ফাবনি, ঐনা তাম্থোকপনি ঐতনা ককথংপনি। নঙদি চুম্নতগী ঐগী ওরদর হনবনি। ঐ লৈতে; ঐ লৈ; ঐ লৈরোই! লৈরস্নু লৈতে : লৈস্নু লৈ। ঐনা ককপনি ঐ হৈশাবু ককবচনি। ককপস্নুনি ককতবস্নুনি। ঐ লৈ লৈতে — — —।

ওজা —সরবুদি লৈরস্নু লৈত্রবস্নু ইয়া য়াই ঐদি কাতুদা লৈরিবনিনা ঐনা ককপদি লায়রদনা মীনা ককখিগদ্রা হায়বগী চিংনবা অমা লৈবা।

ঙাংবিয়া —নো, নো! চিংনগম্মু অপঙবা খঙদবতনা চিংনবনি। নঙদি ভাব তাবা মীনি নঙনা তাশিন্নদবনি। সোমদবু তম্বদা য়াওরক্কে হৈতে খঙদে হায়তুনা ক্লাস লোবদা নিঙাই তৌবনি নয়ুমগী শঙ্গোয়দা পেপর পুন্নমক তাকপি তম্বীরিবদো। ঐদি খোপ্পা উই। খোপ-উ হায়তুনি। চিংনরুম্মু ঐ লৈরি পাঙদবসি শিংদবনি। পাঙঙু, পুংপাঙ পাঙঙু, সহী তৌবা হৈরিবা নঙনা করিবু কনাবু চিংনরি। ঐ লে। নঙগীদমক্তা ঐনা লেপ্পিবমকসিদবু নঙনা কিবা য়ারিব্রো। কিরিব্রো?

ওজা —ঐগীবুদি সরনা লেপ্পিরনি; মহোয়গীদমক্তা ঐনা লেপ্পিবা ঐগী মুপী-অঙাং ইমা-ইপাতুনদি ভাব তাদবনিনা অশেংবা অচুম্বা মওংতুদি মমিংনা শং-শং শং-শং উরিবনিনা তেরা-উরা তৌদনা, অর্থ মওং মওংগী, রাহৈ রাতা কয়াতু তাবিয়ু হেক য়াদ্রিবা। হয়েংতুদা অমনা লুম্মগা চোক-চাক, গোক-গ্যাক হেক তৌরকও;

হান্নবা মোইথুং বাসী খোংদমা তাকপদি তাকপিরম্মোইদো ; তাঞ্জা য়েংঙগা বোপ ! অতুম লোইরে। ওজানা—ওজা-গীবুদ্ধি লৈ হায় লৈরমদে হায় তৌদনা য়োংচাক মখোঙদা খোঙ্গ ায় চনবিগ্রনি। ঐখোয় মহোয় মমাষ্টুদি দেৱালীদা-করিদসু থাদোকউদ্রি, নহাসু ওইরি ; ঐ ইশাগী ইখুৎসি-মক্না হেক তস্বীজবী ইছাত্রীনি। মচাসু মঙাকা সুজপোৎ নত্রি অনীনা ওক্করসি হায়বতুদা—।

ঙাংবিয়া—ও—হো ! নঙগী সি ঐ খঙঙে। মতুনি মায়া হায়রিসে। মায়া, থোক ! পঞ্চ ভোৎকী—মঙা মঙাগী ভোৎ ! মৈ, ঈশিং কার টেলিফোন তোলোপ পীবা ফংবগী থোক। মদো মৈরুং ইয়াম্বা, ইপা হায়গে। ঐসে নঙদৌনা ওজা ওইজরবমুনেকো ; ঐসে মীনি ; শেংগ্রবা মী। ওজা ওইনা লীলা শান্নবগী রাদনি ওঃ সিঃ অমনি—অবতার। শাইওন অমনি। আ—দা মথক্তা পরীক্ষা পুরিবা শকউদবা শক্লাইদবা অমা লৈরিদনা, মতুগী শাইওননি। মতুগী শক্তিনি ঐনা পায়রিবসে ঐগী তুখোঙ তুখোঙ খুদিংদা রাহুং-চে পুন্নমক পাউথুম পুন্নমক অশাংবা অতেনবা ওবজেক্তিব কনাগী মন্টিপল চোইস, য়েশ-নো পুমস্নুনি। মতুদা নত্তে মার্কসু তিনশিনবগী থাইদোকপগী প্রেস মার্ককী কবিগী মার্ককী মার্ক ঙাক্তনি ঐগী কোক্তা য়াওরিবা শন্না খুদিংসে উরবা ? অমম্মনা মার্ক অমমমনি।

ওজা —কোকপুদি অতুম উজবা অদৈতুদা শন্নাদি পুমধীনগী ভাবতা ক্ষাওবা অমত্তা উজদবা সুইনোদৌনা অতুম ইকোক কোক-পতুদা ঐবু— !

ঙাংবিয়া—হে-রা ! য়েংগেরো উৎলুবো, মীগী লীলাদা শমতনা লেঙ-লেঙ চৎপা জোতা তাবা হিংচাবা শারিবনি।

ওজা —হিংচাবা শাববুদি থোইদোকপা এক্টিং চঙঙরোই সর ; অদুগা শমতনা জোতা তাবগীদুমদি—মানা—চাংয়েং লীলাগুম্বগী মওংদদি খঙজদ্রে ; অদুগা,—অসি কদায়দা শান্নবা লীলা ওইরবনো ?

ঙাংবিয়া —রেডিওদা।

ওজা —ভাব তাজরে। উৎপিদ্রবসু য়াজরে।

ঙাংবিয়া —অদুনি। নঙ পরীক্ষা তোকপা য়াদে ঐগী লীলাগী শক্তমদা থাজৌ। ঐ লৈরি নতুংদা লেপ্পি। লেপখিনি।

ওজা —মাঙদা ঐবু খঞ্জিন্দুনা লৈবির্‌দি ফদৌবা লেপ্তনা লেপ্পিরবদি !

ঙাংবিয়া —মত্তুদি য়াদ্রে। রাশকথোকখ্রে। আ— মঙলান মইহেকোনগী বার্তোন লাকপদুদা ঐদি সহী তৌবদগী হেল্লরোই কনাগীসু মীচঙ চঙডোই ; কনাগী ফোনগী ডায়েল ফাওবা উংঙরোই নখোয়না থোকপা তৌরো হায়দনা শিন্নথোকখ্রে। অদুম পুঙ তাবা ঙাইবা ওইনা কাংসি মখোঙদা উইদুনা লৈজরগদবনি।

ওজা —ঐগীদমক তঙায় ফরক্রবদি কাংসি মখোক ফাওবা থাঙ্গৎপিররোইদবা ?

ঙাংবিয়া —অদুইদি অতো, নঙনা থা তরা তরাদা তোলোপ পুল্লপ লৌবা নোংমথক্তমক কারকপা য়ারিবসি কনানা য়াবদগীনো !

ওজা —( হরাওনা ) অদুই রাবুদি পার্সেন্টেজগী হৈরুক তাঙ্গ—পান্ন তাঙ্গ স্তুতি-স্তুতিগী সেবা ফংজরিদনা। অদুম কৎচরি হায়রিবা।

ঙাংবিয়া —ফরে চৎলো অরোন অথুপকী রাদি নাকোং জুরা অদুম সুহৈদে ; চুরাস্থাবনা রাই চাইরবা কুরুখেত্রনি। য়োরো হয়েং ঙস্তা লাকউ। সাজোনগী মপোং মচৈদি লোইনা লৈরবা নত্রা হয়েংগী যাত্রা তৌরক্কবা ?

ওজা —অতুগীদি কোক কন্ননবা হেলমেট অতুদং ৱায়রুচো হায়দনা ম্যুজিয়মদা থাগ্রি। চৎতনা চৎলবদি অশেংবা দোনকুইজোংনা শীজিন্নরম্বা কোকউপ অতু উপ্পনা চুম্মী হায়দনা শীনজরে।

ঙাংবিয়া —ও। অতুদি নঙস্তু পুঙতোক হেক তোকঅগে হায়দনা হায়বা লাকপদি নত্ত্রিদনা।

ওজা —প্রমোশনগী সারভিস বুককী করিগী লৈবনিনা য়ারবদি হায়-দনা তৌজরুবা এক্টিংনি। ড্যুটিগী করিগী রা লৈবনিনা শেম শাদনা অতুমদি লৈজবা। জুদো, করাটে ( লাউতুনা ঋভৌ খৱা তমতুনা ) আ—! ও! য়ক! স্বা: কাইতুদি ফনা কুইরে সাফা ওইজবা।

ঙাংবিয়া —007 গী কোংফুগী খোঙফমতুদি খরা ঐৱাইদ্রো নোং নিনি ৱাৎলিঙৈদা?

ওজা —অতুগীদি ঐৱাইগে হায়দনা ঐৱাইদ্রবস্তু অতুম য়ারি সর।

ঙাংবিয়া —ও, ও! নঙগী পরীক্ষা ঙকয়াগী ট্যুশন অপাইবীদা লাকপা নহারোলশিংগী দখিনা লৌথোক লৌশিনগী মতাংদা নমতুনা প্রাকটিশ তৌরি হায়বদো?

ওজা —সরবু।

ঙাংবিয়া —ফৈ-ফৈ লাইরক্কনু। মুখা-মুখীগী তানফমনিহে। হোল মন্নুংদা হেক চঙঙকইবা খুদিংমক্তো নঙগী লৌরী-য়ুম্ফম কাগী য়েক্কবনি হায়না খনগদবনি। অতুদতা পুঙশান শান্তি হায়বতু ফংদৌ-রিবনি। মঙ্গোল ওইয়ু।

ওজা —অতুদি ঐ য়ৌজরগে সর।

ঙাংবিয়া — য়োৌবো য়োৌরো। নখ্বাং অঙু তেক্তা কায়দনা লোয়ননা হল্লকপা ওইজো।

( মরক্কী যন্ত্র )

( মীনিল ; শগোল চেনবগী মখোল। কার, স্কুটর মুনা, সাইকল খোংবগী মখোল। ভিঃ আইঃ পিঃ চৎপগী সাইরেন পানবা গাড়ী খোংবগী মখোল। ভপ্পা ঈংখরকপা পুরিত অমনা মরোল মরিাদ শেংদনা সংস্কৃতকুম্বগী মন্ত্র খিবগী মখোল )

পুরিং —( মন্ত্র লোইরকপগী মওং )·· সো-হা! ওঁ শান্তি ওঁ শান্তি ওঁ শান্তিঃ। ( মীনিল শরক্তা ) ইবুংঙো মৈরুং, লোইদ্রিবো পুঙ অসিবু যাত্রা মতম ওইবেনে। থোরকপা য়াদ্রিবো

মৈরুং — ঐগ্যাবু লোইরে লোইরে। ফী-বোল কন্না শেৎচিল্লিয়ে ( য়োৎ-সুং, খাং তেন খুৎসু খুৎলাংগী ক্রেং-ক্রাংঙবা মখোল ) হাই তোম্বুং, নঙনা য়েৎলম্মিবা নীংথম শমজীসি চোনমল্লমাল্লেনহৈ খন্না চিং-খৎলরাওনে! ঐবু থেংথ্রেনে, মী লোইনা চৎনৈরেনিনে।

চরাংলৈমা - ( অন্নাবগী মখদা ) চৎপদা ম তারবো তৌরিসিবো ! তারেনতা-ও সুংসুক-য়োৎসুক-ও কবি-ও তৌবিসিবো ?

মৈরুং — অঁ চৎপা তাবে চরাংলৈমা। কবিগী পিরাং ঈরোয়নরি। কপকন্নু ইরৈবাক ইজাতি ঙাক্কে তায়বগীদমকপু মীচেঙ চা-রকপনি। থা মঙা-মঙা, তরা-তরা লৈবগা অহন অহনবা প্রেক-প্রেক লাউবা মপুল মপুল পুরকঅগা নঙোন্দা শিন্ন-খিবদো মতুগী মথোয় পীবা তাবনি। থৌদাং উৎপা চৎলিবনি। নপুরোইবনা মথৌ পাঙবা হাপ হাটৈডলী চৎপদা অতুম্না বিদাই তৌগদবা নত্তে। নোকউ ; চাউথোকউ মথৌ পোঙনা ঈচঙ থৌনা হায়যু - অথৌ মাঙ্গ, থাঙফমদো নথবাকলোমদা লৈহল্লকউ ননঙ্গনলোমদা পুরকন্নু। তোম্বুং, য়োৎকী-ফুরিৎসি নঙ্গল্লোমদা খন্না চিংথররাউ। নঙগী তাবাক্তু অনীদমক পুগে,

য়ামল্লে, অযুক্কী শিপ্‌তা অমা মুংথিনগীদা অমা, অনীদনা য়্যানি। ( য়োংকুম্বদা মুংথঙনা সুবগী মখোল )

চরাংনৈমা—ঙসিদংদদি চৎপিগনু কৈদৌবগে। মঙ-হানা মুংঙাইরমদ্রিবা, ওয়থংবা মীং অসিনা ঙসি নোং নিনি সুয়ে ফ্রং ফ্রং চোংঙিবা। মহোয়গীক্তু য়েথোক-খোন্ত্রোক—

মৈরুং —হৌনদে নৈমা, তৌহৈদে। নুপীগী মমঙ-মহাদা নুপাগী লাইবক থম্বা হৌনদে। পেঠৌ পেঠৌ তৌনু, ইখি খিগংনা তৌগদবনি বিদাই। লেবাক মীয়ামগীদমক্তা চৎলিবা খোঙ-চৎন। পাঙদবা তৌগনু পাঙ্ঙু। কাউববরা—পাঙদবনা শিবনি হন্না হন্না,—মখাহ্ন করিয়ে, অপাঙবনা শিবনি অনী-রক্তমক—কান্নদে মৈরুং খোঙশানগনি। তোম্মুং কদায় হেল-মেচতো, পিবকউ উপশিনাস লাউ। লরাক্ট লেমফুগী অতুদা নপ্রা কোপ্লিবো এ। ফনা ফজনবু য়েথোকইনে।

চবাংনৈমা—( হৌনা কপ্পকপ' ) হো ইমা! ঐদি লোইবেদো লোইবে—অঙাং অনীসিনা কমদৌবা ইমা ( তেংথাবা ) ইমা নঙনা পোক-পিবমদনা দোষ অসি তাবে—দো

মৈকং —কপকনু নৈমা মৈতৈ নুপীনা অতুম্না কপ্পা পকচদে। নঙদি কাংখন মনুংদা নপ্রগা চাখুমদা সনাবুন কোল্লগা ঈংনা তপ্পা যাবক্তা ঙং ঙংদনা হোৎনবনা পকচবীনি। এ! নঙগীসি তোম্মুং শমদা পল্লমাল্লেনহৈ যোযবেনে। ও! য়ারে য়ারে। ( মায় কুপশিল্লগা ঙাংবগা খোনকমদা ) অ' যাবেহৈ তোম্মুং।

পুবিৎ —( লাকলগা ) কৈনো মেকং নঙবু ইথোক থোবক্তেদা ঐদি মী যুমশেংবা অমসু লৈ ( ঙকা ) ইমাই কৈনো সিদি কনানো!

মৈরু —( কুপশিল্লগা ঙাংবা ) হো এনে ঐগ্যা।

পুন্নিং —হায়। কৈনো'মী সিবো। 'সিবু নহোয়গী মুজিম হায়ব্র কৈনো অরিবা পোৎ থমফম অতুগী থোঙ চঙফমদা খিল্লিহু নত্রো, কনানা থাংঙকয়ে 'সিদি! ব্রা থোক্লরোইদ্রনহৈ লৈমা! কয়ানো স্নুবা চহীচাগী মলেছরোমগী লাম্নীগী মকূহু নত্রনে?

চন্নাংলৈমা —( পেহো পেহো ) নত্তে ঐগা, নচান্নুপানি।

পুন্নিং —নচান্নুপাইদি? মৈরুং?

চন্নাংলৈমা —ঔ।

পুন্নিং —ঐ—মা! কৈনো মাদি, কয়া কুইরে সিদি? কমদৌনি সিদি! ঐদি নহান্না মঙোন্দা হায়বনি নঙগী নহানরাইগী মলেছগী মপানাৎ মপুনাৎকী পুয়াহু পারুন্থু-পারুন্থু হায়দনা। মাই ওজা ওইবহুদি অতুম ওইজরবসু ভাব মেনদি ফনা তাবনিদো, মৈরুং।

মৈরুং —ঐগ্যা, ঐ থোকলে যাত্রা তৌরে।

**( য়োৎলি য়োৎলাং মপৈ লেঙবগী মখোল। খোঙখাং )**

পুন্নিং —হায়! থোকখ্রেনহৈ লৈমা! লৈকায়গী নহারোল লৈত্রনে! কমনোনহৈ লৈমা! লৈমা—!

চন্নাংলৈমা —( **চীং লেখা খোনকম** ) অসিনা কল্লক হেক পেল্লি! ( লাউবা ) জৈ-জৈ পরথা দেবাগী—!

ময়াম —জয়!

**( অমুক অনীরক লাউবা। খাইনগী লান য়ান্নবগী খোঙেল মীনিল। গাড়ী-কার স্কুটর মুনা মোটোর, সাইকলগী মখোল। খরাবা, হুংশিবগী যন্ন )**

লোইরবা

# অটনপোৎ লৈয়া

অয়াওবা খোঙ্জেল

১। ভাবোক—মীয়াই চহী ৫০/৫৫

২। প্রত্যুসর—মুপা চহী ৪০/৪৫

৩। অইবা —মুপা চহী ৪০/৪৫

৪। মুপা —পাখং চহী ২৫/৩০

৫। মুপী —লৈশাবী চহী ২০/২৫

# অউনপোৎ লৈমা

## অহৌবগী থক্ত

ভাবোক—কৈনো প্রদ্যুসর বাবু, লীলাসিবু ইহৌ হৌত্রিবসিবু! ঐখোয়দি মতম চপ চাবীদা লাকচবনি। বাবুহোয়গী মতমসিস্থু ঐখোয়গী লমদমসিগী পুঙলোমদা লৈখৎলকঅবা জাৎলা, লোকেল কলচ্চ-মুংলবগী ভাবতা?

প্রদ্যুসর—'য়াম্বা ভাবোকপু হোজরনি। লোইনা রেডীদা লৈজরবনি। রেকোর্ড লৌগদবা ঐখোয়গী ইনাও অমসিদি ঙসাই ঙস্তানা লাকনা মরাম ভাইবগী উরোরোনদা মীকপ অমগী শেংলম্মনি।

ভাবোক—লাককনখিত্রবা মৈ ফাওবা লাকএ; করি রাৎনরিগে বাবু?

প্রদ্যুসর—কৈস্থু থোইদোকপা রাৎনদ্রে য়াম্বা; চুম্না শুম অইবগী মহোয় লীলা য়াওবা থরত্নগা লাক্কত্রিবা। ময়োম্বকঅনি। লৈক্কানি তিন্নদবমিন্না অমমুক হৌ অমগীদমুক চঙ তৌদনা তৌনরম্বা য়াই। মহোয় পুম্না লাক্কে হায়বগী মওং ওইবা তাই। মৌরকঅনি।

ভাবোক—অইবদুদি লাক্কস্থু য়ারবা নত্রনে? লীলাদদি মা য়াওদবা য়াইনা।

প্রদ্যুসর—য়াববুদি য়াবা, অদ স্কুপতো—লীলা ময়েক্তো মানা পুরক্কদবা।

ভাবোক—হায়রিসিস্থু লীলা তারনি য়েংঙনি হায়দনা কম্মকইসিবু—লীলা ময়েকস্থু লৈত্রিবা লীলা থোক্কদবা মীস্থু লাক্তি বা! অসি ওই-রমাল্লেনে প্রদ্যুসর বাবুনা হায়বিরিসিবো?—শম্মা।

প্রদ্যুসর—অশম্বদবুদি অদুদা তারে; কোইরপ হায়বা ভারগনা লোইনা লাক্করনি, হেক লাকপগা শৎ অদুম হৌরমি; হৌবু হৌরমি

পুঙখায়মুক করিমুক্তনি অদুম ঙস্তা লোইগনি ; থবক অম-অমস্থু চথোক-চৎশিন অদুম নংননি হায়জরিবা, 'য়াম্ববু।

ভাবোক—বাবুগীসিবু হামেং রাইনবগী ভাবতৌনা, ধমকা তৌ'খৈ তৌনরগা অদুম পোথানদৌরি' জাৎলনে ?

প্রদ্যুসর—ধমকা অদুস্থু লীলা অমনি অদুইবুদি। লীলা অশেংবা য়েংবদি ধমকাদগী হৌবনা কৈ 'য়াম্বা।

ভাবোক—ও, লীলা মপুম ওইনা পুল্লপ উবা ঙম্লবা ?

প্রদ্যুসর—হোয়। অদুগীনি ময়াম্না তাবদমক তাবা য়াবা লীলা মওং অসিদা 'য়াম্বগুম্বা ভাবোক অমা বার্তোন তৌদুনা হাপচরিসে।

ভাবোক—ও—, চাংয়েংগী ভাবতা ?

প্রদ্যু সর—অদুগুমজাৎনি 'য়াম্বা। অদুমকপুদি নত্তবা য়াই ; ওইবস্থু য়াই।

ভাবোক—কমদৌবা ? নত্তবস্থু য়াবা ওইবস্থু য়াবা ? ওইবগা ওইদবগা ?

প্রদ্যুসর—হোয়, অদুমক্তি 'য়াম্বা।

ভাবোক—হায়বদি হোয়রগা মাইগা হাইরপ মান্নরা লৈবা, ভাব মেন অমা ইতা তাদবা, মওং-মরিল অমা ইথঙ থঙনদবা অহায়' অহায়' চুম্বা অদুম মানবা—হায়দি ঐখোয়গী মতমগী য়ক ল্মউবী লীলা হায়দুদা তাদৌরিমাল্লে ঐখোয়' ইনাও প্রদ্যুসর বাবুগীসি, করি হায়গে ?

প্রদ্যুসর—হোয় অদুগুমজাৎস্থু ওইবা য়াই।

ভাবোক—অস, ভাব তাফাত্তে। ফরে হোরেল লীলা হৌরগা তারগা থঙবাইদুনি।

প্রদ্যুসর—লীলাদি য়াম্বা' হৌরবনিনে।

ভাবোক—কমদৌবা। কদায়দা ?

প্রত্যুসর—সিদা হৌজিক হৌজিক ইচীন্নাওনা তৌরিসি লীলানিনে হৌগ্র-বনিনে। 'য়াম্বস্নু পাত্র অমনিনে।

ভাবোক—কৈনোনে হায়রিসিবো! ভাবোক্কবু লীলা য়াওই হায়বসিবু ওইবা য়াবা রায়নে?

প্রত্যুসর—য়াত্র-য়াত্রত্র, অদু য়েংদৌরিবনি। লীলাগী রাদি হৌরবনি; তু অসোমদা রেকোদিং তৌরিবসে। মৈ অভাংবা থাক্লকইসে তু সোমদৈসে।

ভাবোক—ই—সে! ওস্তোকপাইদু ওইরে। মীগী ফম্বাক লীলাদা করিদা জাৎ-জাৎ তৌনবদি তৌনবনি। তাননবা লীলা অসিদবু মীনা নোক্লখিদনা ?

প্রত্যুসর—নোক্লবদুদা ওইরদি ঐখোয় ময়াম খরা খবা ইকায়মিন্নরগা পুমিন্নবা অদুম ময়াংখিনি; মতা চাত্রবদি 'য়াম্বা, কলাকারহোয় অইবহোয়, ঐখোয় ময়ামসি ঈশিং পীথকঅ য়ৈর, পীথকঅ য়ৈর, তৌখিবস্নু কনানা খঙবা।

ভাবোক—এ! ঐদি য়াওরোইনা?

প্রত্যুসর—করি য়াওদনি পাত্র অমা ওইরিবসিদি

ভাবোক—এ! করি রানোনে হায়রিসিবো লীলা অসিবু ভাব-মেন অমা—

(মী খরা লাকপগী মখোল তাবা)

মুপী —ঐখোয় লাকএ তা প্রদ্যুসর চঙঙকঅগে?

প্রত্যুসব—ঐ-মা লাকও চঙঙক-ওনে। ঐখোয় ঙাইরম্মীবনিনে। এ, খরা খরা তপ্না য়েংনা য়েংনা তৌকো, তু—রোকোদিং!

অইবা —(তপ্পা) ই—হে, হৌরম্ম জাৎ ওইরে। খরা থেংদোকখরে মরূপ প্রদ্যুসর রারৌ য়াদেকো। ঐখোয় ইবেম্মা কলাকার বাবুনীসি ঙাইরিঙৈদা— কৈনাদ কৈনা পোৎলোই শেৎতুঙায়—।

সুপী —ঐনা থেংবা নত্তে তা-প্রত্যুসর। তু অসিগী সুপা ময়ুমগী বোর অসে অসিনা ঙাইরম্মু ঐ হৌবা লাক্কে হায়রে। ঙাইবসি, ঙাইবসি ; লাক্কে। থেংমনগ্রে ময়াম্না চৈনরমতারে হায়দনা ঐ মহোয়দা চৎলুরে। অদুগদি বোর বাবুসিনা মী' মুমীৎ চপ য়ুংখৎলকপৈ অসিদা শঙ্গোয় দারীদা খীরেদা ফম্মদনা "অয়ুককী চা থক্কে—খবী খোকলক ও" কা'য়না

সুপা — ফরে ফরে কৈনা (কন্যা) ইবেম্মা মখা তারগুমসি। খরা খেঙদোক থেঙজিন অদুম মচৎনরি। মীগী চাউরা-চাউরবা অঙম-অথৌগী মীতিন-মীফম-থৌরম ফাওবা মিনিট তরা-তরাসি তরাক তরেৎ থেঙথনরিবদা ঐখোয়গী লীলা মচা অসিগীবু—মতম অসিবু ঐখোয় লীলা কাঙবুগী উন্দবা য়াদবা অউনপোৎ তৌনা— —!

অইবা —(হরাওনা) তো-তো য়ারে ; অদুদা লেপ্লো য়ারে। মদুদা ঐখোয়গী রাহৌদোক লোইরে। প্রদ্যুসর মরূপ, ঐখোয়গী ঙসিগী লীলাগী মমিং 'অউনপোৎ'। শান্নবা হৌরসি য়ারে। ঙসি নোং নীনি, মরীনি মঙানিসিদা ঐখোয় ময়াম লীলা তিন্নদনা শফা ওইরগা লাকচরবনি। খরা থেঙ খোৎ তৌরবসু ঐখোয় ফজনা চীম্ফা ফা খোৎতনা লাক্করবনি।

ভাবোক—ইবুংঙো অইবনা তাকপিরিসি লীলাগী রাহৌদোক কা হায়বা অহৌবা—এক্সপোজিশনগা হায়নবা অদুগুম্বনিনে ?

অইবা —মানি হোয় খুরাবু! অদু অসি, খুবা অসিনা ?

প্রত্যুসর—অ—ভাবোক অমনি। ঐনা হাপচিনজরবা ভাবোক অমা

অইবা —লীলাসিগী পাত্রগুম্বা—?

প্রত্যুসর—গুম্বা নত্তে মরূপ, মরি, পাত্রমক। লীলাগী মীওই অমা।

অইবা —এ। লীলা অসিগী ?

প্রত্যুসর—লীলাসিংী।

অইবা —লীলানা ঐনা ইয়গা পাত্রনা অদোমনা—?

ভাবোক—অদ্ম য়ানি, কৈস্নু কায়রোই ইবুংঙো।

অইবা —কায়বা কায়দবগীদি লায়রদনা—নত্তে মরূপ মরূপকীদি মরকী খোঞ্জেলগুম্বা, অহৌ-অহৌবগী যন্ত্রগুম্বা, রাঙাং শঙাঙগী অরাং-অনেমগীগুম্বা অসিদা শেন্নবিগদবা নত্রনে?

প্রত্যুসর—ভাবোক অসিস্নু মরকী, অহৌবগী, অরোইবগী খোঞ্জেল অচৌবা অমনি কৈদৌগে মরূপ।

ভাবোক—অদগী অমনা ইবুংঙো, ফৈ-ফত্তে; মুংঙাই-মুংঙাইতে; চুম্মী-চুমদে হায়দনা লীলা তাবা লোইরগা ইবুংঙোহোই ইবেম্মহোয় ময়ামগী তুংদা নৈনদৌ শরূক খুদক খুদক্কা কলাকারশিংগী মাঙ-মক্কদা নৈনথোকপস্নু ফৈনা! করিহায়গে?

অইবা —ফরস্বদি য়াই খুরাব্; অদ ময়েকনা ঐনা শেমজরগা –

প্রত্যুসর—এ, ফরে মরূপ, নহোয় অইবগী হৌনবা অদ-ফদ-অমস্নুং অম-হিকস্নুং অমহিক্কি কায়না তৌরম্নু। মীনা ঙসাইনা মওং য়েং-ঙিবনি হায়দনা হায়গ্রেম্মনা! ফত্রা, চান্নব্রা য়েংঙগা মতা চারোই-দবা উরগা থোক্ক তোকথোকঅগা লোইরে। য়েংবদা করি কায়খে। আর্ট হায়বা, কলা হায়বসিবু বোন্দী মখোঙ লেঙবা ইয়া য়াদবদৌনা খল্লিব্রো হৌজিক ফাওবা!

অইবা —(ভাব ভানা) এ, এ, ভাব তারে। মরূপহোয়গী কলাগী পাম্বে মতাসিদা ময়াম্না মুরুম মুরুম শোন্নরকত্রা, মতা চাত্রগনা ফি-রোল হেক শেম্নরকত্রা হায়দনা খল্লুবে য়ানি।

প্রত্যুসর—অদোমদস্নু পঙথম খনবিরুব্ন মরূপ।

অইবা —(খোনাগা লোয়্নননা) এ, অদু ওইরদি (খুকাপী) কে—সে। তৌরসি! ফৈ! করি লীলা শান্নরসিগে হৌরসি ব্নি আর রেডী।

প্রত্যুসর—কদায় ময়েক পীবিরকও।

অইবা —ময়েক হায়দি স্কি প?

প্রত্যুসর—স্ক্রিপ; লীলাগী ময়েক, অইবা ময়েক।

অইবা —ময়েক লৈতে। য়াওদনা হেক্তো চথরদৌনি। তাকপিয়ু করম্বা হীরমদা শান্নসিগে? ইবেম্মা ইবুংঙো কলাকারশিং, শেম শাবিরো হৌরসি। লীলাগী থীম—হায়দি হীরম পীরকঅগে। মরূপ প্রত্যুসর থীম হায়বিরো—।

প্রত্যুসর—কৈনোনে হায়রিসিবো অইবা ময়েক য়াওদনা করমনা ?

অইবা —'সিনিনে মওং মওং য়েংদৌরিসে—। অমা হায়বিরো হৌরসি থেংগ্নে; মতম লোইশিল্লক্কদৌরে। পীবিরো।

ভাবোক— অইবা ইবুংঙো খুব্না করিগুম্বমতা—।

অইবা —তাকপিসি।

ভাবোক—হীরমদি ঙসাইনা লাউথোকখ্রবদাইনে! অউনপোং—।

অইবা —ও, ক-র-রেক্ট! য়ারেনে অউনপোংকী মরমদা শান্নরসি! অদুদি সে হৌরসি, গেট রেডী—রান—টু—; প্রত্যুসর মরূপ, অহৌবগী যন্ত্র খোংবিরো—লুহোং কোয়বগীদো নত্রগনা মুপী থিনবগীরা কৈনো।

ভাবোক—ইবুংঙো অইবা, হৌদ্রিঙৈসিদা ব্না অমত্তা হৌদোকচহৌখিগে।

অইবা —হোরেল হৌখ্রগা মরক্তনা ফরোইদ্রনে খুব্না ভাবোক?

ভাবোক—হ! হ! ঐখোয়গীসি মরক্কিনে।

প্রত্যুসর—চুম্মী মরক্কি, লীলা হৌখিবদি কুইরে।

অইবা —ও। ফরেনে। নৈনবনা হাল্লগা লীলানা কোম্না কৌরবাইরিব তাকপিরো। শাংদি শাংবিন্নুকো—মতমসি ।

ভাবোক—শাংজরোই। শম্না হায়জরবদা ইবুংঙোহোয়না শাম্নবিদৌরিবা লীলাগী থীম, মতুগী মিংথোল অহু মওং তাক্কাক্রে হায়রিবা। হায়বদি অউনপোৎ হায়বসি মৈত্রবাক অসিদদি প্রোব্রেম-সমস্যা অমা ওইদ্রি হায়জরিবা।

অইবা —এ! কমদৌনা খুরাবু ?

ভাবোক--হায়বদি সনা লৈবাকসিদদি অওম্বনা ওম্না ওমদবনা ওমদনা উনবা অতুম চৎনবি। মুপা ময়ুমগা মুপী ময়ুমগা সে-গা মাই-গা তাথোক তাশীন তৌনদনা পীনরি লৌনরি। ঈংনা তপ্না অতুম মচথনরি। কবি হায়গে ইবেম্মা, উমবা-খোংপগী মতাংদদি ইচা ইবেম্মহোয়না হেম্না খওঙ্গিনি।

মুপী —অ—চুম্মী পাবুঙ ভাবোকনা হায়বা। অউনপোৎকী মতাংদা কন্যা তেরশিং হৈজিন্দনা মৈ থানদ্রি ; থৌরী—মুংলী, চু—মুং শীজিন্নদ্রি ; অদগী ওজাবু শেল-থুমগী হিসাব তৌনরগা লৈ কোয়রিঙৈদা বোর হৌগত্তনা চৎনদ্রি।

অইবা - অতু ফাওবতু য়াজরে, শম্না হায়রবদা বোর অমা লৈবা-লাকপগী য়োনবা খোৎপগী মওং অসি লাক্তি সনা লৈবাকসিদা। লুরিবা অমত্তংদবু তা-ভাবোকপু অচৌবনা হৌনা নাহেবা অশোনবনা খোঞ্জেল পীকনা নাহেবগী রাদনি ; চৈনাদি অমদসু অমদসু অতুম ফাওনরবনি। চাংদা খরা খেন্নজবগী রাদনি। হায়বদি কৈদাবু য়েংবিয়ু ঐখোয় অদ্বাইদা মামশিং অমা লৈ। মচাতু মুপী ঙাক্তা মঙা মথায় হেক পোকএ।

ভাবোক—কমদৌবা ইবুংঙো ?

**অইবা** —মুংশা থীবিখিমু তাদবু মরীমুবী অতুমদি শাজৎ-লাকচৎ রাঙাং-শাঙাং, মরা-মখোন বোবা-বোবা লাউরদনা মুপা হেক মাল্লে ; এ ! হৌজিকসু ফনেক-কা শেত্তে জিন খোংঙ্‌াওগা জেকেটকদা চথরি। মমান্নবা মুপা পাখঙনকা হেনজিনবা য়াবা জাৎ নত্তে।

**মুপী** —অদ মুপীদি ওইবা।

ভাবোক—ও ভাব তাজরে। মথা হায়বিয়ু।

অইবা —চরা হেন্দে মামতু, থবকসু মচা অমা তৌজৈ। লৌ শীংসু থরদি অতুম লৈমাল্লে হিয়াঙ্গৈ-পোইন্নগী স্বায়দা ফৌতু বোরা অনীগুম্বা অহুমগুম্বা লৌমী অমনা তত্তনা থিল্লকই।

প্রত্যুসর—মীনা পুন্না কয়া চাবা ?

অইবা —ময়াম্বনা থনম্বা মতৈমতুগা মচা অহুমতুগদি মহোয় ১১ গুম্বা চাবা ওক্টরমাল্লে।

ভাবোক—ফৌতুদি থামুক অনীমুক কোন্নবিদ্রা। হ ! কোম্নরোইদৌমাল্লে—।

অইবা —কোন্নবা কোন্নদবতু ঐগী রারীদা য়াওজদ্রে। ঐনা হায়জরিবদি মামতু সনালৈবাক অসিগী মযায ওইবা থাক্নী মীওইনি হায়জরিবা। মচানুপী অহনদো এমঃ এঃ লোইরকপগী অতুদা কোক চেম্থোকখ্রে, থবক থিবোই থিদবোই তৌরিবা মমান্নবা হরে অমদা। খরা শাউন খরা থেম্ন মরাং মবাং তৌনদনা হোঙবদা লেপ্পরে। মশেম মরৌ হোঙঙনি হায়বগী অতুদা কন্যা ইবেম্মতু অহল্লমনগীদা থিল্লকএ। তাবিয়ুসে হোঙঙমদাইতুদা কন্যাহোয় কন্যা-পাহোয়না উংখৎনরিবা মওংসে—( থুকাল্লী শেক'পেক কাঙ্গপা) হৌরো কলাকার নখোয়। মরূপ প্রত্যুসর য়্যারে করিনো খোঙ্গেন-মুংজেন থাবিবো য়ারে—।

প্রত্যুসর—ও। করি থাদোরিনো ভাব-মেনবু তাশিল্লক্কে লুহোংবগী ঈশৈ থাসিরা কায়ার ব্রিগেটকী মখোল ?

ভাবোক—ক্লাশবেককীদু হেক থারো কৈদোগে ইনাওসিদি

অইবা —চুম্মে, মদুনা চান্নদৌ' মাল্লে। অদুদি সে—( ক্লাশবেক হৌবা।)

মুপা —( শাউৎপনা ) করিনো মানা হায়রিসিবো ! ঙাইহাক লৈর' অমমুক হায়, ঙাইহাক লৈর' অমমুক হায় ! ঐসিবু চাকশৌবুগুদৌনা। মহোয় মহোয়বু শেম্বদনা ওপার অমা। মানস্থু লোইবা নত্রি মনাও ঙাক্তা ঙৌবা য়াও মুবা য়াও পৈবা য়াও ফৈবা য়াও, য়াঙ্গোল অমা। মানা কোকহল লাইহলনি, লাইরিক লাইস্থু হৈরে ভাব তাগদ্রা হায়রগা ! মানদুম লাই শারে ; ইকাই ইকিস্থু লৈত্রে। মমা শাবী নঙনস্থু ঙম্মোই খোৎলোই হায়দনা য়েথৎ-খোৎতত্তনস্থু তৌগে হায়দে ! ( শাউনা ) চো, মা লাউ হায়য়ু ঐগা শাগে রারীসি। মথন্তা থাজিল্লকউ। চো ! ( কপ প্লেটকী মখোল ) চা-কাসি হু তরেৎ থারে। ( মৈথেৎ খেঙ্গুনা চুক্কপ চম্বগী মখোল। ঙাইংাক তুমিন লৈবা। খোঙখাং অমা নকশিল্লকপা )

মুপী —( ইচম খোংবা ) বাবা, কৈনো ঐগা রারী শাসি হায় হায়বো ?

মুপা —( মৈখু শাংনা কাম্বগা ) কন্মু।

মুপী --কুইগুমসি বাবা ঐ কৈথেন কাদৌ লৈরি। পোৎ-চৈ খরা রাৎলি।

মুপা —অস ! কৈথেনগাসি নহোয় নশানা অদুম কার'জাৎ ওইরে ; নমা-হোয়দি কৈদৌরবা ?

মুপী --ইমাহোয়না লৈবসি কয়া য়োদে, কালিটী হস্থবা ঙাক্তা লৈগল্লি ; লাইগী শোয়দনবা মশীং রাত্রগা লোইরে হায়বগী মওংদা তৌই।

মুপা —অস ! হরে-হরে। ঙন্না হৌইদা। ফৈ-ফৈ হোৎনৌ হোৎনৌ মাগী মাগী ঙম্মনবা। অদুগা ইবেম্মা বাবা রা'ম হায়গে। নঙনা

ঙাইহাক লৈরগা অমমুক হাপ্প্রু, ঙাইহাক লৈরগা অমমুক লৈয়ু হায়দনা হায়রিবসিবু—নত্তে ইপাগী ৰীবম নঙনা মুম্না খঙই। নঙ অমনা লোইবস্থু নত্রি

মুপী —তু তৌরকএ মহোয় অনীগী হৌনবী। (শাউরপ) ফরে তোকও অমত্তা হাপ্প্রু! হোঙদ হোঙজররোই; তোক-ও।

মুপা —ঙাইখোনে নহোয়গী হৌনবীছু তৌরকখিন্নুনে! ভাব তা-না ঙাঙ-নখিসিনে। লাইরিক হৈরবী নঙনি মচিং-মশোননা চংকন্নুনে!

মুপী — ৱাশিং মেছিন অমত্তং হাপ্প্রু হায়ববু মচিংলো! অচৌবস্থ নত্তবা!

মুপা —অচৌবা নত্তবছুবু অমত্তা ওইরবদি ফরেনে হাপ্পসিনে। অমমম সুম হায়বদগী মচুগী টিঃ ভিঃ সেট য়াওরে; ফ্রিজ হাপ্লে, উপু-সুংপু লোইনা ষ্টীলগী ওপ্লে, কনাগী চেঙভু ফাওবা ষ্টীলগী তৌরে; গাড়ী মচা অমা য়াওরে; কনাগী রূম হীটব গ্যাসকী ইলেক্ট্রিকী লৈরং, পংখা-মুংখানচিংবা মচা-মসুস্থ সুরে, কোকহন লাইহননি হায়দনা ৰমাগী চক্রিদগী লৌস্থ মচেৎ অমা অত্নম য়াওরে—।

মুপী —লৌনে'না খুজীনমুক, গাড়ীনে'না থায়নগী জেট অমনবমুক। হৌরদনা, টয়ার অনীমক বাবাগী কোকতৌনা পুন্নান —!

মুপা —থৌবদি নঙনা মুভিগী থৌন্নিদনা অত্নম মফরি। হু! ঐনা হায়-বদি পোৎ অসি অত্নম চৎনবা য়ারে, পঙতা তাদ্রে, ঐগুম্বা অমনা তৌবা য়াবা, উনবা ওম্বা পোৎ-চৈদগী ওথাক হেন্না হাপ্লে—।

মুপী —অছুক য়াম্বদি হাপ্পগা ফিস্থ-মেছিন মচা শঙ্গোম কৌতামুক চাউবা'মা হাপ্পদা করি কায়বগে!

মুপা —হাপ্পগীদি এরোপ্লেন য়াই জহাজ ফাওবা য়াইনে, ঐখোয়গী কোম্নুং অসি অউন-কোম্নুং ওইনা থোক উনথোকপা য়াইনে।

ওমদবগী রানিনে। পূদলা লঙদনা লৌথোকপা য়াবমখৈ লোইরে ওিঙ্গিলতগী—

মুপী —পূবগী পূবা অমহানি খরগা পূবিরো ; নত্রগা তোকঅসি হায়-দোকপিরুরো ঐস্মু লম্বোইজঞগে !

মুপা —অস ! ( ঙাইহাক তুঙিন লৈনরগা ) ওাইখো মুপীমচা বাবা রা হংগে ; রাশিং মেছিনগী রাসি মহোয় অসোমগী ডিমানলো ? শেংনা হায়য়ু।

মুপী —অহুগুমজাংনি। য়াঙহল্লকউ হায়বত্বুদা ঐস্মু চাউথোকপোই পোঙশিল্লম্বোই তৌদনা 'এ, কৈস্মু লৈতবা মচাত্বুদি পুরক্কেনা, হায়দনা হায়জিল্লম্মে। অত্বুগী রানি। ঐস্মু খঙউবনি খো-খোপ্পা। অদ ইজ্জৎকী রাফম ওইরবত্বুদা তৌবনি বাবা। কোল্লা তরানি-কুননি লৈরগা য়াদ্রে শেমগে হায়দনা অমুক পুবিগ্রস্মু হাপত্তি হাপ্পসি।

মুপা —মসিদা ঐনা নঙগী রাশিং মেছিন অসি হাপত্রগদি— ?

মুপী —( খজগা ) হা-পাত্রগদি — হাপত্রগদি বাবা — আসি — !

( ঙ্কাশবেক লোইবা )

ভাবোক—উত্তম। ভাব তারে অত্বু ইনাও অইববু, মখাদি করি ফ্রিজদ্ হাপ ত্রগদি হোঙঙরোই সিরা ? কন্যাত্বু হোঙখিদ্রবো, হোঙখিত্রো ?

অইবা —অসিগী মখাসিনি ঐনা খন্নবা পাম্বিবসে। ময়ামস্মু খনবিয়ু হোঙহনসিরা হোঙহনগুমসিরা ? ময়ামগী মোতস্মু পামজবা।

মুপী —মসি ওজাবু ঐগী মোততি—।

অইবা —তাসি।

মুপী —কয়াগীস্মু নত্তে কোক হাপ্পগা থোক্ষ হোঙদোকগ্রসিদা ; মশা-মশা য়ান-খোৎনদনস্মু চেনজগ্রবত্বুবু।

প্রত্যুসর—মসি ইবেম্মা ঐগী মরূপ অইবনা পাম্মিবসি হোঙবু হোঙঙবসু হোঙবু হোঙদ্রসু ক্রিজত্থু হাপনিংদবগী রা ওইরামাল্লে—সমস্যাবু হায়রিবা।

মুপা —ক্রিজ মচা অমথক্তুবু কৈদৌয়েগে হাপথ্রসি!

মুপী —হোয়দা, অসুক য়াম্বদি মথং-মথং হাপ্পগা। মুংশিদ্রো মী কন্যা অত্থুনা পামজদনা ইকায়-ইকি থাদোক্তনা মপাদা হায়জরিদো।

ভাবোক—মসিদা ভাব অমদি লৈরে। লৈরে হায়বদি পোৎ চাউবা-পীক-পগীদি লায়রি মসিদা মায়গৈ অমদগী অউনপোৎ থৌবগুম্বগী রাক্ষম অমা—!

মুপী —থৌবগী ভাবতি নত্রিদা খুরা মুপী মশানা মপাদা পাম্মী হাপ্প হায়বগী রানিদা।

মুপা —হ! অত্থুমকসু নত্রি মুপাময়ুমগী দিমান অমদৌনা তৌরি নত্রগদি কন্যা মাসু মপাগী ফীবম খঙহিবনি। মপাত্থু মচামুপী কোকহন লাইহনগীনি হায়দনা তেংজরবনি হায়রিবা।

অইবা —অত্থুইসু মথক্তা মপা মানা থঞ্জরম্বদি অঙম্বা থরদনি; মচানা অদগী মমানা সিদংদি, সিমত্তংদদি অসিমত্তংদসু হায়দনা ঙংবা সৌবদগী থমজবা জিঃ পিঃ ফঃ এ কী শেনফম তেংঙে, ইনস্যুরেন্স ময়ামদগী পুবা য়াবা পুরে; অদগী মরূপ মপাং কয়াদগী ময়াম অম পুরে-লণ্ডঙে।

ভাবোক—শীংদবদি য়ারোইদো।

অইবা —মথোই য়াঙ্গোল য়াঙ্গোল হাপ্তৌরিবনি।

ভাবোক—হন্দকীসিনা অরোইবসু নত্রি।

মুপী —হায়রিসিনদি ওজাবু হোঙদবা তারেনে?

প্রত্যুসর—ইবেম্মা পাখংখিন্নু হোঙগনি ; শোয়দনা হোঙগনি। ইচা নিং-ঙোল পোক্লুরবনিনা হোঙনবা তৌগনি—অমদা নত্রো অমদা—।

মুপী —ওয় ! হান্নৈত্নুদা নত্তবা ?

প্রত্যুসর—হান্নৈত্নুদদি অমুক্তং জোনে চঙনা হংনখিবা তারি মুপীমচা।

ভাবোক—করি হায়না প্রত্যুসর বাবু ?

অইবা —অস্নুমায়না ( মুপাদা ) অ ইবুংঙো রে-দী। য়ারেকো ?

মুপা —য়ারনি তা-ইবা।

( ফ্লাশবেক/মরক্কী যম্না )

অইবা —( মখোল ওন্নগা ) অ-অসি ইচাইবুংঙো ইন-লো সা'বপু।

মুপা —পাবুং-ইন-লোবু।

অইবা —কৈনো নখোয়না ফিস্নু-মেছিনগী ৱা অমদা মাথা শাহল্লিসিবো ?

মুপা —মাথা শাহনজবগী ৱা নত্তে ; হয়েং নচা ইবেম্মা অনৌবীনা ফিস্নু-ফিজম্বদা মখূৎ কায়-খোত্তনবা—মানা মুংশা মরক্তা স্নুরবদি ফিগীস্নু মাগীস্নু কুচু মাঙইদো অত্নুদদি ,স্নুম খন্নবদা—

অইবা —কৈনো নোং ফাদোক, নীনি মরক ভুম্নি মরক্তা নখোয় নশাগী শেংন চানবা ফি মরী মঙাদং স্নুববু খবক্লো। নশাদু চাং অমা নাইনা লেঙ-ওৎপস্নু মুঙাইনা হিংবদা চঙদবা য়াদবনি। চাও-খৎপা মতমগী থাজবদা চংলে ফমমে, ফম্মে ফম্মে, চাক থোংই ফম্মে কুচু শেন্নরিবনি হাযদনা ব্রেক-ফাষ্ট, লঞ্চ, দীনর লৌর লৌরগা ফমজীন্দনদা লৈদনা মতুম লৈরেগা, মপাক লৈরেগা তৌদনা হোস্পিটালদা ৱাক্ত-মুংজু থোকপবথৈ লৈহনগেরো !

মুপা —অদু ইদি অয়ুক্তা মুংদাংৱাইরমদা ঐখোয় অনী হৌন হৌনদনা ৱাকিং-মুংকিং অত্নুম—।

অইবা —কল্লিগী ৱাকিং ! য়ুমগী নশাগী থবক ফজনা স্নৌরদবু মতম করিগী মাঙহনগনি । নতনস্থ তনবা মতমস্থ মাঙহনবা । থবক্তা সুনীংত্রবনিনা অরায়বা শেন পান্মে । ইজ্জৎকী মথক্তা চান্নিং তৌবনি হায়দনা জোম-জোম ! অতুনদি মীগী সনা ৱায়রগা ককতনা মরুপ হুন' তাবা ; মীগী মরুপকী শেল হাৎপা তাবা । অদগীদি শেম্নং মরূপ, অনৌবা শেলহাৎ খোঙথাং মরূপকী সেক্রেটরীনা থানাগী হূই পুতুনা হেক্তা মথিরে ।

ভাবোক—ৱাসিবু অইবা ইনাও ইবুংঙো খরা ফৈদোকপ্রমাল্লেনে ?

অইবা —চুম্মে । লৈশিঙ্গরকঅগে ! শম্না হায়ৱবদা, লুহোঙ খোঙদোক্তবগী মতাংদা মুপী ময়ুম ঐখোয়দা পোৎলুম মনম মনম খোঙৎলিসিবু চুম্মিব্রো ?—অসিনি । চাদিং অসি হাঁকমল্লে ।

মুপা —মদোমদা য়েংঙ্গুরগদি, ঐখোয় মুপা ময়ুমস্থ মহা অবশীদা তৌরিবনিদা ! কুজবগী হা ফিগে-ফিবাং, অদুনিনা ক্বাগোক হাল্ল, অদা গুইবদি পুনুকোক ফুল্ল, দোলাইগীনা অদুক বেলগী পরেং অদুকী নল্লবদি লৈ ছকহল্লোই ! অদগী কার জীপকী পরেংদগিং মিং অদুক শাংদবা য়াত্রা, হৈজীংপোৎ তলনা হৈথদবা য়াত্রা হায়দনা দিমান মথং মথং লাকপনিনা—! অদদি ঐখোয়স্থ তুংগী কান্নহৌগদবা খরদি য়েংদ' য়াদবনিনা কান্ন অহনবা পীয়ু থবককী এপোইমেন্ট অমা হাপ্পিয়ু হায়দনা হায়জত্রবস্থ ৱাশিং মেছিন অমদি শীবু শীজিন্নৱবস্থ, য়োনবু য়োম্লোকঅবস্থ—হায়দনা য়ারিঙৈদা মুকচহৌবনি ।

অইবা —শেনমাঙ কোংখৎনবগী মগুংদা মুক্করগা করি কান্নদগে ; চাক্নৌ মতুংদৈদি লৈত লায়রা অদুম তান্নবা হৌনৱদোদ্রা । হয়েং করি

কান্নদগে ঐথোয়গী সোমদা য়ুমই-খ্মোলসি নিলাম লাউখি-দৌবগী মওং লাকপদা নহোয় অনীবু অদোমদা শান্তিদা লৈবা য়ারোইদা। অঙস্বা মওংদা শীকপদা থোকইবা খরা অসিদা অস্নুম লোইনরসিদা ইন-লোবো।

মুপা —ঐবুদি পাবুঙহোয়গী খরা য়েং কন্যা অসিগীনা খরা হেল্লপ য়েং-জরগা মতোকচরগে। অদ— ; অহল্লমন, মরী-মতা, শাগৈ-নাতৈগী মমাঙদা চৎনবী হায়বা অমদি লৈরিদো।

অইবা —অদুগীদি মানা শাগৈ-নাতৈ মরী-মতা হায়বসিদি,—হায়বদি ইচিন-নাও ফাওবনি ; ময়ামসিদি লৈকাইনি। লৈকাইগীদি মানা কমদৌগে'বু ঙাংনরগেদনি। চাক্কৌবগী ঙা য়াম্মী-য়াম-দেদা অদুম লোইখ্রনি ; ঙা মথেল ৩৮ তৌরবস্নু ঙাখা থোং-বম তং হেক ব্রাৎলিদা, 'সিনি হায়নদৌরিসে। কার অমা য়াও-রবদুবু এ, অনীদং হেক সুহন্দেদা ঙমদবস্নু নত্তবদা—সিনি উপুগী হোটেলদা ঙাংনদৌরিবসে। মহোয়গী য়েংবগী মহুত্তা মঙানি তরানি মতুংদগীদি অমত্তা ওইনা অদুম লৈনরগদৌরিবা নুপা ময়ুমগা নুপী ময়ুমগা অনীগী খনবনা হেন্না অশিংবা ওইনিদা।

নুপা —হোয় মদুগীস্নু কোন্না-কোন্না মথেংনবকপা হায়দুনি। হৌজিক-মক্কীদি মচা'ম কবি'মা অদুম, পঙচাউ চাউদ্রবস্নু— ।

অইবা —( **শাউরপনা** ) নঙগীসি দিমান্দ হায়দুনিনে!

মুপা —নৎচদে। নিজবা হায়দুনি

অইবা —করি নিজবাইদি! পীরোই! লৈতে সুকহাপ হাপ্লোই। ঙমদববু কমদৌনি। হোঙঙোই চো

**( ফ্লাশ] বেক/মরক্কী ষত্র লোইবা )**

মুপী —( **খরাম্ব রাজনা** ) তোকএনে অদুদি ; হোঙদ্রেনে।

অইবা —( অহুম শাউনা ) তোকএ ! হোংদ্রে। নশা—নশা য়ানবা নহোয় অহুম চৎমিন্নখ্রো তোঙবগী রা অমা—না !

ভাবোক—মসি ইনাউবুংঙো, সুমদৌসি। অনীসি মনা-মনিল নাইনদনা কোর্টতা থোক পোইশিল্লগা পীথোক পীশিনগীনা তপ্না খন্ন-খন্ন তৌরসি। কমদৌই

নুপা — কৈনে অহুম্সু পুঙ-য়্যানস্তু য়াওনদ্রে।

অইবা —( অহুম শাউনা ) এ ! অহুম্সু হেক য়াবা নত্তেদা, নহোয়সু ! মীগী চৎনবী লোমচৎ হায়বা অমম্তু লৈরি। চৎনবী মুথৎসি হায়বা নত্তে পীথোক পীশিন লৌথোক লৌশিনগী মতাংদা হন্থনসি হায়বগী রানিদা !

নুপী —অহু অদা খঙদে ঐদি পোৎলোই শেঙবা সুকয়া য়াবোইকো ' কারদি পঙতোং মতোংগনি দোলাইদি হন্দক্কী অসিনা অহোবা অবোইবা চান্সনি।

অইবা —( অহুম শাউনা ) মহু ঐঙোন্দা হায়দৌ নত্তে কন্যা হইবেম্মা। সে সে সিদগী বোর মহৎসিদা হায়নৌ, নহোয় অনী য়াম্না নুংশিনরে হায়বদাই। নুংশি চাংয়েং তৌ। যাদ্রগা থোক তোকথোকউ। মহোয়গুম্বশিংসিননি সনালৈবাক্কা কাতু-কারন তৌল্লহকইসে

নুপা —( নাক্বগা ) কৈনোনে তা-কোলোম ঐঙোন্দা মিৎ-না শংদোক তনা শাউরকইসিযো। লীলানি হায়দাইনে—লীলা অতাবী, অয়েংবী নত্তবা।

অইবা —( হংথনা ) সোরী। এক্সকুজ মী। ময়াম জয়-জয়।

ভাবোক—য়ারেদা য়াবেদা। অহু সুমদৌরসি মায়গে অনীমক্তা ঐ রা অমা তৌদোক্কে।

অইবা —তাকপিয়ু।

ভাবোক—মুংঙাইত্রে অনীসি হোঙবীরসি। অহুগা অমনা, য়াম্না হেন্না কান্নবা নত্তবা চাদিংশিংসে হেক য়ারিবমখৈ হস্তরবা। অনীমক্কা য়ান্নবিরবা। হায়দি বোর পার্টীগী কার মশীং য়ামদবা, বেল-খোংবা য়াওবা য়াওদবা পালাদা পৈশা ফি থাবা থাদবা মস্থি-নদ্রবা। অমরোমদস্থু অউনপোৎস্থু অঙম্বা খরা উল্লিবহুদা অহুম পেন্নরবা; নিঙাই তৌনদ্রবা—অহুম য়ানরবা। করি হায়গে? পোৎলুম ওইহন্নদবা হায়বা।

অইবা —মহুনিনে ঙসিগী ঐখোয়গী লীলাসিনা তাল্লিবসে।

প্রহ্যুসর—পুখোকচবগী পাউজেল হায়বু অহুনি।

ভাবোক—অদ পাউজেলদো খিত্তং চরা চরাবা ওইনা থোকখ্রিবা হায়বগী রাদি লৈবা।

অইবা — অহুবু ঐখোয়গীদি হেক তেংবমখৈ উৎচরবনি তা-ভাবোক

ভাবোক—অহুইদি ইনাওশিং ইচাশিংনা কন্না লাক্লজেদা। রিহর্সেলদা খরা ঙাইথোক ঙাইশিন তৌবা, চা-বোরাগী বিল খরা য়াম্নপ য়াম্নপ তাজবনা তাজবনি! করি হায়গে?

মুপী —অদৈদা, ঙসিগীবু তৌখিদ্রিবা কৈনো খৌনাউগাসি ইকং কংগুম।

প্রহ্যুসর—এ, অহুইদি লেঙথোকঅগা—। অহু ঐখোয়গীসি মতমস্থু চপ চারে। স্বায়দ স্নুম খুরুমজরে।

( অরোইবগী যত্র )

## য়াউশঙ মৈথারে

**চঙগদবা খোঙ্গেল :—**

( থোকপগী অহান অকোনগী মতুংইন্না )

১। ফৈজাও—লাইবিক লাইস্থ হৈবা অহল চহী ৭০ মুক

২। মমৈ—মবৈ কনবা পাখঙ, ফৈজাওগী মস্থ চহী ২৫ মুক

৩। ইবেম্লে—মমৈগী মমা চহী ৫০ মুক

৪। মুপা— } খুঙ্গংগী মীওই চহী ৪০-৪৫ মুক

৫। মুপী— } ( ইশৈ হনবা অমদি খুন্বীস্থ শাবা য়াই )

৬। অঙাং ১

৭। অঙাং খরা। মুপা-মুপী খরা

# য়াউশণ মৈথাম্বে

অহৌবগী যন্ত্র/খোঞ্জেল

**অঙাং খরা লাঙবা, হায়ী-হাতাই শাবগী মখোল লাবা**

ফৈজাও— কনা কনানো ইস্নুশিংদি। কবিনো থুমোক অচৌ-অচৌবা' কা পায়রকইদি কৈদৌরে ?

অঙাং ১—ইথৌ ঐখোয় পোং মথং মথং থায়বা চংলিবা। সিদসু খরা হাপ্লিয়ু হায়দনা চঙঙকইবা।

ফৈজাও—কবি পোং ?

অঙাং ১—ইয়া য়াই ; চেঙসু য়াই, অলু ওইরসু হরাইমুবী য়োংচাক কোবী লোইনা য়াই। তো মহোয় অতৈনা হাপ্পকইসে।

ফৈজাও- এ, য়াম্মেনহে। শীংকাসু মতেক অমনী য়াওরিনে। কৈদৌ-নবনো অসিদি'?

অঙাং ১—চাক চাদোইবা ; চান্নদোইবা। য়াউশঙগী।

ফৈজাও য়ে-য়ে য়াউশঙগী। হয়েংনিনে য়াউশঙদি।

অঙাং ১—ঔ, হয়েং চান্নদোইবা।

ফৈজাও—ইস্নুশিংগীসিদি হাউরনিদা। ঐসু য়াওগে য়াব্রো ?

অঙাং ১—য়াইনা। লোইনা য়াই। ইথৌগীসু চেঙ মেরক অমগা লুপা অনীগা খায়রকঙ অতুগা য়ারে।

ফৈজাও—নহোয়সু খায়নব্রো মেরক অমগা পৈশাগা ?

অঙাং ১—ঐখোয় অয়াওবা অঙাংথৈ থায়বা।

ফৈজাও—নহোয়রু মেরক অমমম লাবা ওন্নবে ?

অঙাং ১—ঐখোয়দা নত্তে চাক থোংবিবগী ঐগাহোয়স্থু এনশাং শেম্বীবগী ইচেখোয়স্থু চায়। অদৈ য়াউশঙ শাবিবগী কাকাহোয় অচৌবা ময়ামস্থু চাবা। ওক্তবা। নহানমুক্তি মী য়াম চায়।

ফৈজাও—ও, অতুগী লৈকাইদগী মথং মথং অঙম অঙম্বা অরৈ অরৈবা হাপ্পিয়ু হায়দনা চৎলিবা কো, হা?

অঙাং ১—ঔ

ফৈজাও—হাই, নহোয়গীসিবু ইস্থুশা ঙাস্থু মচা অমা য়াওরিনহৈ। ঙা হাপ্পকপস্থু য়াওমাল্লেনে!

অঙাং ১—ঔ, ইপন হোটেল ফম্বদো অসিদৈগীসে, মানা হাপ্পকইবা

ফৈজাও—লাইদবু ঙা কৎলি হায়ব্রনে। মহাপ্রভুদদি কৎপা য়াবোইনে।

অঙাং ১—লাইগীদি ঐগাহোয়না তৌরনি 'সিনা ঐখোয়না চানবা ময়ামগী।

ফৈজাও—ও-ও, নহোয়না খায়রিসিনা মীগী?

অঙাং ১—মীগী নত্তে ঐখোয়গী; ঐখোয় ময়ামগী।

ফৈজাও—য়ে—য়ে নহোয় অঙাং ময়ামগী। চুম্মে অঙাং ময়ামগী। মী ওইবক্কদবা ইস্থুশিংগী। ফৈ হাপকে অরৈবা হাপকনি। (কৌবা) হাই, অসি বোবো নমাহোয় লৈত্রো চেঙ খরগা—হাই, ঙাই-খোনহৈ ঐগীস্থু ইস্থু লৈনা। ঐখোয়' বোবো হোয়দি চাক চান্নবা য়াওদ্রো, মহোয়দি থোরক্ত্রো?

অঙাং ১—বোবোগা মোচাগদি মহোয়গী কাকানা ঙরাং থোরকপদা চৈ-রিবা। কপ্পগা অত্তুম চঙগ্রবা। ঐখোয়দস্থু য়াম চৈ।

ফৈজাও—ঐ—পা; করি, কনা, মহোয়গী কাকানা চৈরিবা?

মমৈ —(লাক্লগা শাউরপ) হা-আই! মহোয়সি সি য়ৌরকঅম্মেনহৈ;

তৌবন্থ হায়বমক্তদা ! লৈবম্মু নহোয় । হৈ বোবো লীচৈঙ্
পুথোরকউ – লৈবম্মু—

অঙাং য়ম্নাম লাঙ্ঙনা চেনখিবা

ফৈজাও - হাই হাই ঙাইখোনে, ইস্সুশা ; ঙাইখো ; চেঙ— ।

মমৈ —কবিগী চেঙনো পুপু - !

ফৈজাও—কৈনো মমৈ অঙাং লক্কববু কিনবা খঙনবা পাখৎনবা লক্কবা হৌ-
নব্রনে । তুশিনবা য়াওদনা রানা খায়জরুবা চেঙ-চাক য়েনশাং
নাপাসি হৈদোকঅবনি ।

মমৈ —য়াওসন্থ ফুদোবিবনি মহোয় ! মীনা তৌন্থ তোকও হায়বা স্থকয়া
যাদবা ! ফুড্রিমখৈ যাবোইদোবে পেতরাশিংসে ।

ফৈজাও—কৈনো তোকপাইদি ?

মমৈ —তোকপাইদি তোকপা, য়াওশঙ তোকপা ! তোকথোকপা !

ফৈজাও- কৈদৌনা তোক্তোইবা কৈদৌববা ? য়াওশঙ কৈদৌরবা ?

মমৈ —ফল্রবা, শুন্নববা, চুমদ্রবা !

ফৈজাও—যাওশঙবো মমৈ ?

মমৈ —য়াওশঙসে, চুমদ্রবা ! ফল্রবা ! নত্তবা থবক হৈনহল্লবা !

ফৈজাও—কৈনোনে মমৈ নঙনা হায়বিত্নবো ইপুবু ভাব অমা তাদ্রেনে !

মমৈ —পুপুনা তাবোই হাযদনা তাদ্রবগীদি খঙদ্রে ; তাবিফমদি পুপু-
হোযস্থ থোকঅবনি । য়াউশঙ ন্থমীৎ মঙানি অসিনা অঙাং নহা-
বোল, অহল্লোন পুন্নমকসে, মনিপুবগী প্রজাসে লোইনা মাঙহল্লে ।

ফৈজাও—( ভাব তারকপা , এ, ইস্সুগীসি রা অমা লৈবেনা । ঐদি য়াউশঙগী
অঙাং লক্পিব্রা হাযদনা খল্লুবে ।

ইবেল্লৈ —( লাক্কপা ) চেঙগা কোবী-স্থংবী খবগা 'সিদা লৈরে । অঙাং
ময়ামদুদি কদোম চৎখ্রে ?

ফৈজাও— আ—ইবেম্মা নচা ইকুংঙোসিনা লীচৈ পায়দনা তানগ্রে।

ইবেম্লে—মমৈ নঙনা ?

মমৈ —তানগ্রে। চেনখিবা ফবনি মহোয় চৈ চারমগনি ! ঐদি হেক্তা হুম্মগে তৌবনি। পুশিনখ্রো চো ইমা মহোয়দা পীবা য়াদে।

ফৈজাও—ঙাইখো ইবেম্লে থম্মু পুশিনখিন্নু ; কদায় সিদা থম্মু থুমোক্তু। ঙরাং মপানা লৈরকপা হরাইথরাক অতু খুবাম অচৌবা অমগা পায়থোরকউ। ঐনা থিং দৌরিবনি।

মমৈ —থিল্লবা যারোই পুপু। অঙাং মাঙনবা থবক্তা থরায় য়াওবিরম্নু। মাঙবা ওকএ, ভাব তারসি অফবা অচুম্বা তৌরসি হায়দনা ঐখোয় ক্লবকী ময়াম্মা লেপ্পরবনি।

ফৈজাও -ঙাইখো মমৈ, নঙনা মাঙঙে, চুমদ্রে লাল্লেদা হায়বিসিবু য়াউশঙ অসিদা কনা করি মাঙঙগে ? কনা কৈদৌনবা য়াওরবগে।

মমৈ — ইহে ঐখোয়' পুপুসিদি। ইমা চঙঙো চো বাবাদো লৈকাইগী স্পোর্টস কমিতিগী মীতিং লৈ হৌজিক, হায়দনা ঐনা ঙরাং হায়রম্মবনি, লোইশনবা হৌরো হায়য়ু।

ইবেম্লে—নঙগী বাবাদি করি সঙ্গীত মণ্ডল হায়য়ে, কংলা মনাক্কীদো অতুদা হোলীগী মীতিং অমা চৎলুনি হায়দনা ঙন্তা চৎখ্রি।

মমৈ —তো তৌরকঅদৌনি ঐখোয়' বাবাগী হৌনবী। ঙরাং ঐখোয় ময়াম চঙদনা হায়রম্মবনি। বাবানা প্রিসাইদ তৌদৌরিবনি ; হোয়স্নু হায়হৌরবনি ঙরাং ; অতুগা মফম-মরাংস্নু খঙদবা ঈশৈ নোংমাই হোলী নুংলীগী মীতিং চৎখ্রিসিবু।

ইবেম্লে —নঙগী রাতু ফরক তায়কো নুপামচা। নহোয়না পান্না নুংঙাইনা তারিবা মতমগী ঈশৈ অতু শকইবা ময়াম অতুনা শেম্মিবা হোলী পালানিকো, য়াউশঙ মনুংগী অখন্নবা ওইনা তৌনখিবা খোরাংনি।

মমৈ —হ অখন্নবা থৌবাং কা'ইনা। মতম মাঙহন্নবা মপাঙ্গল
মযেং তাহন্নবা !

ফৈজাও—ফবে ইবেম্মা ইবেল্লৈ। নচা ইবুংঙোসি মওং অমা তৌবকই ঐগা
ঙাংনহৌগে, নঙ চঙথ্রো নথৌ তৌকবো।

ইবেল্লৈ —ফনি। নঙ বাবা নহোযগীদু নংনবা লাক্কনি হাযবন্নবনি। অদুম
লাক্কনি। নহোয' ক্লবকী নহাবোলদৌনা হাযনবা শোযবদা
হালেংদবা মীবোলদি ওইদ্রি।

মমৈ —ফজেনে। ঙাংবদি ইমাহোয়স্না ঐ খবা খবা লৌবকএ।

ফৈজাও —হবে-হবে। ইস্মুদি ওন্না মপান শাদৌবিদা কাঙখুনদা !

মমৈ —মপান নওেনে পুপু মহৈ য়ান্দৌবিবনিনে।

ফৈজাও—মদুদনি ইপুনা ব্লড প্রেসর কাঙদৌবিবসে। নহোযগী মীতিংদু
ঙাইহাক রাংলিবা নত্রো ফস্মুনে, ইসু-ইপু রাবী শামিন্নদবা
কুইবে, ফস্মুনে।

মমৈ —ফমদ্রসু যানি পুপু, ফম্বা হিপ্পা হৈনহন্দ্রিবনি হযেংনি লৈকাইগী
শান্ন-খোংনবা হৌদৌবিসে অদুগী প্রাকটিস খবা খবা কবতে-
করতে হৌজিল্লিম'নি।

ফৈজাও—ফস্মুনে ঈংনা, নশমদুগা শেংলি চাবরা ফীজোন্দুগা মরেং-মবেং
চংকনু ইপুদা থোক হেক পাইশিল্লকদৌ মাল্লি ইপু নার্বস
চংলি ফমথৌ, ফস্মুনে।

মমৈ —হোযনে সে ফম্মেনে। অদুগনে পুপু কুইবদি যাদেকো।

ফৈজাও—ঐনা হেন্না কুইনাংদবনি চেঙ-চাক মনা-মশীংশিংসি ননাও মযাম
নচা মযামগীদা থিল্লুদৌরিবনি।

মমৈ —অস। তৌজিক্কী যাউশঙ তৌনি হাযবা চোইহাশিংদুদা ?
পীরুদৌবিবা ?

ফৈজাও—পীরুদৌরিবা ।

মমৈ —মদনি ঐনা হার্ট ফেল ওইগে তৌরকইসে । ঐখোয়নদি ফত্রে তোকঅসি হায়দনা থেমদনা খোত্তনা, কিহন খোৎহন্দনা কন্না লাক্লরি। অদুগা পুপুহোয় থায়নগী মীওইসিনা ৱারেমগী চৎনবী অদুদা অপঙবা অঙাংশিংবু নমশীন্নবা লাক্লরে ।

ফৈজাও—মদুনি ঐনা নঙোন্দগী তানীংলিবসে । করিগী তোক্কদৌরিবনো কৈদৌরে করি কায়বে য়াউশঙনা অসিনি ইপুনা হংঙিবসে ।

মমৈ —পীশক-পীশক পীকইবা অঙাংশিংসি নিবা খায়বা তাম্বরে , অরেম্বা ৱাদনা তানবা পোৎ-চৈনা চাক চান্নবে , হৌজিক লাকঅম্বা পুপুনা থিল্লনি হায়রিবা চোইহাশিংদে। । অদৈ পৈশা নিবা চৎহল্লে মুলহল্লে মসিনা পৈশাগী মহাও পীশক পীক্লিঙৈদগী খঙহল্লে পৈশা পাম্বা তম্বিরে । অদুনদি চাউবগা করি তৌ-রকপা হৌনরে ।

ফৈজাও—চুম্মে । অদ ইপুনা হায়রিবনা ওসি নত্রগসু হয়েংদি পৈশাগী কান্নবা মশানা অদুম খঙজরদবনি । শেল শীজিন্নবদি স্কুলদা কোলেজদা য়ুনিভার্সিটীদা তম্বীনরিবনি ।

মমৈ —লান্না শীজিন্নবদি লাল্লি পুপু ।

ফৈজাও—অঙাংশিংনা খায়রগা চাক চান্নবা অরানবা ওইবোই । খায়বা নিবসু চুমদবা নত্তে । নখোয়না চৎলিবা দোনেশন ; চহীগী চাক চান্নরিবা অসিগা মওং অমত্তনি ।

মমৈ —মদুনা ময়ামগী ৱাখল চেনবা ক্লবকী কারিগী ওইবা ৱানি পুপু ।

ফৈজাও—হায়বদি সোসিয়েল ওইবগী মওং ? হা ?

মমৈ —মদো।

ফৈজাও—মওং অহুমক য়াউশঙগী অঙাংশিংসিদা হৌরিবনি অঙম্বা পুথোক্ল-হুনা থায়নহুনা থবক লৈথোক্লদনা নোমিন্নদনা চাকচা হৈজানবা যাম্না ফরিবা মচৎনি। মতম করিগুঁ চারিমখৈ হাউরিগুঁ তুম্বস্থ তুম্মিগুঁদা অহাওবা চামিন্নবা ফরবা থবক্নি। নহোয়স্থ স্পোর্ট্‌স লোইবকপদা চাক চান্নরিহুঙাই। তোয়বা ফন্তে তোয়দ্রগা লোইরে য়াউশঙ চহী অমগী মনুংদা অমুক্তনি। ময়াম তিন্নবা তম্বিবা চুম্মীনা।

মমৈ অদৈ; ফরেনে মহুদি য়ারনি। অদ অঙাংশিংদি শেন নিখৈ নিরগা অহুমাইনদি চান্নদ্রদনা মখুত্তা পৈশা লৈরবনিনা পুক শোকপা পোং লৈহুনা পঙচা চাবে আবের লৈবে মশাগী ফী-রোল শান্নপোং কান্নদবা লৈরে। অদগী অমুক খায়বা চৎমি-ন্নরগা মশাগী ওইজবা পাম্বদগী লুপা মঙা তাবদা পৈশা পায়-রিবহুনা অনীদনি হায়রে। অলম মানা খপ্পে, খঙঙকঅগস্থ মমা-মপানা ফও চুমদেদি হায়দ্রদনা লোন্ন, তাকথোক্তনবা হায়দনা নমশিন্দুন থম্মে। মসি ঐ খঙজবনি মশিং ফরিব্রে?

ফৈজাও—অহুগুম্ব য়াওনি। ঐখোয়না অঙাং ওইরিগুঁদস্থ য়াওখি। শেন মুনমিন্নরগা পৈশা খপ্নি হায়দনা ঐখোয়গী ইনে খরা য়াম্না শাউখি। ওল্লকপা য়াউশঙদা মরীন চুমদবীশিংহুগা শিন্নাখিদে; মহুগুম্বদি মী-মীদা লৈবে। মহুদি য়াউশঙগীদা নওে নহোয় হৌজিক্কী চেবিটি শোগী টিকেট য়োনবদা, লমজাওদা ফিবান মতাং মতাংগী য়োন-বনা চিংবদস্থ রাফংনবা, খৎনবা, শাউনবা তাবা যাওই।

মমৈ —য়াওই হাকুম ক্লবকী কা অমা তপথবগী মতাংদা ঈশৈ অমা তৌবদা একাউন্ট চাউনা চেন্নমনবদগী থিগৎনবদা ট্রেজররনা জাৎ-জাৎ তৌরম্মদনা—মা তাম্থোকখ্রে।

ফৈজাও—অদুনি ; মতুবু ক্লব লিংবনবদো। নহোয়না রারকইবদু ফরবনি। অপীকপা অঙাংশিংসু অদুমায়না তৌদনবা মমা-মপা মপু মবেন খ্বাই চঙদনা হোৎনবা তাবনি। মতুদি য়াউশঙনা নত্তে হায়বা।

মমৈ —য়াউশঙদা অদুমাইনা তৌবগী চান্স, ভাস্ত পীদনা পুপু।

ফৈজাও—চুমথোকহৌনবা তাঙ্গাস্থ ফংই। তৌবু তৌগে হায়ববদি লাইব্রিক লৈবদা পৈশা খপ্পবিছুদি, ১০ পীবদা ১৫ পী হায়দনা তৌনবনিদা মমৈ ঐখোয়সু ছাত্র ওইরকইবনি খঙইদা।

মমৈ —অত্তবুদি।

ফৈজাও—অত্তনবু হায়বনি যাউশঙদা তাইনবা চুমদে।

মমৈ —ফবেনে। অদগী শেন মুনবদা থৌবী তিংঙে গাড়ী ফারে, পল্লে, তুবে শোক্লবে শিবা ফাওবা যাওরে। সিদি ফবিব্রা ?

ফৈজাও—চুম্মী মতুমা চুম্মবা রানি। অদুমাইনা অপনবা অথিংবা পীবা, শোকপা পনবা শিবা য়াবা মওংসিমা তৌনু হায়দনা অহল্লমন্না হায়বা তায থিংবা ওাই

মমৈ —হায়বদা যাদেনে হেক্তা খৎলি লিংই, হাকুম হাকুম অনা ঐখোয় ইমান্নবা অমা কন্না থৌবকপদা য়োৎনিমখোঙ অনীদা পুল্লম্বা থৌবীদা পন্দনা লেংবানগী শব্দ তেত্তনা—!

ফৈজাও—মতুদি এখোয়না লৈকাইনা নহোয় নহাবোলনা ফজনা ভাব তানা তৌহন্দবা তাবনি! য়ানি ভাব তাবগা য়াজবনি অঙাংদি। মতুগুম্বদু থিংবদা খবা কিহনবা ফাওবা চুম্মী। লম হেনবা অঙাংদি কিহনবসু ফৈ। লম-লমগী প্রজানা ফজনা শীল্লবদবু কবিগী য়াদনি। লৈকাই-লৈকাইদসু লৈরে মতুনা।

মমৈ —হায়দৌখৈ হায়রদনা য়ারক্রুদনা পুমতোক তোকঅসি হায়দনা খন্নবকঅবনি পুপু। তোকঅবদি মতুখক্তং থিংঙু দ্রবসু মশানা অতম তোকচবেদনা।

ফৈজাও—মতুখক্কীদনা য়াউশঙ পুমতোক তোকপগী মরম ওইবা য়ারোই মমৈ।

মমৈ – এ! অতুখক্তা নত্তে পুপু। অদৈ য়েংউ, থাবল চোংঙিবনি হায়দনা অহিং নোংঙাল্লমদাই ফাওবা দোং-দোং-দোং ; তুম্বা হিপ্পা অমত্ত। য়ানদ্রে। অদৈ পরীক্ষা ময়াগী লাইরিক পাজবা ছাত্রশিংস্তু পাবা য়াহন্দ্রে, মাঙহল্লে। চোংইবনি হায়দনা তৌ-রিত্তুস্তু ওন্থোক ওন্থোকপা নেশা চার্শিন থর্কাচিল্লগা কারন তানরে। অদৈ খৎনরে চৈনরে: থাঙনা থিন্নরেগা কবিগা মহা ওইর-পোৎনি পুপু। পুপুহোয়স্তু চক্তী হেক খুদিংগী তারিহুনি; ঐনা হেক্তা হায়জিনবা নত্তে। অদগী অমুকস্তু য়েংউ পুপু, য়াউশঙদি মঙানীখক্তনি অতুগা থাবলদি আ—বারুনী ফাওবা চোংই মাইকনা জগৎ পুম্নমক্কী ভোলুম লৈখৎলগা। মসিদবু য়াউশঙ য়াগদৌবা নহারোলসি—

ফৈজাও—মতুমা চুম্মে। ইস্নুনা চুম্মে। য়াউশঙদা থাবল চোংবা হৌনৈ থায়নদগী চৎনরকই। ঐখোয়না নহা পাখঙ ওইরিদৈদস্তু ফজনা চোংনৈ। ঐখোয়স্তু হন্নুনা পোকলকপা নত্তেনে মমৈ ; অঙাং ওইরকইবনি পাখঙ ওইরকইবনি। পাখঙ অমগী থৌরম ইপু-খোয়স্তু পাঙথোরকইবনি। চোংঙম্মী। থাবলনা তরং-তরং থোকলকপগী অতুদা, লৈবাইগী মতা ফরবা স্নুমাং অমদা লৈশাবী পাখঙ খূৎশম্নরদনা ইকোয় কোয়না লেপ্লিবনি। থাংমৈ অচৌবা অমা থাল্লি। ময়ায়তুনা ধুলোক অমা য়েরিবনি; ঈশৈ হনবা অমনা ঈংনা তপ্পা হল্লগা ময়াম্না খুম্মিবনি—

**ফ্লাশ বেক হৌবা**

| | |
|---|---|
| ঈশৈ হনবা—হোবি-হোবি বোলা<br>ময়াম —হে হোরি | } ( অ´ৎক হায়বা ) |

ঈশৈ হনবা—ঙসিনা লাইবেন নোংজাদা।
ময়াম —ঙসিনা লাইবেন নোংজাদা।
ঈঃ হনবা —শোবিবোল যাউশঙ মৈথাবে।
ময়াম —হোসিবোল যাউশঙ মৈথাবে।
ঈঃ হনবা —ঙসিগীনা লাইবেন নোংজাদা
ময়াম —ঙসিগীনা লাইবেন নোংজাদা
ঈ. হনবা — শাবীগী খুত্তা শানৌনা পায
ময়াম —শাবীগী খুত্তা শানৌনা পায
ঈ. হনবা —তা-তেন কন্না চোংঙসি
ময়াম --তা তেন কন্না চোংঙসি

(ঈংনা তঞ্জা চিং চিংদনা শঞ্জদবা থাবল ঈশৈ)

( ঈশৈ তপ্না নেমথরকপা। মঞ্জ ময়েক অমা। লম্‌প্পা হৈনা লাউরকপা তাবা )

লপামচা ১—লাউবাসকো
লুপামচা ময়াম—লাউবাসকো
লুঃ ১—হোবি হোবি বোলা
লুঃ ময়াম—হে হোবি
লুঃ ১—লাইশঙ ময়া
লুঃ ময়াম—শনাবৈ
লুঃ ১ পুখ্রী মপান
লুঃ ময়াম—কবোক লৈ
লুঃ ১—গন্ধ বাজা
লুঃ ময়াম-চিগোংলৈ
লু. ১—খুবাই বাবী
লুঃ ময়াম —তেক তেক
লুঃ ১— লোংথ্রৌনা
লুঃ ময়াম —ধম ধম
লুঃ ১ হোবি হোবি বোলা
লুঃ ময়াম—হে হোবি

( ঈচত্ত খোনা লাউগদবা )

**( লাউবগী খোঙ্গেল অমুম তপথরকপা। ফ্লাশ বেক লোইবা )**

ফৈজাও—নুপামচাশিংনা লাউবদা মওং মওংগী ফজবা রাহৈ তম্মৈ। থাবল চোংবগী ঈশৈদা মখল কয়াগী রারীস্থ শকুরম্মি। ঈংনা তপ্পা ফজবা ঙাক্লি। য়াম্না থেঙনা কনাস্থ চোংনরমদে। ধুলোক মখোলনবু কয়াম লাপ্পা চৎকদগে। করিস্থ কায়বা লৈতে।

মমৈ —অত্তনা পুপুতোয়গী থায়নগী রানি। হৌজিক্কীদি—

**( তৌজক্কী মতম্‌গী থাবল চোংবগী অয়াকপা অহৌবা মখোল ঙাইহাক তাবনবা )**

মমৈ —মনিদবু করম্বা মহৈবোয়না লাইরিক পাবা য়াদৌরিবনো। খোয়দৌ অসি শাউগৎনবা ঙাক্তনি। মসি নোঙাল্লমদাই ফাঙবন। মসিদৈসিদা অমুক্কা ফু-নখৎলকইবনি; হাৎনরক-ইদান। লোইনা ইমাও মাঙনৈ। য়াউশঙ তোকথোকপা চুম্মে পুপু।

ফৈজাও —চুম্মে অপনবা অকায়বা পীরে। মত্তুদি এখোয়না মতাং মতাংগী ওইনা শেমদোকপা য়াইনে মমৈ। নুংদাং থেঙনা চোংদবা য়াই; নুংমিদাংরাইরমদা পুঙ অত্তম-মরীদং চোংবা য়াই। নুমীৎস্থ মঙানিদং চোংঙগা লোইরে! চেংলিবা খাঙবু অত্তদং তানবা য়েবগা খোঙগা লোইরে। মাইক কেদৌনা পানদৌরিবা পাল্লবস্থ হৌনা করিগী খোংদৌবিবা। সিনেমা হোল ময়াদা লৈবা ছাত্রাশিং লাইবিক অত্তম পানবি; কবিস্থ অপনবা পীনদে। লাঙদন চোংবা অত্তম য়াই। লাঙডিবাদি নহোয় পাখঙ লৈ-শাবীনি মান্নবা লাঙমিনদ্রগা লোইরে।

মমৈ —হোন লাঙঙহমসি য়ারে মবী-মঙানিদস্থ ঙাইহাক ঙাইত্তমক চোংঙসিনে। অদ করিনো থাবল চাংঙগা কান্নবা ফংলিবসিবো

লমাং খবা তাবগা কল্লাক খবা চোকঅগা লোইবে। অতুগী শব্দক্তা বোল কাওহৌবা লমজেল চেলহৌবনা যাম্না হেন্না কান্নে। স্পোর্টস তৌহৌবনা ফৈ পুম্নু। থাবল চোংদৌ শব্দক মাঙজোং তমহৌবনা ফেদা পুম্নু। মীনা থা কানখ্রবা কানসিদা ঐখোযনা থাযনগী যোং থীওডিঙেগী জগোই অতুদা মওম মাঙহন চুমদে হাযবা তশেংনা খঙনববনি। অতুনা হৌবল্লিবা ঈহৌনি।

ফৈজাও — থ ব।বদা নগ্রগা স্পোর্টসতা মী মশক থাকপদৌনা থাবল-চোংবগুম্বনিংঙু এখোযগী জাতি অসিগী মশক ফজনা তাকই। ইশাগী পোং হাযহন্দনা থগসিস্তু চাওখৎপা মীগী মহৌশানি। মপানগী অহেনবা থোব-মোক অতু ককথৎলগা চুম্না ঈংনা চে বদ, কাযবা নঙে মযেক শেন পো ভিবনিনে মমৈ। মী-মীগা জাতি ডাতিগী কলচবগী মফম চাউনা লৈবি হাযদনা নহোযনা মীপিদা হেক হেক লাউবিহুনি। মওং মতৌংগী ওইনা শেমদোক খোওাকুনা চোংবা তাবনি। পুমতোক তোক-থোকপদি চুমদে।

মমৈ — লাঙঙিবা মযামদা অকাযবা পীবিবা ফুনবিবা চৈনবিবা হাংনবি-বদি ফবিরদো পুপ্।

ফেজাও — লাঙবগী রাতুদি হইনবা চোন্থবহু তোকসি হাযদনা তোক্লবগা লোইবে। ডাহং ক লাঙবা নিনবহুদি নহোযগী স্পোর্টসতস্তু মাইব পান্দন লাউদনা খোক্তনা অতুম তৌবিহুনি। ঙাইহাক লাঙ-খাঙনা হবাপ্পা কোঙদোকপা অবানবা থবক নত্তে। ফুংবোল শীনবদা ভাবোক মযাম লাউনবিহুদ। থোইবকপদা শিপ শিপ-গবে হাযদনা হৌনা হৌনা লাউশিন্নবিহুদি তৌনদবা থবল্লদে। মতুনা অনা-অযেক লেববদা পরীক্ষাগী লাইবিক পাবিব। মহেবোযদা স্তুককায কাযদে হাযবদি নঙস্তু হাযবা ঙম্মোইনে, হা?

মমৈ —মতুদি কুইদে ঙাইহাক্কী রানি পুপু।

ফৈজাও—অতুমায়না কুইদনবা মতম শাংনা লৌদনবা ময়াম শীল্লগা লোইরে। নহোয়গী নুংথিল নুমিদাংরাইদা তৌগদবা স্পোর্টসকী অয়ুক ঙস্তাদগী মাইকতা মীরোল-ইরোনগী ফিলমগী ঈশৈ তিংখত্তনা থারিবসি মশা মশানা খঙনা থিংনবদৌনা থাবলগী ঈরাং ময়ামতুস্থু ককথবা থিংবা তাবনি। ঙম্বস্থু তাবনি।

মমৈ —অতুদা নত্তেদা পুপু। নুপামচাশিংনা ওস্থোক ওস্থোকপা মচুগী পেচকারী কাপ্পে। ফি মাঙহল্লে। সূবদা সুককোক কোক্তবা য়াওরে। অদগী অচৌবা পাখঙশিংনা লৈখোম লেনাংফাওবা ফত্তবা নালাগী মচুম ফাওবা কোৎ কোত্তনা হৈনরে। চুম্মিব্রা সিদি? ল্‌দবা য়াম্না তৌনরিদা য়াউশঙদা।

ফৈজাও—মতুবুদি ফত্তে। মতু থিংবা তৌদবা তৌহন্দবা তাবনি। চুম্নগী আবের তৈবা আবেরগী ইচম চম্বা পেচকারী কাপ্পদগী হেলহন্দবা।

মমৈ —অদগী অমস্থু নীংশিংলকএ। মহোয়গী আবের তৈবা তৈনবসে মসিস্থু পাখঙ লৈশাবীগীদি ঈরাং-পলাং মখল অমনিদা। ময়াম মমাঙদা ফোংনা ঈরাং থৌগৎপদি নহারোলদা মাঙনাংঙাইনি।

ফৈজাও—মতু মমৈ, চুমদবদি নত্তে; নঙগী রাখলতুবু হায়বিবা। অচুদা রা অমা লৈ। হায়বদি কো: নগা য়াওবা হরাও-কুম্মৈদদি ঈরাং খরদি অতুম মন্নাওরনি। মশানস্থু তাবনি। নহোয়গী স্পোর্টসকী শান্নবা চৎমিন্নবদনি খঙদে, এক্সকর্শন, পিক্নিক-চিংবদা লোয়নবনি খঙদে নহাঙাক ওইরবদা রারী খরদ ওইরবস্থু শামিন্নদবা য়ারোই। মান্নকবা মশেন খঙন চান্নরকপস্থু য়াও-রক্কনি। নহাদি ঈরাং অতুম খন্না যাওনা তাবনি। ময়াম মমাঙদা ফোংনা তৌবা য়াবা ঈরাংনা সমাজদা মাঙহনবা ঙম্মোই। থাবল চোংবদা থমচেৎ চাবা চৎপদবুদি পুক্লিং নৌথোকপা রারী

শাদ্রবদি অশি—অনাগী বার্তোন তৌনগদ্রনে মমৈ। নঙবু নহা মান্দেদা ইবো।

মমৈ - মান্দবাইব্র তৌন্নুকো পুপু। হন্দক্কীসিদা থাবল তপ-তামখৈ চোংথোকঅগা অমা থোক পুশিল্লক্কননে রা থোক্কনিকো।

ফৈজাও—অত্তুদি ফববনিনে থোক হোঙদোকঅগা লোইরে ইস্নুসিদি। নপাহোয়না যাদ্রবস্নু ইপু লৈরি। তৌবদদি সরকাবনা য়াবা চহীগী রাত্তুদি কাউনদবা করি হায়গে! অত্তুগা পুশিন খো-টিনবগী থবকসিস্নু কো, য়াউশঙদনা তৌহনবা নত্তেদা মমৈ। হা?

মমৈ —চুম্বুদি চুম্বা। অদ পুপু মত্তুগী চান্সদি য়াউশঙনা পীদনা।

ফৈজাও—চান্সগী রাদি ইবো, অপাম্বা মীনা লোগে হায়না লৌরদি তাঞ্জাগী তাঞ্জা ঙাক্তনি। মত্তুগী রাত্ মক ওইদে হায়না লৌবা য়ারে। য়াউশঙ চুম্না লায়না ফজনা পাঙথোকপা কায়দ্রে। হা?

মমৈ —কায়রি। য়াম্না কায়রি। শেল অসিনা অবেম্বদা কান্নদবদা তিংনরিবা! হুম্মিদমক চৎকদবা মোজাফুবিৎ ফনেক জোইপুর চৎনবীনি হায়দনা লৈনবি। পাখঙ লৈশাবীশিং থাবলগীনি হা-অত্তুগীনি অদাগীনি হায়দনা লৈনবি! অদগী নাকথেংবদা অঙাংনা মুনবদা পুংকক চাউবীনা, খায়বদা লৈশাবী নিবপ তাববশিংনা হোলী শক্তনা হন্নুবশিংনা শেল তাল্লে। মদগী লেমনা ইরা-রাদনা ফংলকপা শেলনিনা চাকচা হৈজানথোক্তনা লীলা কৌ-খোক্তনা থাবল চোংবগী বেন কৌবদা মৈ থানবদা মাঙহল্লে। মসিনা কবি কান্নবে। হায়বিসি যুমথোঙ খুদিংগী অমনা নত্রগা অমনা অঙাং ওইবো, পাখঙ লৈশা ওইবো হন্নুবা হন্নুবী ওইবো ইতিংদা তিংনবিবানি। পুন্না লৈবাক অসিগীদি মুমিৎ মঙানি অসিদা লুপাককোমদা হৈদোকপগা মান্নববনি, কান্নদ্রবা; কৈমতা কান্নদ্রবা।

ফৈজাও—ফরে , চুম্মে হায়না লৌবগে ঙাইহাক্কী, হৌজিক্কী ওইনা।

মমৈ —ঙাইহাক্কীদ নত্তে পুঙচুম—।

ফৈজাও— হোয়নে পুঙচুমদগীসু হেন্না চুম্মসনু , যাবে। অদু মদুগী মতুংতা কৈদৌবা কৈদৌসে'বা ?

মমৈ —স্পোর্টস, শান্ন-খোংনবা।

ফৈজাও—মান্নি। ঐসু মতু ওইবমগনি, হায়বক্তনি হায়দনা থল্লি। ফরে চান্নবে। অদু, রা হংগে। লৈকাইগী পাঙথোক্কনি শীল্লিবা স্পোর্ট্স অসিদা পৈশা চঙই নত্রা।

মমৈ — চঙবাইব ফনা য়াম্না চঙগনি। বজেড শেম্বা লোইবে। ফণ্ডসু লৈবে , হবা রাংনি।

ফৈজাও—ফণ্ডগী পেশা অদু বদাইদৈনো ? অমনা পুল্লপ পুথোকপ্রা ?

মমৈ — অমনা পুথোকপা ওম্বা নাত্তে মযামদগী খবা হায , সবকাবনা নত্তানরাই খবা পাখি , মাম অমা ব্লবনা চেবিটী লৌখি।

ফৈজাও— হায়বদি শম্না হায়ববদা মযামদগী খায়বনি , দোনেশননি।

মমৈ — দোনেশননা অযাম্বনি।

ফৈজাও—হায়বদি নাক থেংননি , থংবগা অঙম অঙম্বা পীবকপনি। চেকটীদ না শেন মুনবগা মাঙহন , সবকাবগীদুনা ইশাগী শেন-খায়হম্বনি। মতৌদি মান্নবিরা নত্রো ?

মমৈ — হর্বাদি মান্নে।

ফৈজাও—খবদ নত্তে অতুমমক মান্নববনি। অদগী, ঙাইখো, শান্ন খোং-নবগী মচাক-মচল খবা লৈদ্রা—হ , খবচ তৌবগী মতাংগী রানি চফু থুগাইবীগী চফুদা ওইবসু লৈবা নত্রা ?

মমৈ —লেদবা যাদবনি। অঙাংশিংগী রাবগা চোকথবগা পীজনবা অচা-অথক লেদবা যাদে।

ফৈজাও—মাইককী কবিগী তিংদবা যাদবনি ।

মমৈ —অতুগী খাযবিবা শেম্মিবা ফগুনি ।

ফৈজাও—হোয়নে , অতুগীদমক্তনিনে । অদগী টীম টীম শান্নবগী অতুদা ফুটবোলগুম্বা বাসকেট বোলগুম্বা—মতুদা লীৎনবা শেৎনবা যুনিফোম তুদ্রা ।

মমৈ —নহানরাইগী অতুবা ক্লবকী লৈ ।

ফৈজাও—হোয়নে । নহানরাই তুবতুদস্থ পৈশাদি চঙখিদনা, হায়বদি খরচ তৌই হাযবা?

মমৈ —তৌবে ।

ফৈজাও—তৌবে । অদগী লোইবকপদা ময়ামদা মুংঙাইনবা ফেন্সি ড্রেস তৌই নত্রা ?

মমৈ —মতুদি শোইদনা তৌই । হন্দাক্তি মী য়াম্না যাগুনদোবি ।

ফৈজাও—ড্রামাগুম্বা লীলাগুম্বনি ।

মমৈ —লীলা কৌবদোনা শেনদি চঙদেদা ।

ফৈজাও—নহোয় শীল্লিবা কাঙবুনা য়াম্না তিংদে হায়বগী রানি অপাম্বা শেৎচাগদোবিবতুনদি লৈবগী নত্রগা রাযবগী নত্রগা শেম-শাবগী ওইনা তিংনবিবনি । নঙগী হান্নগী খোঙ্গাও ফুবিত্তুনা য়াদে হাযবা । অবৈবা অফংবা অতুদনা যাববদি ফেন্সি হায়বা পামজবা হাযবগুম্বগী অর্থসি লৈবোইদোবিবনি । য়ানীংঙব্রা ?

মমৈ —যাবুদি খবা য়ানীংবা ।

ফৈজাও—খবদা নত্তে অতুম য়াবা তাবনি । চাদ চা নত্রগস্থ চাদা যাঙ্খে, ভুস্ফু, গুমদ্রাদি য়ারে ।

মমৈ —যাবেনে ।

ফৈজাও—অদগী মকোক মথং তাবকপা অঙাং অহল ময়ামদা মনা পীবা চৎনৈ। মনাম্ভু অহোংবা অঙম্বা খরদি লৈবা তাবা নত্রা ?

মমৈ —মীনা দান তৌরকপস্থ য়াওইদা অত্তুইদি।

ফৈজাও—হোয়নে দান হায়বসিস্থ খরচ মখল অমনি। নখোয়না তিংদ্রবস্থ তৌরিবা মী অত্তুনদি তিংঙিবনি খরচনি। অদগী স্পোর্ট্স লোইশিনগী অত্তুদা ফংশন তৌই ; অদে ময়াম খন্নরগা রানবকপগী পোথাবা ওইনা চাক চান্নবা য়াওই পাটী লুংটী তৌনৈ। তৌনদ্রদো ?

মমৈ —তৌদবস্থ য়াই অত্তুদি।

ফৈজাও—তৌবস্থ য়াইনে। তৌস্থ তৌনবিবনি। রাকবগী পোথাবস্থ তাবনি। মায পাকন, শীনবগী অফবা থবক তৌকনগী লুংঙাইবা ফোঙদোকপা ওইনস্থ অত্তুম চাকচা-হেজানৈ। হ ! শোয়দনা চান্নদবা য়াদে হায়বদি লৈতে। অত্তুব চান্নববদি খরচনি হায়বা রানিদা।

মমৈ - খবচতি অত্তুন শোযদনা তৌবা রবনিদা পুপু।

ফৈজাও—হোয়নে তৌগুমসি হাযবা নওনে। মসিবু কান্নদবা খোংবানদা হৈদোকপনি হায়না লৌগদ্রো ? থবক অমা তৌরবদি, থৌরম অমা পাঙথোকপা তাববদি চাদীংদি অত্তুম তৌবনি। ময়ামনা ময়ামগী ওইবা থবক্তা তৌবা চাদীংসে অরেম্বা কান্নদবা চাদীংনি হায়না লৌবা চুমদে। উত্রা ঘী হৈবদি কনাস্থ য়াবেই – অপঙঅশিং পুন্নমক্রা যানরবা রাফম্নি। লুংঙাইনবা য়াইফনবা চাও খৎনবা তৌনবিবা খরচনি হাযবা রানিদা, ইপুনা হায়বদি।

মমৈ —অত্তুদা পুপু শান্ন-খোংনবদি হকচাং ফৈ মিংচৎ পুবকই, অয়াওবস্থ অয়েংবস্থ অতাবা কাঙবু ফাঙবা লুংঙাইনৈ।

ফৈজাও—য়াউশঙস্ু অতুঙাইনে মমৈ। চোংই হায় ফল্লি হায় মী পুম্নমকসি পুঙনোম নোম্বনিনে। পুম্নিং হায়রা মকা ইরাম লামনৈ। থাবল চোংবস্ু হকচাং শাজেল মখল অমা নত্তবরনে। নারি-শারি তৌবস্বা অহল ফাওবা হোলী শকপা চৎলুবদগী ফরকপা য়াওনরিবনি।

মমৈ —কান্নদবা রানি পুপু! য়াউশঙগী থাবল চোংবনা পুপুহোয়গী হোলী শকউনহুনা লেবাক্কী ওইনা মিংচৎ পুবদেদা। লমজেল মাঙজোং, রাংজোং, হোকী ফুটবোলনা লৈকাইগী লৈবাক্কী মিংচৎ শেগাক শেগাক কাইদৈ পুরকইবসি য়াউশঙগী আবের তৈনরগা পুরকপা খুনয়া য়াববোইদৌবা রানি।

ফৈজাও—(খজিক নোক্লগা কয়েম্নরপ) হোয়দা অতুবদি তৌগিবা এশিয়ান গেমশিংদা লৈপাক অসিনা তকমান কয়া য়াম্না পুবকখ্রগেদো। ইন্দক্কী হৌখিবা ওলেমপিক অতুদা নংহোয়গী শান্নরোয় ময়াম্না পুরকখিবা মিংচৎ অতুদি—হাই-হাই কয়ি হংঙরনি! ঙসি ফাওবা মায় অসি ঙাংবা ফাদ্দ। কবি হায়গে মমৈ।

মমৈ —(শাউরগ) অতুদি তমমমদাই প্রাকাশ পৌরমদায়দদি পুপু-হোয়না য়াদবদগী তৌখিবা। শান্নফম মাংক চানা থম্বিব্রা, শান্ন-খোংনবগীদমওনি হায়দনা বাবাহোয় পুপুহোয়না করি তৌরি? ঙাংবগা চৈবগা ঙাক্তা তৌবা নত্রা। স্কুল কোলেজদা ফজনা তম্বীয়ু কারগী ওলেমপিক্তা মায় ঙাঙঙনি। য়াউশঙগুম্বদা তিংগদবা শেনাহু স্পোর্টসতা থাদবিয়ু। অতুদি তৌদ্রে অতুগা—তৌরোই স্পোর্টসকা অমত্তা!

ফৈজাও—ঙাইখোনে মমৈ! ইপুনা হায়বদি শান্ন-খোংনবহু তৌনু তোকও হায়বা নত্তনে। তৌগনিনে মতুস্ু ঐখোয়গী হনাৎকী মচাক অমনিনে। শেমগৎ কদৌনি য়োকখৎকদৌনি। ঐনা হায়বদি

নঙনা য়াউশঙ পুমতোক তোকঅসি হায়বত্থুদি চুমদে কুম্মৈস্থু তৌনি নঙগী শান্নখোৎনবত্থুস্থু তৌসি হায়বনিনে। পুমথীং হেক্তা থিংগনি হায়বত্থুদি অবানবা ৱাখলনি হায়বা।

মমৈ —লান্দে পুপু। পুঙচুম চুম্মবনি। য়াউশঙসিমদি স্থুকতৌ তৌরৱোইদবনি।

ফৈজাঙ—ও-হো! হয়াহে হায়দ্র তৌরকএদো। ঙসাইদগী অঙাংগী পোৎচৈ থিল্লুদৌব—মতম হেক মাঙখৈ ভাব তান্নসি হায়দনা তৌবগা—

মমৈ —মতম মাঙগে মাঙঙ্-মাঙঙোয় তোকউ য়াদে অঙাংশিংবু ৱারেম থৌবেমদা মাঙহনবা চুমদে। থিল্লস্থু ঐখোয়না থিংলবনি।

ফৈজাঙ—থিংবা য়াবোইনে মমৈ। চৎনবী নাৎ হায়বদি কো কলচর অমবু খোক থিংবা য়াবোইনেকো। য়াউশঙ ঐখোয়গী কুম্মৈনি ঐখোয়গী ঈ-দা তোংদা চঙথ্রবনি। তৌদবা য়ারোই।

মমৈ —মত্তুদা পুপুনা অমুক্কা চাউনা—য়াম্না চাউনা শোয়রে।

ফৈজাঙ—হায়য্। ঈংনা অত্তুম্মক হায়য়ু।

মমৈ —য়াউশঙ হায়বিবসে ঐখোয়গী, লম অসিগী জাতি অসিগী মশাগী কম্মৈ নত্তে, ঐখোয়গী পোৎস্থু নত্তবদা ঐখোয়না থৌগৎফম থোক্কে থিংত্তনা মুৎথৎপা কৈ।

ফৈজাঙ—এ, ইপ্ ভাব তাবে। ভাব অমা তাবে। নঙ হায়রিবসি ঐখোয়গী ইশাগী হায়বদি মৈহৌবোনদগী যুক্কৎলকপা নাৎ অত্তু নত্রবদি তৌরগুমসি; তৌরম্মবস্থু তোকথোক্লসি হায়বা ৱানি; হা?

মমৈ —মানি মীতৌ ত্তম্বা মীপোত্তা নপ্পসি তোকঅসি; ঐখোয়না অশেংবা শক্তম তাকঅসি হায়দনা মীকপ থোক্লরবনি। মন্ত্রগী অনম-অহাত্তু ফোয়দত্তুনা লংথোকঅগদবনি। অগুনবা পুরকপা তারবনি।

ফৈজাও—মহু চুম্মবা ৱাফমনি মমৈ। ফজথ্রবা ৱাখলনি। মসিদা ইপু ৱা অমত্তংদি হংখিগে ; শেংনা খুম্মু। হা ?

মমৈ ---হংদ্রবস্তু য়াবেদা পুপু।

ফৈজাও—হ ! হংবা তাবি। নহোয় শান্ন খোৎনবগী আইটেমদা কো, লমজেল ঐখোয়গীনি ; মুক্না, কাঙজে, শগোল কাংজৈ লমসিগীনি। চুম্মে। খবস্তু লৈরি ; কো। য়ারে। অহু নহোয়না নথবায় পুঙলুপ লুপ্পবিবা ক্রিকেট, হোকী, ফুটবোল, বোক্সিং অসিদি কমদোবা। লমদম অসিগী করম্বা লাইনিংথৌনা, করম্বা সম্রাট বাদশাহনা হৌদোকলম্মী। অত্তক হায়যু, পুয়া ফাক্কেবা ইতিহাস, পুবান এনসাইক্লোপিদিয়া ফাক্কেবা, ফাকউ- হায়যু।

মমৈ — মত্তদি নংলমদ্রবস্তু ওইবে পৃথিবী অপুম্বগী ওইরবনি। ঐখোয়গীস্তু ওইবা তাবব। পুম্নমক্কী ওইরবা পুম্নমক্না য়ানরবা ৱাফম্মি। পুপুদংদনা য়াদ্রগা, য়ানীংদ্রগা চৎনবা য়ারোই।

ফৈজাও হ ! হ ! এনা য়াদবা য়ানীংদবা নত্তে। ঐ য়াই। নহানরাই নঙ' বাবাহোয়না অঙাং ওইরিঙৈদদি হোকী শান্নরুম্মু নখোঙ খুমিৎ কাযনি হায়দনা থিংঙম্বদুনা হৌজিক ইস্কুশিংদদি শান্নরো, তম্মো হৈবো হায়দনা ঈর্নশিল্লবনি। এনা য়ানীংদবা নত্তে। এনা হায়রিবা ৱাদি নঙনা হায়রিবা ৱাহুনি হায়বদি ঐখোয়গী নংলমদ্রবস্তু ঐখোয়গী ওইরে হায়রিবদো। হায়খিদ্রনে নঙবো হৌজিক্কা ?

মমৈ —হায়খি। চুম্মবদি চুম্মী হায়বা তাবা।

ফৈজাও—মহুগী থৌনাহু লৈথ্ হায়রিবনি। ষ্টেমিনা লৈবা শান্নরোই অমগী কুনস্তু মতুদগী ওইবকপা য়াবনি। মহুনি ইপুনা হায়রিবস্তু। অহুমায়না য়াউশঙ হায়বিবসে অতৈগী হোলীনি করিনি হায়বা

তারগস্থু হৌজিক ফাওবদি ঐখোয় ময়ামগী ওইরে ; ঐখোয়গী পোৎনি। ফুরিৎ-খোঙ্গ্‌াও, টিভি, রেডিও, টেলিফোন এরো-প্লেন ঐখোয়গী ওইরব্রদো ? হা ?

মমৈ —অফবা কান্নবা পোৎপুদি ঐখোয়গী ওইশিন্দদি ! ঐখোয় চাও-খৎপা কাঙবু ওইবা তাবনি ।

ফৈজাও—তো অত্থনিদনা। ঐগী মীগী হায়দনা কবিগী মাথং ফুগনি। নহোয়দ নত্তেনে মমৈ লমসিগী মী ওইরিবা ইপোৎপু ইশাবু ঙ্গং-শিরিবসে। ইপোৎ লুনা তৌরিবনি হায়দনস্থু তুম্বাদা পুথ্রিগী ঈশিং কন কনহুনা থকপা য়ারিব্রো! লায়না পোকলোইদ্রো। ফবু ফরবা কানবু কান্নরবদি পৃথিবীগী লীচৎ অমা হেক্তা লৌ-শিনবদা করি কায়বগে য়াউশঙ ফত্তবা স্থককানমক কান্নদ্রবা কুম্মৈস্থু ওইদ্রি, ঐখোয়গী নাৎকী মচল অমস্থু ওইরে। কবিগী তোক্কনি।

মমৈ —অহু ওইরস্থু পুপু য়াউশঙ অসিদা ফত্তবা চৎনবী য়াম্না য়াওবি হাযবা। থেঙনা থাবল——।

ফৈজাও—খঙঙে, নঙগীহু হক্তিল্লক্কদৌরে য়ানীংদবা শাউনীংবনা হেক হকমন-খিবনা মায়কৈ অমত্তদা য়েংবহু তৌদৌরে। অউবা অমখক্তদা য়েংবসিস্থু মীত্তাংবা মখল অমনি। চুম্মিনে ফত্তবা কান্নদবা অকায়বা ওইগদবা মচাক য়াওবেনে। মহু মতমসিগা চান্নবা শেমদোক শাদোকঅগা লোইরে হায়দনা হাযখিবহুনি। নহান-বাই মতমগা চান্নরিঙৈদদি নঙনা ফত্তে হায়দনা খল্লিবদো ফরম্মী-বনিনে মমৈ ; চুমমম্মিবনে। য়াউশঙ মঙানীগী থাবলসি বারুনী-ফাওবা চোংনরম্মীবনি ; ময়াম্নস্থু পাম্নবম্মিবনি। হৌজিক তোক্করকএদনা হা ?

মমৈ —মাঙবনা হেল্লকঅবা।

ফৈজাও—হো ; অদুগুম্বা থরদু তোকথোকঅগা লোইবেদনা। হৌজিকী ফুটবোল অসিসু মথায় থায়না হৌরকপগী অদুৱাইদদি মী মকোক কাওদনা পূবগী মওংদা চথনরম্মিবনিনে। রেসলিংদা বোক্সিংদা মী হাৎনবা য়াওরম্মীবনিনে। ফনবা ফজনবা নিয়ম মথং মথং শেম্নরকইবনি। অদুমায়না শেমদোকঅগা লোইরে। থাবল অদ্ম চোংবা য়ারি। তৌদবু ঙন্না ঙাইহাক্তং চোংবা ওইনা চথবা। অদুমাইনা চাক চান্নবা অদুম য়ারি ঝন্জ চাউদ্রগা লোইরে। শুমাং লীলা কৌবা অদুম কাযদে লমসিগী শুমাং লীলাদি চম্না ফজথ্রপোৎনি ; কানসু কান্নরিবা।

মমৈ —অদুদি য়াউশঙ তৌবদি স্পোর্ট্স তোকএ ?

ফৈজাও—তোকওইনে মমৈ। অদুম তৌবা য়াইনে। শান্ন-খোৎনবসিসু য়াউশঙগী মচল অমা ওইহনবা য়ারোই হায়বগী রা লৈতে হায়বা। হয়েং অসি য়াউশঙ মৈথাবা নুমিৎন্দিনা।

মমৈ —অদুগী ঙসি মীতিং তৌদৌরিসিনি স্পোর্ট্স হৌবগী।

ফৈজাও—হয়েং অসি অয়ুক স্কুংখিল তৌরুরদু ময়ামগী ছুটী ওইবদা ঙাই-রিবনিনা ফিসু-ফিজামদনা অতৈ-অতৈগী শেম-শাজনবা মতম পীরো। স্কুংদাংৱাই থা উরকপগী অদুদা য়াউশঙদ্ মৈ থারনি ; থাহল্লো অঙাংশিং অহলশিং—নহোয় নহাস্নি ; ঙাক লাঙদনা পুক্লিং মকা লামথোকও।

মমৈ —মৈ থাবদুসু কায়রবনি পুপু। মী কুঙনরে, পোৎ-চৈ তাঙঙে য়ুমলক মীবকতা মৈজাও থাবা চুম্মিব্রো ?

ফৈজাও—মৈপীক থারগা লোইবে। খরা হাংবা ঈশিং মপানগুম্বদা মচা অমা শারগা থাবদা কনাদসু কায়রোই। মী কুণ্ড কুণ্ডবা মফমদসু পার্ক থম্নরিবসিদি। অদুৱাইদা থারগা য়াবদুবু করি

ৱাবিরি? চাউনা থাবদসু পঙচঙ চঙবা পোৎ নত্তে মমৈ। হো, পামদ্রগনা পীকনা অহুম থারো। হুংদাংহু অঙাং মচা মচানা নাক-থেংবা চৎপহু চৎচসন্থু। থেঙনসু চৎনদবনি য়াম্মবদা য়ুম তবাকুনমুক মঙাই। মথংগী হংচীৎ অসিদা নহোয়গী শান্ন-খোৎনবহু হৌবা য়ারে। ফজনা অহুম চথরো। অঙাংশিং নহারোলশিং নীংথিনা অহুম য়াঙগনি। লোইবা হুমীৎকী অহুদা ফেন্সীডে স তৌবোইদ্রো?

মমৈ —য়াঙগদবা ময়াম মমিং পাখৎনরকঅবনি।

ফৈজাও—তো, অহুনিদনা। অহু লোইবকপদা থাবল চোংনবা শীল্লো ৱামিন্নকবা লৈশাবীশিং হবাঙজনবা।

মমৈ —অহুসু লৈশাবীশিংনা হায়বক এ হায়দনা ঙসি, হৌজিক খন্নগদৌরি।

ফৈজাও—খন্নৌ। খন্নবা লেপ্পবা •াবনি। অহুগা নোংমদি চোংহল, মবক্তবু ওইববসু অবোইবদবু ওইববসু। হুংশিদ্রো নচে-নচলঙাক্লি। মহোয়না লুংঙাইজবহুদা নহোয়সু কবিগী হরাওবিবোইদৌ-বিবনো। লুংবু হুংশিদ্রনে হৌ-হৌ চোংজদনা তৌজরিসিবো?

মমৈ —হুংবদি হুংশিবা। অদ হয়েং নেশা-হুংশা চাশিন থকচিল্লগা কাবন তাবা হেক যাওবকঅদি খৎন চৈন থোককনি পুপু।

ফৈজাও—ই-হে! নহোয লৈকাইগী নহারোল ভোলনটিয়াব বেট্যালিয়ান অমা লৈবিহ্নদি অহু কাওবা ঙাকপা শেন্নবা ঙমদ্রবো!

মমৈ —নহা মশেল ঙাক্তনিনা ফুনবককনা। কাবন তাবকঅদি ঐখোয়সু খাঙবা ঙম্মক্তেনে।

ফৈজাও—অশাওবা ফাধবগা তপ্পা ঈশনা থেমদনা খোত্তনা, ভাব তাহন্নবা লাক্লগদবনি। ঙাওবা নত্তে ঙাগুশিন্নবনি। শা ঙা মক ওইখিবা নত্তে; ফজনা ঙাংনবগা য়াজনি।

মমৈ —য়াবক্তুবদি ?

ফৈজাও—অদু ফাওবদা য়ারক্তুগদি চপ্তুনা পুরগা অদুরাইদা লৈবা থানাগী মীওইদা কোক শিন্নরগা লোইরে—বস ! কবিগী রারি ! সরকার পানবা লমনি মপুনা অদুম রাবকচগনি। অদুগা মমৈ নহোয়না রাবকউবদি যাদে। রুবকীদি ফাবগা শিন্নবা ফাওবদনি।

নমৈ —যাবক্তুবদি ঐখোযদি হেক্তা হুমগদৌরিবা মচুবারোমদগী।

ফৈজাও—মাদুমা য়াদ্রে। হুমফম থোকপা কাঙবুনা অদুম হুমজখিনি। অশীন-অরাঙ হায়বসিদি ঈংনা তপ্না রাখল লৈনা খোঙ থাংগদবনি। নহাবোল ঙাক্তা থাদোক্তনবা নঙ' বাবাহোয় য়াওরিবসিনি। ইপুহোয়স্থু কুম্মৈ য়েংবা অদুম মথোবক্কনি। ঈরাংদুগীদি থোইনা রাকনু।

মমৈ —অদুর্নদি যাউশঙসি খবমখৈদি তৌবা তারেনে ?

ফৈজাও—হোযনে অদুমাইনা তৌবা ফৈনে। ফৈনা-ফৈনা ফুনবা ফওনে।

মমৈ —অদুদি করি কবি তৌবা যাবা অদুগা কাব কবিবুনা তৌহন্দবা তারবা ?

ফৈজাও—মদুদি নহোয়গী মীতি'দা খন্নরো কা হেননা মাঙগদৌবা মযাম থিংঙো ফরি থোইন। কায়দ্রি হায়না খনবা মখৈদি অদু চথহল্লো। চান্নফাত্রে হায়না খনবা খবস্থু শেমদোকও।

মমৈ —এ, শেমদোকপস্থু য়াব্রনে ? চংনবীনি হায়নবকঅদি অহল্লমম্না ?

ফৈজাও—চংনবকই হাযদনস্থু মতমগা চান্নবক্তুবদি শেমদোক-শাদোকপা করি যাদনি। চাউনা হেক শেমদোকপা খংওন হেক ওস্থোকপদি মী কাঙলুপ অমগী তিং শোকপা য়াওনৈ। মদুমকস্থু অফবা নত্তে। তপ্লি তপ্লি খন্না খরা অদুম শেমদোরকপা য়াই। অদুম মচংনৈ। কৈদাবু নহোয়না পোক্ত্রিউৈ নঙগী বাবানা অঙাং ওইবিউৈদদা ওস্থোকপা চংনবী খবা লৈরম্মী।

মমৈ —হৌজিক্তি লৈখিদ্রবা ?

ফৈজাও- লৈখিদ্রবা। চৎনবীতু থিংখ্রবা। শেমদোকখ্রবা। লৈহন্দ্রবা।

মমৈ —করি-করিনো অতুদি পুপু ?

ফৈজাও—অনী-মরী স্নুনদি হায়ররোই , নঙগীগু মীতিং মতম ওইশিল্লক- অরিনি। অমদি হায়গে। কমদৌগে'রু, নহানরাইসে, য়াউশঙ মঙানী-তরানিদা ঙাইরে হায়বা মতাংতুদা পুংকক চাউরবা নুপামচাশিংনা তূরানবসে চৎনরম্মে।

মমৈ —তূবানবা ?

ফৈজাও—হায়বদি যাউশঙ শাননবা রা, ই, চরু ক-কাসে পৈ-পৈতুনা থম্বা যুমদগী লোন্না মপু তাত্তনা লৌবম্মে। য়োন্নব। পুবকপা, লৈরুবা শীংকাসি ষনগাড়ী সোরোকতা লাকপদগী লোননা শৎলম্মি ; রাপলদগী রা অম'নী লোন্না য়ানবা লেনবকাসি তৌনবম্মি। অদগী লাইদা কৎনবা চাক চান্নবা হায়দনা নুংদাংদা মীগী ইখোনদগী আলু, কোবী, হরাযথবাক কাস লোন্না লৌরম্মি।

মমৈ —শাউনদ্র। পুপু অতুদি ? অহললমনশিংসু অতুম য়াবমত্রা ?

ফৈজাও—অতুম ময়ারম্মি। অঙাং তবা-কুন চাবা ওক্লবা যাউশঙ অমা শানবা পোৎপু কয়া য়ামদগেদো। মপু-মপুসু অতুম মখঙবা জাৎনি। মমা-মপাসু খরদি মথিংই। অতুবু য়াম্বা পোৎ নত্তবনিনা অদুম ময়ানবম্মি।

মমৈ —মতুনি ফত্রিবসে। তূরানবা তম্বিবগী মওংদা চথহনবদি চুমদেদা।

ফৈজাও—চুমদ্রবসু চুমদনা খায়বা-খোৎপগী মওংদা লৈবনিনা মপোৎ তুবে হায়বা খঙলবা মপু ফাওবা লাউদনা খোওনা অতুম হায়বা জাৎনি--'হাই হাই মহাপ্রভুগী মনাই ইচাশা, ইস্নুশা য়ামগন্নু, নেৎশিন লাকশিনগনি য়েংনা-য়েংনা তৌকো ! অঙাংশিংসু

অতুম মখূম্মী—'ঔ। চঙখরো ইপু, ইপন, খুরা—অসুম্না। ইফোঙ ফোঙনা "হোবিবোল" স্থু অতুম লাউরম্মিবনি।

মমৈ —অতুদি তশেংনা তুরানবদি নত্তেদনা।

ফৈজাও—ওইবমদবা জাৎনি অতানবদদি; মমাঙঙৈগী মতমদদি। অতু-মাইনা নুংদাংদা অহিংদা লোম্না লৌবদা নত্তে কৈথেন্দা য়েনশাং নাপী য়োনফমদগী য়াউশঙ মচাশিংনা লাকপস্থু চৎনবম্মী। কোবী মচা অমা কবিমা হল্লাইথবাক অত্তম-মবী লাকচবনিনা কৈথেল মুপীশিংনা চৈববস্থু নোক নোঙনা অতুম চৈবা জাৎনি। কয়া হেফাত্তবা পঙতক সুদকপা নুপামচানা লাকপানি হায়দনা হোৎ-নবদা ঙমদদনাকা তিঙক তিঙক লেপ্তুনা লৈবদদি অয়োনবী-শিংনা কৌশিন্দুনা ওখাক চাউবা কোবী-মা কবিমা পীবা য়াও-রিবনি। অতুম ইয়া য়ানবম্বা হায়নিমা। ঙাইহাক নুংঙাইবগী মওংদা তৌনবম্বনিদা থোইনা কায়বমদবা! নঙগী বাবাহোয়না য়াউশঙ লেকপা চৎথ্রগা নবোকহোযনা তুমপোৎ নত্তে মতুং ইন্নবিবানি। অহিং অত্তম-মবী তুম্বা পোং নত্তে।

মমৈ —অতুদি অবোকস্থু অতুম যাওবেনে?

ফৈজাও—যাও'ওমজাৎনি। খাম্বা চৎপদা নবোকস্থু মতুং অদুম ইল্লবা জাৎনিদা। মাস্থ মচা মযাম্না হেকলকপা হল্লাইথরাকতু খনবা মনবা তিনচাবা খন্দোকপা যাওবিবনিদনা। মমা-মবেন অতৈস্থু য়েনশাং শেম্বা অতুম য়াওইদা অতুগীদি—তুবাল্লকপনি হায়বা খঙনা খঙনা।

মমৈ —অতুম য়ানবম জাৎনিনে।

ফৈজাও—থোইনা কায়দবনিনা। অদগীদি কমদৌবক্কে হায়বু, মতম, চহী খবগী মতুংদদি অন্থোক ওন্থোকপা অঙাং যাওখৎলকঅবা জাৎনি; য়ুমপোৎ তানবা ওখাক চাউবা পাখঙ ফাদৌরবা কয়া-ফাওবা য়াওবকঅবা জাৎনি। শাউনবা য়াওনবকয়েদো অদগীদি

পাউস্নু ওম্বোক ওম্বোকপা তানরকএ; মুংঙাইত্তবা থৌদোক-কাসি মনম মনম থোক্লরকএ। থৌদোক অমদি রুমদোগেবু, ময়ৈ, তাউনে—ওম্বোকপনি—

হাপরেক হৌবা

অহিং অক্লেরো অমদি য়াম্না চিকপগী মওং

নুপা —হৈ! নঙ তূম্বরা? অমুক্তা হৌগৎলকখো; থোঙসি অমুক্তা লোনশিলহৌররাও।

নুপী —হৈ-মা! কবিনো কোম্নুংগী লান-কা চত্তৌনা খদাংচেৎ-ও কল্লিও কুলী কম্পোব অত্নমগা! কদায়দনো স্নুক থেঙঙকানসিদা?

নুপা —লাঙগম্নু, মৈত্নু লৈখৎকম্নু, পীক্না লৈথৌ, ঐ থবক তৌগে।

নুপী —কবি থবক?

নুপা —লুখুমদৈ লোঙত্নু পুথোবকউ। লোঙজীল খুম্মিবা মখুমশিংদু অমমতা লৌথোকউ।

নুপী —নত্তে কদাযদনো কৈদৌবগে?

নুপা —মী উশিন্তবা, যুম্পোৎ তানবা হুরানবা থিক তৌগে; খোয়দো অসি য়াম্না শাউগৎলকপ্রে! লোইশিনগে।

নুপী —কনাবুনোনে হায়রিসিবো?

নুপা —য়াউশঙ মচা, হুবানবা তম্মকইবা মহা হুবানবশিংদো! মখুবোম মখুবোমদা লেংগে

নুপী —কৈনোনে হায়রিসিবো! চান্ননা হেক্তা। মী অঙাং মচাশিংত্নবো!

নুপা —করি অঙাং মচা! হাকুম-হাকুম অমদৈনি ঐনা লোম্না কয়া ফোংনা কয়া হায়বকইবা থেম্মকইবা। মখোয়না পাম্বত্নু কম্না য়াম্না চঙপদবা শীংনো ঐ তম্মগে হায়বেদনা! মহোয় মহোয়গী মম্না-মপাশিংদম্নু তা-নবা য়েনবা খঙজনবা লৈপুঙ কম্বা কয়াদা লৈকাই তিম্নবা মতাং কয়াদা তৌহনগুমসি চুমদ্রে হায়রেদনা। কনাম্নু মনা-মনাদা হাপদে। অত্নু ওইরদি ঐ থবক তৌরগে।

ঙ্গুপী —হে-বা কবি ৱানোদা! ইচাগুম্বা ইম্মুগুম্বা অঙাং চোইহাশিং অহুদা—!

ঙ্গুপা —করি চোইহানো! লৈকাই কোযনীংবা পাখঙ পুংককপা য়াম্না য়াওরি'য়ে'য়ে। থবক স্নুগে মহৈ-মশিং তমগে হায়বদি লৈত্রে; ঙ্গুমীং চুপ্পা লমজাওদা ফমদনা অচৎ-অওক য়েংদনা লৈবে; ঙ্গুংদাংদনা শম্বল শৎতনা কোবী হুবান্দনা সাগ চান্নদনা লৈবে। যাউশঙ অমুক লাকপদা মফি-মবোল লৈনবা, চানবা পৈশা তানবগী হুবাল্লে।

ঙ্গুপী —খরা হুবব্ কৈদৌয়ে'গে মতমগীনি হুজন্নু।

ঙ্গুপা —করিগী খরদনো। শীংগৈগী শীং অসি নহাল যেংঙ্ বু খাযবোক হেনজিল্লম্মে। হুকান মমাওদা পৈবিবা ৱাচেৎ অসি মপুন হুমফু-মুক্লি, থীরুব্ কুন্থ্। তককতা মঙাইবম্মে। মখা লৈকাই খুবা অমুহোয়গী আলু কৈদোম নকক স্নুবে'যে হোৎগ্রিবা।

ঙ্গুপী —অহুইবুদি, ঙসাইহু কোবী যোনবী হন্নবী অমা মখুৎ খুৎনমহুদা লেঙম্মে হায়দনা ঈনা পুমঙাঙ ঙাংবা।

ঙ্গুপা —কনানা পোৎলাকপা অঙাংশিংনা?

ঙ্গুপী —কনানো, অঙাং অমনা নাচৈগুম্বা মতোন অমদা পোংহুৎকুম্বা মতোন তম্বা অমা হাপ্পগা কোবীদা থিল্ল-থিল্লগা লাকপা ওইব-মাল্লে। অহুদা তংলোমদগী নাবোন্দা চক হেক থিল্লকপহুদা হন্নুবীহুনা মখুৎ তিংথোরকপগা মপা হেক থোকউদনা খুৎনমদা লেংবনে'ই'নে। অহলগা ওইরে ঈ খকউ য়াদদনা কযা ৱানরে।

ঙ্গুপা —তো! চুম্নগী লাকপোইনা লাক্রবনে তেক্তা অফং অফংবা কোয়-ববনে। লাই কৎপগী কবিগী মেরুক অমা কবিমা মন্দ্রবনে; হন্নাই থরাকপু শঙবায়রোমদা হেক্তা তুম্নবা হেকঅবনে। নহান নোংমনা ঙা তীকপা লাকচবী ঙ্গুপী অমগী ঙাগী দিন অদ্ দগী পোরোম খ্বায়দৈ চাউবা অমা লাকপিগ্রে হায়দনা য়া-য়া তৌহৌই। নত্তে

মহাপ্রভু ইবুংঙোদবু পোরোম কৎলি হায়বসিবু মপা কনাগী হাক্তক্তা তাবগে ! কান্নদে লোঙদো— ।

মুপী —হে-রা লোঙমক্তি হেনমল্লেদা ! লৈতুম্না করিনা থাবদি থাবনি— কীনবা খংনবা ওইনা ।

মুপা —লৈতুমদগী হেন্দোক্তনা রাকোক লংঙবনি ; লাউরবনি চৈরবনি য়াদ্রে । মহোয়না 'স্থম হেনজিল্লকই । অরাংগী ঐথোয়'তা কালাগী লৈরম্বা হূই অতুনা ফনা খোংজরম্মী । ফনা মকান্নবনি, যুমথোঙ অনীসি পুজরম্বনি ; থোক হাত্তোকপিরে ।

মুপী —হে-রা হাংপা নত্তমাল্লেদা, মথন্তা শিজরম্মে'য়ে ।

মুপা —করিগী মথন্তা হেক্তা শিজবা য়াব্রনে মশা ইফ-ফরিববো ! মুংদাংতু লৈপুঙ ফাম্মিবা ঐথোয়গী নাক্তা ফনা কুইনা কুনজরম্মীবো । নোং-ঙাল্লকপদা থোঙ্গান্দা শিতুনা লৈরম্মে । মহা হূরানবশিংতুনা হাত্তনবু কনানা হাংকনি ।

মুপী —অতুম্বু ডহৌদবাননা হেক হায়রুবতু—

**লায়মণ্ডা ভেঙ্গাশং তিন অংংবা অমা লৈমাইদা তাবগী মখোল ভারকপা**

মুপা —ঙাইখো ! ভুমিন লৈয়ু । হৌজিক্কী মখোনদো ! ঙসাই ঐনা হিদাকঙাম্থক অশুম-মরীরোম চঙনা লং মচা অমনা তিন য়ানদনা থনম্বনি শাংগা মতোন অমদা পুল্লগা । মৈদ্ মুৎথৎলু । ঐ মনীং-থোঙলোমদা থোককে , সে কম্পোরসি পায়য়ু ।

মুপী —ঈংগা ঈংবাসদা নারি-শারিগা তৌরিতুগা । খোঙ হাঙদোক্তনা লাউরগা অতুম চেনজখিদৌতুদা ।

মুপা —ঙাইখোসে ! নঙ' খঙপোৎ নত্তে । থোঙ তপ্পা লোলহৌররাও ।

মুপী —লোঙদো লঙঙ্ লাকউনিকো । কুম্মৈ তান্নরনিকো ! হৌনদে ।

মুপা —কুম্মৈ ভোগে হায়দনা লুম্মকইবসি কুইরবনি । সে তপ্পা লোনহৌগদৌনিকো— ।

**( খোঙ পোরোন হাংবগী মখোল )**

**ক্লাশ বেক লোইবা**

ফৈজাও—হায়গুম্মদনা নোংঙানবগী অতুদা কুম্মৈ অমা অতুম থোকখি। কুম অতুদগী য়াউশঙ কোয়বা, লেকপা হুরানবা অসি থিংনরকখি, তপ্পা তপ্পা তোক্লরকখি। হৌজিক্তি পুঙলেপ লেপথ্রেদনা। মহোয়গী হাক্তকসিদদি হুবা খোৎপগী রাসি তাদ্রেদনা; তাব্রদো?

মমৈ —তাদে। অতুমাইনা হুন-খোৎন তৌরম্মী হায়বফাওবা তাদে; ওসি পুপুনা হায়রগা তারিবসিনি।

ফৈজাও—অসিনি ওনবা, শেমদোকপা হায়রিসে। অতুগনে মমৈ ইপু অমগা হায়গে; ফত্তবসিদি চৎনবী ফনমক ওইদনস্নুনে অতুম হেক্তা মাঙজখিবনি। খুদম হায়ববু লাপ্পা থিরুন্নু হয়েংদগী হৌদোরিবা য়াউশঙ হায়রিবসে মসিদা অতুম লৈরে।

মমৈ — হৌজিক্কী পুপুনা লীখিবা লোঙগী রারীদো?

ফৈজাও—অতুস্নুনি। অদ্ গা অমনা ঐখোয়না য়াউশঙ হায়রিবসি হোলীস্নু কৌইদনা। হ! শক্করিবা হোঙ্গী অতু নত্তবা কুম্মৈ অসিগী মম্মিংবু হায়রিবা।

মমৈ —অতুননি ঐনা ওসাই হায়খিবা, লম অসিগী কুম্মৈ নত্তে হায়রিসে।

ফৈজাও—চুম্মীনে নঙনা হায়রিবদো। কাং শান্নবদৌনা শগোল কাঙজৈ শান্নবদৌনা ঐখোয়গী লমদম অসিদগী হৌরকখিবদি নত্তেনে। অতু ওইরবস্নু ময়ামগী ওইরবা কুম্মৈ অমা ওইরে হায়বনিদা ইপুনা হায়বদি। অতুগীস্নু মথক্তা কুম্মৈ অসিদকো ঐখোয়গী ওইবা, অমুক্তা কনশিন্না হায়বা তারবদা, ঐখোয়গীতগী ওইবা ইনাৎকী মচল কুম্মৈ অসিদা শরুক য়াম্মা চঙহনগ্রবনি; চঙহনবস্নু য়ারি। হায়বদি অতৈদগী লৌরুবা অশং-অমান অতু ঐখোয়গী চাকখুমদা ঐখোয়গী ওইবা হৈনজবা এনশাং ওইনা থোং-দোক্লবনি হায়বগী রানিদা।

মমৈ —ঐখোয়গী ইরোনবগুম্বা?

ফৈজাও—হো অদো ! অতুমক্তি । মমিং ফাওবা ঐখোয়গী থোল্লেদনা ।

মমৈ —য়্নারগেনে ফরেনে ঐখোয় ময়ামগী ওইহল্লসিনে । অতু হোলীনা করিনো খুদম ওই হায়না তাক্কে তৌখিছুবো ? অতুগী য়াহু ফৈদোকখিদৌরে ।

ফৈজাও—হোয়নে, অতু হায়গে তৌরম্বনি । কৈস্নু নত্তেদা নহোয়না নহানরাই তমখিবছুনিদা, হোলিকা হায়বী প্রহ্লাদগী মনে অতু মৈনা চাকখিবদো অতুবু হায়বনিদা ।

মমৈ —ও, মৈনা চাক্কে হায়বা হোলিকাদি চাকথেলে অতুগা চাক্কদবা প্রহলাদবুনা চাকহন্দ্রে হায়বদো ।

ফৈজাও—অদো ; হোলিকাদোনা ফত্তবসিদি মীস্নু লাইস্নু পোৎস্নু চৎনবীস্নু মথন্তা অতুম হেক্তা মাঙজখি হায়বা ।

মমৈ —ফত্তে হায়বা খঙঙবদি খরা থুনা মাঙহনবদি য়াইদনা পুপু ?

ফৈজাও—য়াই । য়াই । য়াদবা নত্তে নহোয় নহারোনগীদি নথো অমস্নুনি ।

মমৈ —ভাব খরা তারে । ঐ মিতীং চৎলগে

ফৈজাশ—নঙ' স্নুম চৎখিবদা অঙাংশিংদা সে থুমুকসি পীরস্মু ।

মমৈ —অস ! ঐবো ?

ফৈজাও--নঙনা পীরমদদি ! য়াউশঙ য়াওরদোবা নঙবো ! হা ?

মমৈ —কদায় সে ; পীদা পীরম্মগে ।

(অরোইবগী খোঙেল)

# হো চাকোরসে

## ম্নাওঁরিবা খোঞ্জেল

( ডাম্না চঙলকপণী মতুংইম্না )

১। অহল —নুপা চহী ৭৫ মুক

২। ইবোহল —নুপা চহী ৫৫ মুক

৩। ইবেমহল — নুপী চহী ৫০ মুক

৪। ইবেতোন —নুপী চহী ২৫ মুক

৫। ইবোতোন—নুপা চহী ৩০ মুক

৬। মেমী —নুপী চহী ২০ মুক

৭। মামহল —নুপা চহী ৬০ মুক

# হো চাকৌরসে

## অহৌবগী যন্ত্র

( কার থাবা অহনপা মী চংশিনকপগী থোঙ্গাবাং মথোঙ )

অহল —গাই ইবোহল, নও অঙাং লৌবা চংলুদ্রবো সেকেন্দ ক্লাইটতা লাক্কদবনি, পুং তাদৌরে।

ইবোহল—ইহে! ঐদি কাউবু কাউথোকউবে

ইবেমহল—ঙসাইদৈনি ৭/৮ লক স্তুবে হংইবা ঐঙোন্দা; লৌবা চংপ্রব্রা, লাক্ত্রিবা, মপা শাবদুবু কৈদোকপ্রবা হায়দনা সোর কা হোন লাক্কে। মপা শাবনে'না তৌরিবসিনা মচা লৌগদববু কাউ-থোকউবে'না লাকএনসে। স্তুংঙাইদা! মী অঙাং অদুনা আদা মঙক থাঙ্গৎ থাঙ্গত্তনা য়েং লৈরম্মনি।

ইবোহল—হো ইবেম্মা নচান্নুপী মহা লাইদু য়ৌরকঅমখিবোই, প্লেন পাইবা তাখিদ্রি। লাকপু লাকঅম্মদি ঙসাইনা মানা থোকপা ঙ্গ্রৌদলা য়ৌবকঅনি। ঙাইদনকা লৈবিগদবী নমোম নত্তে। রাক্কন্থ

অহল —অ— কদাই গাড়ী শো পীরকউ ঐ ওকপিরুরগে।

ইবোহল—রাংলি বাজী কৈদোগে ঐ থরক মথং-মথং চংকদবস্থ ময়াম'মা লৈরি। অদুম পুন্নকে। প্লেন পাইবস্থ তাখিদ্রি হায়' তৌনি।

অহল —নঙগী মফাং মফাং অদুগা কান্নরোই ইস্থ অত্থ তরক-তরক লেপ্তুনা লৈরম্মদি, স্তুংঙাইতে। কদাই ইবেমহল অদগী শোদু লাক্লকউ।

ইবোহল—ডাক্তরনা গাড়ীমু পায়রুম্নু হায়রি ; নমুম্নুপী অহুম্নু য়ৌরক-অমখিরোই ; য়ৌরকঅম্নু— ।

অহল —খঙঙে। হাই গাড়ী শোদ্‌ৰ পীরকউনে ইবেমহল !

( শো থাদবগী মখোল। খোঙথাং চৎথিবা )

ইবোহল—কদায়' পীরুরিনো নঙম্নু ! ঐনা ঙাংনরিঙৈসিদা। গাড়ী পায়-হনগন্নু হার্ট অসি বেরা লৈ—( গাড়ী খোথিবা মখোল )

ইবেমহল—লৈগে লৈরসন্নু ; য়াম্নু য়াররোইদবা অসিদা। ঙরাং নহান্দৈনি হংঙিবা—হা মেমীগী কা ফজনা থম্বিরব্রা ; ফমুং-ফান্নুং ফৌ-দোকপিরব্রা ; মঙ্গৈদ্‌ৰ খবা লৈরকঅব্রা কায়না।

ইবোহল—মঙ্গৈদি কবিগী ?

ইবেমহল—হো মহোয়' 'সোমদদি অশীনবা চায়, ঙা থোংফাওদা মঙ্গে থাকই লৈরকও'য়েয়ে পৌরা অনী। নহান্দু কিলো অনী লৈরকঅবনি মস্নু-মপু চারসন্নু হায়দনা।

ইবোহল—অস ! ফিদি তোয়রপ তৃম্নবা তাবেদা !

ইবেমহল—নহান্দুনা ন্নুংদাংবাই চৎথোকউ' হঙ্গিল্লকপদা লফুথরোসি লাই-তংমুক ওইনি লৈরকইবা।

ইবোহল—বাজীনা ?

ইবেমহল --হোয় ; ঐদি ঙকউরে। কনাদৈনো থুমোক অমদা হাপ্পগা মরেংবান্দা থোঙ্গত্তনা পুবকই। ঐদি পুঙঙক ঙকউরে ফৈজোম ও কবিও তৌরগা এঃ-এঃ শংঙদনা পুরকপতুদা।

ইবোহল—থুমোক্তুদি থোংথোঙগী তুকান ইন্দোন থরাকলে হোয়দৈতুম ওইরমদনা ! ইন্দোন্দুব্‌ লফুথরোগী কারবার অমুক তৌরবো ?

ইবেমহল—অঁ ! মপাগদি মিস্তল তিম্নবনিনা মদোমদা থল্ল। মী অহল অসিনা মস্নু কোক্কহল লাইহুল অসি ঈশিং-নুংশিৎ ওন্নবা ফনবনি

হায়দনা ঙেক-ঙেক শংবমথে পুজরকইসিবু! নহান নোংমস্থু পেনশন লৌরু' হল্লকপদা লাইরিক কয়াম লৈরকই খঙব্রা ; অস, য়ামগ্র' জাংনি ; পৈশা কোন্নদ্রে ৱাংলি হায়দনা লৌখিবনি ঐঙোন্দে। মস্থু নুপীদা পাহন্দোরিবনে'য়ে! পাহন্দৌরিবা!

ইবোহল—অঁ—! নচা ইবেম্মা কোকহল-লাইহল অসিমা মপুবোক অসিনা অতুম ঙাওহনগ্রনি। পাউগা, ইয়ুগা, নৈনৌগা তৌদনা নচা নুপী অসিমা পণ্ডিৎনি হায় পরাংনি হায় তৌদনা অতুম তোকঅনি। পাবগা, ঙাঙবগা, ইবগা মপুন্সি অসি বিভুলা কোকথোঙ নাতুনা অতুম লোইরনি। ৱাচং ৱানোমদনা ওই-গদবা কান্নবা তমহনসি হায়রুবা য়াদে মস্থু অতুগা মপু অসিগা চপ মান্নে —হা, ডাক্তরবু করিগী তমদৌরিবা চিঙ্কা পুবা কনব-শিংনা তৌদৌবো কায়না! নুপীনা ইনজীনিয়র ওইব কাইতু ফৈ তৌহনসি হায়রুনু—হে-হে ময়ায় ওইবা মাথাগী কেরানী মকোক্কী থবক্তুবো কায়না — ! হ! মস্থু-মপু মঙায়রে লৈবাক শেমদৌরিবা মীওইবা শেমদোকদৌরিসি। মাথাদি থুং লাউই অতুগা ধমকাদি—বিক-বেং ফাদৌরি। ঐদি খঙদেকো ; ঐ য়াওদেকো, নচা ইবেম্মা কোকহল লাইহল অসিমা ময়ুম পান খঙদ্রদি মপানি কায়না ঐঙোন্দা তাইশিল্লকনুকো। মপু অসি লৈরিঙৈদা কদায়দনো চীংদরা পাত্তরা তমদরা থাজরম্মু হায়দনা হায়নৌ—মমা শাবা নঙনা দাই অতুম ওইরো।

ইবেমহল— লাইমস্থু ঙাঙই! তমশজন্নু মপা শারিবনে'না তৌরিসিদা পাবোই-পাদবোই শিনবোই লাকপোই করি করিনো পাস খরা তৌহৌরগা লৌ-শীং য়োন্দনা থবক অমা উচিন-নাচিন্না ফংহৌদনা তৌজরগা—।

ইবোহল—অস ইবেমহল নঙগীসি ওঙ্খোক্লা হন্থনা হায়রেদা। লোয়শঙ অমদা মকোকমক্তি নক্রবস্থু মথং খনবা ওইনা চাউরি ; য়ুম-কৈ ময়ামদৈ নোঙ্মা নত্তে ; লৌ-শীং নঙবা পূজরকপত্থনা নঙগী ওইজরে, ঐনা ইচা অহুম অসিগী পরী অমমম-অনীনি থম্বিরে ; কার মচা অমস্থু অহুম মতোংঙি।

ইবেমহল—লন-থুমগী রা নত্তেয়ে ঐনা হায়রিদি লাইরিক্কী রানে, লাইরিকী। মপূ অসিনা ইস্মুদি ইমুং অসিগী লাইরিক শম্লবা য়াদবা মী ওইহল্লোই হায়দনা চ-উম্বা মুমিত্তগীনি সনা লুপা-কা পায়হন-পোং নত্তে, কোলোম হান্না নমত্থনা পায়হল্লিবা ; মত্থদগী পম্মে লাইরিক পায়হল্লি, পোরে কোলোম পায়হল্লি।

ইবোহল—হোয়্রনহৈ, অহল অসিনা, ইনাওশিংগী ইচা ময়ামসিদা অস্থুমাইনা তৌদে। মস্থু অহল অসিদদি করিনো লাই য়াওগ্রে অহল অসি।

ইবেমহল—ঐথোয়দি ইরৌবু লৌহৌদ্রবনিনে পীকইঙ্গেদা। অবোক অহল অত্থগা—মুংবু মুংশিদা অবোক্কো মস্থুসিদি ওঙ্খোক্লা লুনা তৌজরম্বনিদা।

ইবোহল—নঙগদবু তিন্নবা য়াদে। হেক উম্লবদা নশোঙ-নশোঙত্থ কন্নরিবা, পৈনরিবা, পোম্নরিবা হুন্নরিবা। নঙস্থু মোলি-মোলি লাইরক য়ারমদেনকো। ননেম ফুবা ওম্বসি মমৌ ইবেম্মা নঙদনিনেকো।

ইবেমহল—কয়াদনো, মীনা তারগা থাজখিদনা তোকঅরনি ! নমা ইবেম্মা লাইহোরী অমোম, চীনগনবী অত্থনা ফোয়্রবদা সুংজিনখিবা ইশম নত্রা ?

ইবোহল—( নোকপা ) হা-হা ! তো চুমদ্রো।

ইবেমহল—( ওক্না ) কৈবো ? করি চুদ্রো হায়বা ?

ইবোহল হ ! চুম্ন ’সুম খল্লকপৈ রানি।

ইবেমহল—করি খল্লকপা ?

ইবোহল—হ ! ঐনা হায়বদি, লাই ওইথিবা কুইরবী, হৌজিক অমুক থোয়রত্তুনা রাফংনবস্থু তৌররম্নোইদবা, নঙনা হায়রিমথৈ চুম্ম-দৌবা অহুদবু মমিংদং হাইরপতং পল্লবদা নশোঙ অহু কাঙ-ঙকইহু উদ্রো ! অহুগুঁ আ-সুমাঙ মতোন্দা থাবৈ মায়তীংবী লংথিবহু নীংশিংঙকপই রানিদা ।

ইবেমহল—কয়া ঙকথ্রনো ! নচানুপী মহা নারদ অহুনা মরোল সুবোই সুদবোই তম্বহু লৌথিবা ওইরিনি । রা ঙাঙবদি হৈথ্রবা অঙাং মতিক-মপা চাদনা !

ইবোহল ঙসি থুংঙরনি নচাদো । হয়েংদৈদি নহোয় নচানুপী ঙাংবিয়া অহুনা লাকথ্রদৌনি । ঐ হায়রা মাগা ঙাংনদৌ শকক আ ওফিসতা লেকথ্রগে--লৈজথ্রগে আদা !

ইবেমহল -লৈবিথ্রো । টাইপিষ্ট নাসুবী নাফনবী অহুগা ওইরিনিনে !

ইবোহল—ও— ! হৌরে-হৌরে । নহোয় লমখন যুমলৈমা ওক্লরুবগী হৌনবী । টাইপনা মীনা ফুরগা নঙনা সোমদা ফোবিয়া চুরে , নমীৎ অহুদা মকোয়-মকোয়, কাঙ্গোয়-কাঙ্গোয় পাইব্রা ?

ইবেমহল— পাইবদ নত্তে, পাইরম্বদগী মীৎ অসিদা যুবা হৌথ্রে ।

ইবোহল—ও ! ভাব তারে ; টাইপকী নুংশিত্তু, লেমফুরোমদা; থক্লা হাইগৎথ্রে । মহু থৌধনবা নঙগী নহানরাইগী লাইরিক তম্মি-ম্নরকই হায়বা মাইমোহু -হোয়নে মাবু সিক্নাই খল্লম্বদৈ মাইবী চঙঙে হায়দায় ?

ইবেমহল—তু তৌবকএ মাই হৌনবী ! হেক হায়ক্লরা অসি হেক্লা ; হেক ঙাংঙুরে অসি ! ইহন হেক হন্নুরদনা — !

ইবোহল—তো অত্থনি ঐনা হায়রিবসে। অত্থু অরাং ইথং থংবগী ইনাও ইবোতোনগা ইনাওন্নুপী অসিগা নুতিগী খংনরিবসি চুমদ্রদো—নহা ঙাক্তনি চহীছু কুন্থ্রামুক করিমুক্তগী পঙ:হন হেল্লমখিরোই।

ইবেমহল—ঙরাং নুংদাংদি কয়া কন্না খংনরে। ঐদি কৈনো খরা তান্নগে হায়দনা চঙঙ্‌বনি; ঐখোয়' ইবোতোন নৈতবোই নীংদনা চঙঙ্‌বা। কৈনো ওম্থোক্না কন্না ঙাংনদনা লৈরম্মী।

ইবোহল—কৈদৌ' তারুরি মী নহা মশেল নহাগী খংনজরগা য়েনখা পাউ দাব হৌবকঅত্রা নমৌ লাক্তৌবস্থু রাংলিঙৈসিদগী হৌনা। ইবোতোনত্থু কনানো পান তুকানগী মৌ নহা অমা —?

ইবেমহল—অত্থুই নওেনে লাউনরম্মিদি। চাক্তৌবগী। চাক কৌবগী।

ইবোহল—নিংজোল চাক্তৌবগী? মশেমলা কৈনো তারিদাই।

ইবেমহল—হোয়নে হংচিৎ—হ! ঙসি জোংগীতা, হয়েং দীপানীতা হংচিংনা—অঁ মশেম, মশেমগীসে। অত্থুগী।

ইবোহল—করি হায়নরিবা? করি মতাংগী?

ইবেমহল—হৌবদি তাহৌদ্রে ঐনা চঙঙ্‌' কান্দা ঙাংনরম্বা অত্থুদি—

ইবোহল—হোয়নে করি হায়নরম্বনো হায়বা?

ইবেমহল—ঙরাং অয়ুক্তো ইকুবোক্সা ঐখোয় মৌ অহুম কৌরে, মাই কাদা, অত্থুগা হায়রে—হন্দক্তি ইচাশা চাক্তৌবসি ঐ য়াওবা ঙম্মোয়, লাইরিক অমা নম্মী, শেল লৈতে; অত্থুনা নহোয় অহুমনা থোকপা ত্রৌবো, কৌগেরা কৌরোইরা। কৌরগনা অমনা ঙাক তৌন্থু; নহোয় অহুম চুঙশিন্নরগা অমনা অমা ঙম, অমনা দখিনা ঙম তৌনগেরা নত্রগা খায়জিন্নরগা অমনা শীনগেরা কৈনো তৌনরো হায়দনা অহলনা হায়বা।

ইবোহল— অহল অসিস্থু! নহোয় অহুমদদি করিগী হায়রিবা ঐখোয় নুপা অহুম লৈরিসিদি?

ইবেমহল—অমহা নত্রো মী অতল অসিনা হায়রিসে। মুপা মুপাদা হায়-বগা চপ মান্নদ্রো। ঐদি মুংবু মুংশিরুরে। অহলগীদি নিয়োম অমা ফজনা চুম্মী।

ইবোহল—নহোয়দি করি থুম্মী?

ইবেমহল—কৈস্মু খুম্নদে। থোরকপদা ঐদি দোখিনা ঙম্মগে নবানিনা চা নবা তৌরো হায়গে খল্লম্বনি অত্নু নহাক্কা অমুক্তা তান্নবদি চুম্মী হায়দনা কৈস্মু হায়খিদে—কোন্না তান্নবগে হায়দনা। মুংথিন্দুদা মত্নগী ৱাত্নু করি লৈগে থন্নগে হায়দনা চঙঙ্বা। দাই হন্দনা হল্লকএ, চাক-কা অমত্তা কৌররোই চৎস্নু চৎচ-ররোই হায়বা য়ৌনা থল্লে। ঐখোয়গী ঈবুঙ ইপ্বা শিংত্নস্নু অস্নুমাইনা মহোয় মহোয়গী মুপীশিংত্নগা ঙংনরমগদ্র খনবদা!

ইবোহল—করি হায়না ঙাংনবিবা; তম্মুনে তাগেনে।

ইবেমহল—নিংঙোলকা ওইদৌ খংতন হেক তল্লি!

ইবোহল—তম্মুনে অত্নুবো তনবত্নু এস্নু য়াওবিগেনে। ভমখোনে হান্না।

ইবেমহল—স্নুমাই' তৌবা—

ফ্লাশ ৱেক হৌবা

ইবেতোন—(কল্পপ, শাক্তরপ) ঙরাং নহান্দা ঙাইবি তোলোপ চারিবা। তোলোপনেনা তৌরিসিস্নু হৈক্রু মনাদা শিংকুপ শানা য়াৎথৎ লগা চাউনা কোম্না য়োম্মগা ফংলিবা। মসিদা হা চাবা ঙমগেরা দখিনা ঙমগেরা! মহোয় মহোয়না পে অসি চাউন চাউনা শংঙিবা। মহোয়গা মান্নবা কদায়দৈ ঙমদগে। মহোয়না তৌফম থোকপা নত্রো!

ইবোতোন—তৌফম থোকপগী ৱাবুদি ঐগীস্নু ইচে ঙাক্তনিনেহে! অমত্নুনা তাচৌগী মচা হায়বত্নু ঐগীস্নু ইচাগুম্বনিনে।

ইবেতোন—তৌফমছুদি লোইনা থোকইনে— অতোল অতাংনিনা মথী-মকুমসি ঐখোয়না লোইনা পুক্ষম থোকইনে। ঙক্ষদি লোইনা কৌবিগে ঙাস্থু মথেল ১০/১০ তৌগে, দখিনাস্থু কলর টিঃ ভিঃ অমমম তৌবিগে পৈশা ওইনা ৫০০/৫০০ অমগা মথক্তা তোং-হল্লগা হাপকে হায়রিবনিনে। ঙমদবগী য়ানি। চহী হেক খুদিংগী কৌরকই—লোইনা লোইনা কৌদনা কদায়দগী—হন্নবী ওইবফাওবা অস্থুম কৌবসিবু করি কান্নরিগে! মহোয় মহোয়দা লাকঅস্থু ফদৌবা; মচা-মস্থুনা য়াঙ্গোল অমা; পোকস্থু পোকখ্রে, ফেমিলী প্লানিংগী অর্থ খঙশীন্নদবমথৈ—থা অনী অহুম খুদিংগী ষষ্ঠি পুজা অমমম লিংখৎনরে। মচাশিং অহুস্থু লোইনা পুরকই। ময়াম অহুগীস্থু দখিনা তৌদবা য়াদে লাকঅবনিনা।

ইবোতোন—হোয়নে! অঙাংনা কযা-কযা য়ান্না লাখ্রে। ইচে য়াইমগী মচাশিংছুদি ঐ ফনা য়াম্না মশক খঙদে; চাউবস্থু হাইরপ-হাইরপ লোইনা মান্নরদনা। ইচে অহনগী মচা অতোনবা অনীছুদি; (নোকনীংলপ) অস হাকুমদি লৌরুবদা গাড়ী মস্থুংদা মহোয় অনী হেক্তা ফুনরকঅবনিনে; ইমাই থৌবা য়াদদনা ঙাইহাক খাম্মগা খামদোক্লে।

ইবেতোন—মহোয়নীদগী হেন্না শাথী ইনম্মা লৈবিক্কী মচান্নপা য়াইমদো। মানি হাকুম হুই তোংঙূই হায়দনা, সিরিদা থাদৈ হায়দনা মকোক কায়খিবদো।

ইবোতোন—ও—! হোয়নে বাজীনা পুদনা ফোংহল্লুবদো। কপ্পনা কপকল্লিবা; মশক অহুনা লুংখঙ মাল্লদনা।

ইবেতোন—কপকনবছুদি ইনম্মা সখীগী মচানি।

ইবোতোন—আই অদো, মমীৎ ইস্সু সুগৎপা কুচু জাং অম-ওই' তৌদো, ইচে সখীগী মচা ওইরে ! ইতোন তোনবরা ?

ইবেতোন—হুন্দক অমা তাখিবতুগা হায়রগনা লাষ্ট বট স্নান ! হান্নগী লাষ্ট ওইরম্বতুনা ষ্টেপ অমা ইনখৎলুবা ।

ইবোতোন—অতুনদি হুন্দক্তি অঙাং মশীংসি অমা হেঙ্গৎনা লাকঅদবা !

ইবেতোন—কদায় অমত্তনো ইনম্মা অহনগী মচান্নুপী অহন তরুবীতু ফাই-বোক পোকখিতুদি ! মাস্সু লাকপা য়ারবনি । মমা কৌরদি মচাস্সু অতুম কৌবগী ব্রা ওইনা ঙাংই পাজিনা ।

ইবোতোন—পাজি হায়দি নহোয় কাকা ?

ইবেতোন—পাজি ঐখোয় পাজি—ফাদর ইল্লো ।

ইবোতোন—ই– হে, ঐখোয় অহল । ও, মোদর্নগী ভাবনিনে ! ।

ইবেতোন—মোদর্নলা মেদিএভেল্লা কৌনরে ; চৎনরদি কৌরে ।

ইবোতোন—চৎনবী অতুদনিনে দোখিনা ঙম্মো, চানবা ঙম্মো,—তৌরদনা কৈদৌরিসে । অহল অসিনা হায়রবনিনা করম্মা নাম্ভোকপা য়ানি –কবি হায়রুনি ! তৌরোই করম্মা হায়রুনি ?

ইবেতোন—হায়বা তাবনি । ঙমদ্রবদি কমদৌনি ঙমদ্রে, হয়েংব্রাই এরি-য়াবগা বোননকা ফংঙগা খরা হাপকে হায়য়ু ; অঙম্বা মহোয় তোখ্রো হায়যু । হাযবা কিব্রা ? কিরিনিনে ?

ইবোতোন—খিবা কিদবগী ব্রা নত্তেনে । চৎনবীগী ব্রানিনে ;— চৎনরগুমসি কৌরগুমসি হায়বা তাবগী রানিনে, লুরিবদি ।

ইবেতোন—চৎনরবদি তৌরোনে ! কলর টিং ভিং পীনৈ ; ফ্রিজ দখিনা তৌনে . ভিং সিং আবং কৎনৈ, কৎলোনে ! নিঙোল মরী—মচা নিফু খাউবুনাইনে কবিনে, য়ুমগী নিঙোল অমস্সু লাকঅনি হায়দনা অহল অসি লাঙবা উই ; মাগীম্নু য়ুম পানবু পাল্লবস্সু পানবু পানদ্রস্সু অতুম দখিনাদি কৎপা য়ারে ।

ইবোতোন—হায়ঙমদনা ঐখোয়গীসি হাত্তি খবা হাকমল্ল' জাৎনি ইবেতোন। মসি—চৎনবীসি অমুক শেমদোকপা ফর' জাৎনি; নহানরাইদি নিংঙোলনা মবুঙ-মৌপু। কৌনরম্মি হায়দায়? মৈদিংঙু অমনা ওন্থোকখিবনি হায়'দায়! মসি অমুক ওনশিনবা ফরব জাৎনি। হেনমল্লে হাযবা। অউনপোৎকী পৈশা শেঙ্গং ওইনা পীদে হায়বা মণ্ডাইবে চহী তেক খুদিংগী হিয়াংঙ্গৈ খুদিংগী অউনপোৎ লাইমন মথাক অহু চখবদৌনা তৌনবেনে। ঐখোয' কমিশনর অতুদি হন্দক্তি মচানুপীদা কাব অমা পখিনা তৌনি হায়দনা জি. পি. ফন্দদগী শিংদবীদা লৌথোক্কনি হায়দনা তৌশিন্নহায়নবি। চুম-চুমদদি খঙদে।

ইবেতোন—চৎনবকঅবো কদি চুমদনি! নয়াম্বা অহনগী কাব অসি উনগ্রসি-দশিনা তৌথোকখ্রসি হাযয়নে।

ইবোতোন—ঐখোযনা কবি ওম্বা তাবা তাচৌনা কাব ওমগ্রবদি?

ইবেতোন—মহোযনবু তৌসি যাবদি ঐখোয' ইশ্নোন শককসি বন্ধান থমদোকসিনে। যাবিবকঅবনি ইচেগী মবীক মতাসিগা!

ইবোতোন—মতাং খবদা লীকচবস্তু পুকচেনদি চাউজবনিহে ইতৈমদি।

ইবেতোন—তু তৌবকঅ! মতৈমা অহল অসি পাবদি কনখৎলে।

ইবোতোন—কনখৎপে রা নওনে ঐখোয়বু শেম্বদা মাম্মু ওন্থোক্না হবাওনা য়াওখিবনি হায়বৈ রানিনে। মনাওনি কবিনি হায়বগী খেন্নবা থমদনা থরুম তৌদনা পীস্নুম স্নুকপত্থ তৌদে হায'রানি। মবুকচেন চাউথোকই হায়'রানি।

ইবেতোন—চাউবু চাউমন্দে, মী অহল অসিনা মচানুপা অহল শেম্মে, মচানুপানমুক অতোম্বা শেম্বা হৌনরবনি। ময়াম্বনা মনাও শেমজবদা মানা করি হায়দৌরিবা! মপাম হায়রা নীংঘায় ওমদে,

অদৈ অহল অসিরা শেল জোম-জোম, মচাসু অহুমথক্তা, লোইনা ফবা। পুকচেন চাউবু চাউমন্দে এ ওইরদি ইনাউশা নহোয় অমত্তা য়াওনু চহী হেক খুদিংগী ঐ কৌগে চাকসি হায়রমগনি। অতু- ককা হায়বিপোৎ নত্তে। লীকচবনা অহল অসিদা মানহুম শীকচিল্লম্বা য়াই মত, চারদি। রা ভাংগন্দে হায়বদনি শীকচিন-নাকশিনবদি হৈত্র' জাৎনি। মীশীকপানি।

ইবোতোন—তৌনুনে নমাগুম্বা অসিদা। নঙবু এখোয় ইবেম্মা মেমীগা কোলেজ তমিন্নরকই হায়দায়নে।

ইবেতোন- মানা ক্লাস খবা বাল্লকপগা এনা চহী অনী-অহুম পুথহৌবগা মান্নরুবগী রানি এনা ফনা য়াম্না হল্লি।

ইবোতোন—ও, লাইবিড়ি এদৌনা নঙসু ওখাক ফরকইদনা।

ইবোতোন হো ইংগুডো, এখোয়দি পুথজরবসু ডম্মকপদদি য়াম্না শেংনা ডমজবকএ, নহোয়দৌনা শিনবা লাকপা তৌজবক্তেয়ে।

ইবোতোন—শিনবনি খঙদে শিলহনবনি খঙদে সার্টিফিকেটতি এগীনা হেল্লিরে। খবকসু এনা হেল্লি চাউবা

ইবেতোন—থুপানদি হন্দাদি। তালোপা চাং নাইবদি এগীনা হেল্লিসে পোল্লে।

ইবোতোন—অতু ওইরসু ফং কান্দদি এগীনা চোমলপ। নহান নিল শাবা লোইথে পুন্না চা শকো নংনপা পীবনি হায়বি।

ইবেতোন—অতুননিদনা মীনা কাব মথদি কবি ডম্বা কায়না পোডনা খল্লিবা। এরোস্নেন মডা হেক ডম্মো। সোমদনা স্কুটব মমৈ অসি ককলকইবা থা অমনী ফাদৌরে ; স্কুটর টায়ারবু রিটি ৎ তৌয়েবা, কৈনো ইমা' পোক্কী অমুক্তা তাজবক্ত্রি। ইপাম-লোমদসু গাড়ী ফনা য়াম্না লৈ। এখোয়গী অসুক নানবা পুন কংনানবীমুক নানবা চাকা অমত্তা উজরক্ত্রি।

ইবোতোন—অতুইদি টায়ার মরু কোকপা তোংবগী ৱার্লড রেকোর্ড থমগে লাক্লরিবনি। ম্যুজিয়মদা থমদোবা কুইদ্রে। নিলাম লাউগে লীশীং মঙানা সবকারগী দাক ওইগে।

ইবেতোন—অতুই পৈশাতু লাকঅগা ঙম্মে। দাখনাতু। ময়ায়গী অমসিনা সমাজ সেবাগীনি হায়দনা অনীমক থোক-থোক চথোকখিনি; শৎ-শৎ অতুম লৈথোকখিনি। চীন্দি ফজে অনীমক-খোই হীনি। তৌরমদাইদনা মশক উরোই!

ইবোতোন—কনানোনে, নঙগীতু ইশম শম্নরেনে।

ইবেতোন—ময়ায়গী ইতৈ য়াইমগা ইচে য়াইমগবু হায়বা।

ইবোতোন—তাযাযদি খবখিৎ নংজৈদনা, তৌববদি তাচৌগা ঐগনা মপুঙ ওইনা তৌবা তাবগী মওংনিনে তৌরিসে। খরা ফংনি হায়' তৌরিসি ফংদ্রিঙৈদা মমী ইশাম শাম্মবনিনে।

ইবেতোন—মমী শাম্বগী লাইরি অতুগী শেনফমতুদি ঐগী খুজী অচৌবদো, মতু হন্দোক্লবা ঙরাংনা হায়নরম্মবনি। ঐগী লৈন-লৈনা মী-ঙোন্দগী র.য়দনা শিবগা চৎ ঙম্মোই। হাকুমস্সু ইচে অহনগী রায়' চৎলি। ইকাই।

ইবোতোন—হন্দকস্সু অমা ভ.তুম মরায়য়ু বৈনো। ইতৈমগীদি অনী অতুম লৈ হায়দায়।

ইবেতোন—অরুপ্পা অনীগা মরীনি মায়দি। হাকুমস্সু অশেংবা অমগা অরুপ্পা অমগা ঐনা রায়বিবনি।

ইবোতোন—অতু ঙাইদনা। ইতৈমনা পীদবস্সু নত্তে; অতু লীকপ্রদো।

ইবেতোন—পীববুদি হায়ফাব্রিঙৈদা পুথোরকইনে, শিজন-খোৎচন ফাও তৌবিরিবনিনে। অতুইদি ইচেসি ফৈদা। অশেংবা অনীমক

শিনরুচো, মানা অরুপ্পা অনীচু শিগে হায়বনি। ঐনদা ইকায়জদনা তৌবনি।

ইবোতোন—তো অত্ লীকপ্রেদো। হায়নরগা অতুম য়াবনি।

ইবেতোন—অতুম হায়নবিরো।

ইবোতোন—নহোয়গী সনাগী ব্বাবু ঐনা খঙব্রো, নঙ অতুম হায়নৌ কৈনো।

ইবেতোন—ঐগী সনাগী নব্রেনে, সনাদি হয়েং-হংচিং হন্দোকউরনি। চাক-কৌবগী চাবগী দখিনাগী ব্বাদো হায়নৌ হায়বা।

ইবোতোন—করিনে। অসিদা ঙাংনদৌরিবো! নহোয় মৌ অতুমগা বাজি-গনা পেপ্পরে, খন্নরে লোইরবা নব্রো?

ইবেতোন—লেপ্পবা নত্রি খন্নৌ হায়বনি। ঐখোয় ঙম্মরোই অহলশিংনা অতুম তৌরো—কৌগেরা কৌরোইরা হায়বিযু হায়বা, অতুই ব্বানি।

ইবোতোন—অতুদি ফজদেনহে! নঙ অমা মথোঙ-মরম খঙদনা! ঐ করিগী ঙম্মোইদৌরিবনো! তায়ায় থবক তৌদবা অসিনদি কৈস্থু হায়দ্রগা ঐখোয় অনীমক থবক তৌরি; খেংনবু ফং-ঙবস্থু তোলোপ অতুম চারি।

ইবেতোন—হো তোলোপ চাবা তৌজগৌরে। ঐদি হয়েংদৈ চৎচগ্রগে বার্তোন হেক লাকপগা। ইচে য়াইমহোয়গীদি নুপা অসিনা ফৈগাক ঙাকখিবনিনা কৈস্থু হায়বা ঙম্মদে। ঐখোয়দি খরা তোনবনিনা হায়দনা হেক্লা পঙশিন্নখিনি। মপামলোমগী কনানো' মা লুহোংদৌরে নত্রগা ক্লবক মীতিং তৌদৌরে লম্বেল শেমদৌরে হায়রদি বন্ধান থম্বগী কোইচেন চৌল্লি। চাককৌরমদায়দনা মরৈ খরা য়েংশিন্না সমাজ শেমদোক শেমজীনগী নিয়ম-তুয়োমগী ব্বা খরা ঙাংশিন্নরগা অতুম লৈ-থোকখিনি। হৈগ্রবা অনীনি। ঐখোয়দনি অপঙ তাদৌরিবা!

রাশস্থ চা লালুপস্থ কা। শীংথানবীবস্থ নত্তবা। মহোয় মহোয়না ফৌ তাই-তাইদনা চাবা ঐখোয়না চেঙয়েন শোংপগী ত্বকান মমাঙ তুবৎ শম' চৎ ঙমদ্রে।

ইবোতোন— ইবেতোন নঙগীত্থু, নঙগী হৌনবী মরী-মরী ইশম শমুবীত্থু তৌরকএ; অতাবা ঐ ভাব তারকওইদৌরে। থবক কাপ্রো ফরে; জোংগীতাগী ছুটি থাব্রা?

ইবেতোন—য়েংগীতারা তৌদোং কীতারা বন্দ তৌরি। তৌদ্রস্থ কৈনো চাবা ঙন্নবা দখিনাগী পৈশা থিনবা থবক চত্রস্থ য়ারে।

ইবোতোন —নঙ অসিদি! (*'উঃপ) ফরে চো, চা লোনরো; খোয়দৌনা খোয়দৌ লংখৎপনে তাইনবক তোকনি।

ইবেতোন—কার তাইনবা, কনাদা তাইনবা! করিগী চা কনাগী খোয়দৌ করি ··· !

(অত্থুম শাউনা ঙাংথহোবা। ওপথাথবা)

ফ্ল্যাশবেক লোইবা

ইবেমহল— অত্থুম চেঙ্গরকএ ঐ। মত্থদগী দাই অত্থুম হনখিবনা ইচাস্থ কেস্থ কৌরগুমসিরা হায়না খল্লে।

ইবোহল— নঙাদি কৈস্থ হায়বমদ্রবা। থোক চঙদনা খরা শেংদোক্লরম য়াদ্রো। মহোয় মহোয়বু শেম্মে, থবক অমমমস্থ তৌহল্লে; মাগী-মাগী মপা চাবা তোলোপ চারে; মচে ময়াম অমা মথং মথং লুহোংঙে, মাবুস্থ য়াঙ্গোল অমা তিংদনা লুহোংবিরে, থবক ফাওবা লৈত্থনা পীরে। খঙমন্দে হায়রানি মহোয়বো!

ইবেমহল—মুপা, ইনাও অসিদি কৈস্থবু হায়জদেনে, অমসিনি য়াম্না ঙাং ঙিসে; তুকা কন্না থিরিসে। মৌ অসিনি অ-ও-পা কন্না শারিসে।

ইবোহল—শাবা হৌনবনি ; মৌগী হৌনবী ওইরমগনি। মৌ লৈবা, লৈ-মিন্নবা ইমুংগী রারীনি ; অনৌবা অঙকপা রারী নত্তে। নিং-ঙোনগী থৌদোক থৌরমদা মৌ য়ানশিল্লকপদি আ—লাই হাক্তুক্তুগীনি হুমীৎ থানা পাল্লিমখৈ লোইরোইদবা লীলানি ; মহালীলা হায়ত্নি মেলানি।

ইবেমহল—মৌনি হায়দনস্থ মান্নদেদা। এখোয় ইবেয়াইমসি করি হায়বা তাগেদো। অমা হায়রে য়াই ; অমা তৌসি, ফৈ। কৈস্থ হায়জদে। থবক ইজ্যাও তৌজদবগী খরখিৎ নোপ্লপ তাই হায়বনি পুকচেল অত্নম চাউথোকই। লৈ-লৈতে থোইনস্থ হায়জদে। অত্না লৈকাইনা, নুপী মরুপ্না কাবনা মাবুদ তান্নে। সেক্রেটবীগা চিয়ারমেনগা মানদা ওইরিসিনি। ময়ামগী সেবা তৌরিসিনি। চরাস্থ হেন্দে, অহেনবস্থ পান্না উদে থোক-মোকস্থ য়াওদে ; সাইকল অমগা পঙচত্তা চংলি।

ইবোহল—মাব লুনা অমা তোংবা উইদা, অমা লৈরবা কৈনো।

ইবেমহল—মাই নত্তে. মপামগী মৌপাগীনি। থামুক্কী মমাঙদা নুপী মরুপকী শঙ শাবগী হাওসী অমা তৌখিবদো. এখোয় লৈ-কাইদা, মত্নদা ফাওবনেয়ে। নেশা বন্দগী করিনো থবক খরা চেনগদবা লৈ হাযদনা মঙানি তরানি লৌকবানি।

ইবোহল—নুপীনা সমাজ সেবাদা চেন্থোক চেনশিন তৌ' লৈবে নুপা অসিনা রাজনীতি য়াওই শঙদে য়াওদেস্থ খঙদে, পাইজমা অমগা রেষ্ট কোট অমগা পঙচত্তা চৎলি। যুম্না মচা নুপা অনীসিনা কোই' লৈরে। সমাজগা লৈবাক্কা তোংনবিঙৈদা মচা অনীসিনা কম-দৌরি? ভাব তা নদি উই।

ইবেমহল—এ, তরুন অনিদি ভাব য়াম্না তাইবো। লাইরিকস্থ য়াম্না পাজে। অতোম্বা রাজু অসিদি জোং-কাননি। লাইরিক্তি মাস্থ ফৈ। মপুবোক্কী মনাত্তা চঙত্না হেক হেক হংবা উই।

ইবোহল—লাইরিক লাইস্নুগী হাযবদি থৱায় যাওজগ্রবনি অহলসে। মস্নু-স্নুপী মেমী অসি—

(কাপ্প থাখা, তোগ্রোন খোংবা খোঙ হাংবা-খিংবা)

ইবেমহল—তো, ইচা লাকএ—ইবেম্মা!

মেমী —(চঙ্গকপা) ইমা, বাবা।

ইবেমহল—(হঙ্গাউবা) চঙ্গকও, হাই মৈগা ওকঅব্রো?

মেমী —ওকএ ওকএ।

ইবোহল—নশমতুদি ইবেম্মা।

ইবেমহল—ৱাংবা তেনগৎলমাল্লেনা ইবেম্মা নঙদি।

অহল —হাই, শো'সি লৈবেসে লৌশিল্লু। বেম্মা নপোৎ-নচৈতু মাঙ্গোন্দা লৈবেহৈ।

মেমী —যাবে পুপু।

অহল —ঈরু মাযথবগা পোথাবো। হাই তপ্পা ভাব তা-না তৌহৈ, হাথুগল্লু মতম লেবি। (চৎখ্রব)

মেমী —খঙডে পুপু। এৈনা খোকপা তৌবগে।

ইবোহল—কেনো? কবি অমুগ চথদোরে মহা পণ্ডিত অনীবো?

ইবেমহল—লাইরিক লাইস্নুগী ওইবিনি মহোয বাবানা চঙঙু য়াবোইদা!

মেমী —চৎনরোনগী ৱা ওইনা তৌবে হন্দক্কাসিদি ইমা। অঙাংখৈদি কদায-কদায চৎনব্রে? পোৎ যম্না লৈবিবকই।

ইবেমহল—অদাই অবুক্কা তেঙ্গোল অমা লাকুনা হংঙম্মবনি—লাক্ত্রিবা, যৌবক্ত্রিবা, হাযদনা। ছুটিনি হায়দনা শান্নবা লোইনা চৎনব্রেনি। নন্দোমচা তোম্বাগী মচাতুদি লৈবা উই। ঈরু-মায়থকবো, চাক ঈশিং চাথোকও সে—।

(মরকী যন্ত্র)

**( অঙাং থবা লাঙবা। বম্বুলা ময়াম পোকথারবগী মথোল। অঙাং ময়াম নোকপা লাউবা হৱাওবা )**

মেমী —( **মুংশিনা মেৎপী মঙং** ) হৈ, হাই, তরুন, নোবো, জোন, বিমলা, রা হায়গে সে, য়েং-ও—

**( লাঙবা থক কষিবা )**

মেমী —সে, দীপানিতা হায়দি কো, মৈগী কুম্মৈ হায়বনি, মৈ পরেং পরেং ঙাম্না থানবগী কুম্মৈ। মৈ থানবদি মুংদাংদা অমম্বদা, অমম্বদু কোকুবা ঙাম্নবা থানগদৌনি। বম্বুলা থাবদি য়াদ্রে হায়দনা ঙরাং লাউখিতু তাদ্রো। য়োল্লবনিনা লৈরুরে ময়াম থানরে নহোয়স্থ অমনি থাগেস্থ থাবো ফরে, অতুগা মুংদাংদদি থাগদৌনি। থাবস্থ স্থমাঙদা, লমহাংদা তু-আদগী পুথ্রি ময়া অসিদা। মুংথিল পোবোপ অসিদা থাবা তৌনদে। মাঙোম্দা শঙোয়দা স্থকয়া য়াদে। কদায় নহোয়না পায়রিতু পীরকউ ঐ পায়শিনবিগে, মৈকাপীকাদো। অতুগা হোরেল মুংদাং ঐনা খবা অমগা লৈরগা—খরা নত্তে নহোয়না পায়রিদো অতু পীশিল্লকঅদি অতুক য়াম্বা অমগা লৈরগা পীগনি। ( **অঙাং হৱাওনা লাঙবা** ) অতুগা, তাখো, থাবদি হেক মমত্রি ফাওবা য়াদবা; থাবস্থ অহাঙবদা। কদায় পুল্লপ সিদা পীররো, লৌথোক্লগা লোইনা থম্মো, ফুরিংখাওদা অমত্তং হেক থাক-হৌবদা হোরেল ঐনা হাপকদঘতু লৈদ্রে। হো, চুম্মৈ, তরুন মঙগী জেবতপীতুদি,—অঁ জোনগী ফুরিংখাওতু তোংউদা, ও। য়ারে য়ারে—। ফরে শাম্নরুরো। হেক মম্বদা লাকদবা ঐ ঙাই' লৈরমদৌবা। ( **অঙাং লাঙব** )

ইবোয়াই—( **একাগাড়ী মথোল** ) ইবেম্মা, মেমী কৈনো অঙাং লাকইব্রা। মঙদি হন্দক্তি নোয়বা ফম্রেহৈ, তনাপ-তনাপ্লে। কয়াম কুইনা লৈবা হন্দক্লা?

মেমী —কাকায়ায়, হন্দক্তি কুইরোই, অশোমদা ট্রাইক মথং-মথং লৈবত্‌দা থোরকপা জাৎনি, ইন্দোমচা য়াইদি ?

ইবোয়াই—খঙদেনে ঐদি। হল্লক্লিবো, লৈত্রো ?

মেমী —কাকায়ায়গা চৎমিন্নদবোইরে ?

ইবোয়াই—কদায়' চৎমিন্নদগে। ঙসিদি মানা হাল্লি থোকখিবা।

মেমী —কাকায়ায়গা ইন্দোমচায়ায়গা পঙচত্ত চৎনবীত্নিনে, হান্নেদো ?

ইবোয়াই—হান্নেত্নি মেমী। লাইথেৎ অমনা নন্দোমচাত্ লীলা অমা য়াওখৎলকএ। হংচীৎকী লীলা অমা পানখৎলি হায়দনা চাবা থকপকা চঙদ্রে মা।

মেমী —লীলা হাযদি, ড্রামা ?

ইবোয়াই—হোয হোয় ফম্বাক লীলা ড্রামাকা হায়কন্নু লীলা- ত ! লীলাস্তু য়াদবনি পার্টিত্—ফম্বাক-কুম্মৈ হায়যু।

মেমী —এ ! ড্রামাবো ফম্বাক কুম্মৈ ?

ইবোয়াই—ফম্বাক কুম্মৈ। কুম্মৈদা ওল্লে নন্দোমচা হোয়গী মুপী মরূপ্তো। ফম্বাক কুম্মৈ, সুমাঙ কুম্মৈ, জগোই কুম্মৈ, সিনেমাবুনা মমী-কুম্মৈ ; লোইরে কুম্মৈগী কুম্মৈ ঙাক্তা, কুম্মৈ তাদোরে।

মেমী —ইন্দোমচাস্তু ফম্বাক কুম্মৈদা শরুক য়ারিবা ?

ইবোয়াই—লীলাদমক্তি কুমদমাল্লে, অশীন-অরাঙগী ৱা ওইনা তৌই ; নিংঙোল চাককৌবা মুমিৎসিদা নিংঙোল ঙাক্তনা শান্নবা কুম্মৈ অমা অহানবা ওইনা পুথোক্কনে'য়ে মুপীগী থিমদা—মুপী য়ুমফম ওইবনে'য়ে। য়েংউ নঙস্তু। হংচিৎ অসিদি শো অহুমলা মরীরা থম্মি হায়বনি। মুংথিল পুং অনী অহুমদৈ হৌদোরি হায়।

মেমী —ও, য়াম তৌর'জাং ওইরে। মতুদি য়াম্না ফবা জাংনিবো। অতু, পার্টিগী নিংঙোল ময়ামতুদি চাককৌবদি চংনদ্রে অতুদি? ইন্দোমচায়ায়স্থু চংলোইদৌজাংলা?

ইবোয়াই—খঙদে, চংকনি হায়বা থাজদে। ময়ামগী ফননবা অমা তৌবদা মায়পুনরদি চত্তবস্থু ফে। অতুগা মেমী, ঐখোয়গী চাককৌবা-কৈদৌবা 'কায়না চহী হেক খুদিংগী তৌরিবসি কাকাদি, খরা তোকপস্থু ফে হায়না খল্লে। ঐখোয়গী লৈবাক অসিগী কুম্মৈ অসি য়াম্মনখ্রেনে। খরা ককথবস্থু ফরবনি; য়াম্মনখ্রে। চহী অমগী মন্নুংদা অমুমুক্তনি হায়দনা তৌরিবা কুম্মৈ ফিয়োং অসি থা কাংশিল্লক্রেনে।

মেমী —চুম্মী কাকায়াই, ঐখোয়গী ইনাংকী নত্তবা ঐখোয়না কোইনপ নপতুনা লৌশিল্লরিবা ময়ামসি পুমকক ককথংপা নত্রগা হম্ব-হনবা চুম্মে। ফরক্তা মন্ত্রী হিয়াং হেক তান্নবগুম্বা, পার্টি অনৌবা অমা লিংখৎপগী শঙ্গাবগুম্বা অদগী দিমোক্রেসীগী মিংদা থা অনী-অনী, অহুম-অহুম হেক খুদিংগী মীখল অমগী নত্রগা অমগী মমিংদা ভোত খোম্নবগী তৌনরিবা লীলা পালা, শেনবা চহীগী লোইরকপদা পাঙথোক্লরিবা সেমিনাব সিম্পোসিয়মগী মিংদা চাকচা হৈজানরিবা ময়ামসি তোকপা নত্রগা ককথবা ফে কাকা!

ইবোয়াই—হাই! নঙগীসি মবৌ লৈবা আরগুমেণ্টনিনা মেমী। ৱাহৈহু নঙগী পুপুগী স্থর অমা চঙই। নঙ ৱারী শাবা নুংঙাইদৌরি। নপু হাইবপ চঙই। হা করি হায়গে মেমী। ফস্মুনে।

মেমী —মরৌ হায়বু কাকায়াই, তোকঅস্থু অতৈদ তোকসি ককথসি নিংঙোল চাককৌবদি তোককুমসি হায়বগী ৱানি।

ইবোয়াই—মরমদি?

মেমী —চহী অমগী মমুংদা নোংমত্তং, নোংমসু ফাবপোং নত্তে অমুক পুত্ত ৯/১০ দা লাকঅগা মুংথিল পুত্ত ৪/৫ দা চৎথিবা, পূম্না পূং ৫/৬ তং মমা-মপা, মবুঙ-মৌপ্বা, মচে-মনাও পূম্না উম্নদনা, তোঙান তোঙাম্না নৈনথ্রবা ময়াম অহু হায়্নগী ইমুং অমত্তগী, মখোয়তগী ওইনা উম্নবহু চুমত্রনে কাকা ?

ইবোয়াই—চুম্মী উম্নবা চামিন থকখিন্নবা কায়দে, ফজথ্রবা য়ানি। মসিদা ঐনা হায়রিবদি মেমী, চহী অমসিগী মথুংদা মুকউনমক উম্নখিদ্রবা, য়ারী শাবগী মতম মুককং ফংখিদবদি ওইখিদেনা ! মমা-মপা, মবুঙ মৌপ্বাসু চৎলুই নিংঙোলসু থবক অমগী নত্রগা অমগী লাকই— ।

মেমী —খংনদ্রুনসু, শাউনরগসু লাকথোকই ; চুম্মী।

ইবোয়াই—ত্তো, মনিপুরদদি নোংমা ফানা চৎকদবা লম্বেল লৈতবনিনা অত্থুম মুয়াক্ররি, চত্থোক চৎশিন তৌনরি। চহী অমসিমা মপ্নামদা অমুক্তা চৎলুদে হায়্না য়াখক্লপা ঙমগদবা নিংঙোনসি মৈত্রবাক অসিদা তাঙগনি মেমী। কেক-তা তৌবা য়াদবা মচুপ থজিক পৈনবদা মরম চায় খঙদে চাদে খঙদে ফিরোল অনী-মরী থোক য়োম্মপা থাদবী মচাহু থোক পোখৎলগা ফৎ-ফৎ হেক্তা চেনবা লমজেন য়াঙথ্র য়াঙথ্রবা নিংঙোল-মৌ মশীং য়াম্না লৈথ্রপোৎনিদা মেমী।

মেমী —মমা-মপা হেক্ক ঙম্মক্তবা, মবুঙ-মৌপ্বা মশেন হেক মুকথাঙ্ক-নরক্লপা চিংনরকপা মত্তাংদসু য়াতেম্বগী করিগী চত্তবা য়ারক্তদনা চংনবসু কোঙ্গায় লৈব্রি কাকা।

ইবোয়াই—চুম্মী ; হোঙবু হোঙথ্রবদি মচুপ পৈনবগী মপাম অমুক অনীরক্তা ওইরসু লাক্তবা নিংঙোলসি মেমী মৈত্রবাকসিদা মুকলৈবু লৈরম্মোইদা।

মেমী —লৈমিন্নরবদি শাউনদবা খৎনদবা ঙম্বা হৌনদে। খৎনরদি অঙম অঙম্বদা তাইনরে। মুপানা ঙম্বনিনা মুপীদা তাইনরে। মুপীনা মানা ঙম্বা অমা তৌবা ওইনা মপাম চৎনরে। মরম কয়ামুক্তগী চহী অমদা মৌনা মপামদা চৎলি চুম্মী কাকায়াই।

ইবোয়াই—চৎলদি অহুঙাইদনা, মবুঙ-মৌপ্বা মমা-মপা অহুম উন্নরিহুনি।

মেমী —মহুগী উন্নবহুগা চাককৌবগী উন্নবগা য়াম্না খেন্নৈদা কাকায়াই। নিংঙোলশিং অসি য়ুম অসিদা পোকপনি, য়ুম অসিদা চাউজরকপনি। মমা মপাগী মনাক্তা পীক্লিঙৈদা মবুঙ মৌপ্বাশিং, মচে-মনাওশিংগা চাকথোংবী, লাইধী, কথেনকাবী, ইতা লাকপী, ওম্বোক্লা নুংঙাইনা হরাওনা মকা লাম্না শান্নজরকপনি। য়ুম অসিগী অশেংবা মেম্বর অমা ওইজহুনা অৱাৎ-অপা লৈতলাইরা পূন্নমক হকথেংনবা য়াওরকপনি। মরক্তা লাকপহুদি অখন্নবা মরম অমগী য়াম্না চিন্না তঙাই ফদনা লাকপনি— লমলানবী অমা ওইনা লাকপনি। চম্না শেংনা মকা লাম্না ৱারীৱাতাই শারুবা শংবা নত্রগস্তু য়াবা নত্তে। মনম্মা কয়া মচনমনিং কয়াস্তু লৈরিবনিনা মীতোপ্তা মীতোপ অতাক্লননা ফিদা থাহুনা ফম্বগী মওংদা অহুম লৈরি।

ইবোয়াই—হায়বদি মনম্মা মচন কয়া লৈবনা নহানৱাইগী য়ুমগী লনাইগী অচিৎ-অকোম ঙাংন-শান্নবা য়াদে হায়বগী ৱারা নঙগীসিবো মেমী!

মেমী —হ! মহুগী ৱা নত্তে। য়ুমগী মৌ ময়ামহু মাগী মাগী মমা-মপা মবুং-মৌপ্বাগীদা চৎখ্রিবনি অহুগী ৱাহুদি। ঐনা হায়বদি করিগুম্বা অখন্নবা অকক্লবা ৱাফম অমগী লাকপা নত্তনা চুম্না চামিন থমমিন্নহুনা ঙাইহাক ৱারী-ৱাতাই শাহুনা হান্ন হান্নগীগুম ইমুং অমত্তগী মখোয় মশেল ঙাংনীংবা হায়নীংবা

পন্নীংবা তৌনীংবা কয়া অপনবা নীঙাইবা লৈতনা মবুক্লিং তেংনা ৱারী শাজে নোকমিন্নে হরাওমিন্নে অহুমস্থুবা মীওইগী ওইবা রাখলনা অপনবা পীবগী মতাং পুমকাউ কাউথোক্লহুনা ঙাহাক-তংদা ওইরবস্থু মকা লামিন্নে হায়বগী ৱানি। মপা মমা মবুং-মৌপাগা অচুম্ববু ওইরবস্থু অরানববু য়াওরবস্থু ঙাংন শান্নদনা য়া-য়া তৌজেদনা। অপেনবা কয়া পেন্দবা অশাউবা কয়াস্থু অত্থুম পঙঙাং মঙাংনৈ পঙহায় মহায়নৈ। মতুনা তুং কোইনা চংনবা য়াগদবস্থু পঙয়াও য়াওবা নত্তে।

ইবোতোন—(খংচঙ চঙলকপা) অতুদা মেমী, পেন্দবা অপনবা অপেনবা কয়া মথং মথং ঙাংন শানবকপতুদনি কায়থরকইসে।

মেমী —ঐ-মা, কাকামচা লাকঅবোবে। ঐ ইন্দোমচাদা হংঙম্বনি।

ইবোতোন—নঙনা হেক থোকখিবতুদা ঐ থোঙ্গান্দগী উবনি, নন্দোমচানস্থু হংঙম্মী হাযবতুদা নঙগী কারোমদা চংকে লাকপদা তায়াইগা নপা-নচা ৱারী শাবা তাবতুদা সোমদা লাকঅবা; মাঙ্গোন্দা ফনা কুইনা নঙগী ৱারী তাতুনা লৈরুরে। ফনবু হুংঙাইরুরে ইডুকেটিব ভেলু্য য়াওগুমস্থু তৌই অঙাংশিংগী এসে ইবদা কান্নগদৌবা য়াওই নপা-নচাগী রারীদা গ্রীন রুমদা স্থুম লৈবম্বদগী লীলা অসি ঐস্থু য়াওদবা য়ারক্তুদনা চোংথোরক-অবা।

ইবোয়াই —লীলাগী ৱা ওইবদি নতৈময়াইগী পর্মিশন লৌরব্রো, মানা হুইশেল খোংঙকঅব্রো?

ইবোতোন—ইতৈময়াইগা ঐখোয়' ননাওনুপীগতু পাকথদনা ফম্মিন্নহৌই করি করিনো মখুৎ ও মশা-ও ৱারী শাহৌরে। লীলা ঔরাই রিব্রা কৈনো!

মেমী —মতমগী হায়রবদি কাকামচা চাককৌবগী ওইরম্বা য়াই। মতমসিদদি মতুনা টৌক ওফ ডি নেশন ওইফম থোকই।

ইবোয়াই—চুম্মী, ঙাগী মেলা তৌরে-তৌদে ; টিঃ ভিঃ সেটকী ডিস্কাউন্ট অস্তুক য়ৌরে-য়ৌদে ; সনা হন্দোক্কনি-হন্দোকওই—অসিগুম্বগী সীজননি। করি হায়গে মেমী। নঙস্তু ঐখোয় অহুমগীদি ইচা নিংঙোল কোকহল-লাইহনননিনা খঙজিলহৌবা ফবা।

ইবোতোন—খঙবদি ওখাক্লা খঙজিল্লম্মে ইচাস্তু, ঐনা লুম্মগা তাহৌববু ফজবা য়াওরে। মসিদা মেমী কাকানা হায়রিবনা ; নঙনস্তু হায়খ্রে মবুঙ-মৌপ্বাদা ফ্রিলী হায়রকপত্থদনি, তায়াইনা হৌজিক্তা পনখ্রিবা টিঃ ভিঃ সনা—মসি দোখিনাদা হাপকদবনি হায়বগী রা হায়রকও ; কমদৌদৌরি ?

ইবোয়াই—চামিন থকমিন্নবগীদি পঙয়াম য়াম্বা ওইরোই, ঙা মথেল কুন ফানা তৌনবা লৈবা নত্তে, মী অমনা কিলো তরা-তরা চাবা য়ারোই। লুশিল্লকইবদি, হ ! ঐখোয়গী রা নত্তে ঐগীসি, জেনরেলগী রানি ; ফ্রিজ; টিঃভিঃ কার—হেক মতৌবা তারগদি মওংতু চাককৌবগী কুম্মে অসি ক্লোজ তৌবনা য়াইফবগী মওংদা লাকঅনি, হ ! সমাজ সেবাগী রাদা—

মেমী —কাকায়াইগীসি দোখিনাগী চৎনবী অসি হেনগৎলকএ, ফত্ত্রে, ওনথোকসি নত্রগা মুৎথৎলসি হায়বা রানি— ?

ইবোতোন—একজেক্লি, চুম্মে মতুমক্লি।

মেমী —মসিমদি চুম্মবনি। অউনপোৎ পিবদা দন্দি পানবা ওইনা চৎনহনবদি স্তুকচুম চুম্মোই। থিংবা নত্তে চৎনহন্দবা চুম্মী। থিংবা হায়বসিদা নম-হাবগী ফাঙম লৈ। ঐখোয়না চৎনহনবনিনা ঐখোয়না চৎনহন্দ্রগা লোইরে। ঐনা খনবদি কাকায়াই, ঐখোয়না অপাম্বা অফংবা ঙা মথেল পীজবদৌনা দোখিনাস্তু

ঐখোয়না পাম্বা তৌবা কায়দে। দোখিনাগীদমক্তা চাককৌবা লাকপা নিংঙোল লৈবা হৌনদে।

ইবোতোন—হু-হু! মতুম্মু হায়রুবা য়াদ্রি। হন্দক্তি টিঃ ভিঃ তৌগদৌনি; হন্দক্না কার অমা তৌদ্রবদি—কা-য়না ঙংবা ঐ তারবনি, মেমী। মপা মমানা কোয়লাঙ লাঙবস্মু য়াওনগ্রবনি।

মেমী —মতু অঙম্বা মমা-মপা ওইরমগনি। মরল-মথুম য়াম্না লৈবা থবক ইঙ্খাঙ য়াম্না চাউনা তৌবা, মচা নিংঙোলনা অমখক্তা মঙায়বগুম্বা; হায়বদি কবিগুম্বা মওং অমদা টিঃ ভিঃ, ফ্রিজ, কার অতু ঐখোয়দা লুপা মঙা-তবা কুনদৌনা লাইরপ থোকপা অস্মুমায়না থোকপা মীওই শোয়দনা ওইগনি কাকা। মতুদি অঙম্বা মতোয়গীনি। দোখিনাদি অঙম অঙম্বনি – মাগী মাগী পাঙ্গল থৌনাগী মতুংইনবনি। অকরুবা ঙমখৈ অমা লৈগদবা রা নত্তে। ঙমজদবনা তৌদবদা কবিস, কায়বা নত্তে।

ইবোতোন—দোখিনা তৌদবদি য়াব্রদো কৌরবদি।

মেমী —তৌনিনে কাকামচা, তৌরোই হায়দে; লুপা কুন-কুনদং তৌবগা লোয়রে, ঙমগদবা লৈরগা লীশীং তৌনি। ফনেক অমমমদি লৈবা ঙম্মিদনা লুপা অমনিনা?

ইবোয়াই —অতু ফাওবা ঙমদবা, ঙম্মোইদবা, লৈবা তারবস্মু পুরগা লৈরুবা তাবা মপা-মমা মবুঙ-মৌপা লৈরিদা মেমী।

মেমী —মতুদি ঙমফম থোকই। মচনগী মচেগী ইন্নফী ইনবা য়ারা'মা কবি'মা লৈবা ফাওবা ঙমদ্রবদি মচানিংঙোল থাজদবা তাই মচল লৈতবা তাই; লৈরগনা মবুঙতু নত্রগা মৌপাতু নিতুনা চাবা তারে নত্রগনা লুপী মপামদা লৈখিবনা হেন্না ফরনি। চাক্কৌবদা ইন্নফি অমা ফংজবা; অমুক চৈরাওবা লাকপদা খুদৈ অমা, মোজাফুরিৎ অমা, পুজরকপা; তরপনদা হৈ-রা

থিনজরকপা চৎনবা তাবনি। চাককৌবদা কার ফংখিবা নিংঙোল অহুনা চৈরাওবদা জীপ পুরকপা ঙময়গনিনা। পুম্ন-মকতু পুমতোক তোকঅগা ঙা চরা অমত্তং লাদা হাউনা চামিন্নবদা করিস্মু কায়দে কাকা। দোখিনাদো রুমাল অমমম তৌরথ্রগা লোইরে; পৈশা য়াওদবা তৌহৈদে হায়রগা লুপা-চপ্পি হনত্রিক হনবা ঙৌরোক ঙৌবা অমমম মথক্তা তোংহল্লগা লোইরে। ওঃ কেঃ অহুম য়ারে।

ইবোতোন—মহুদি ঐখোয়দি চোপ্পেনে, অহুম য়োল্লেনে হা, মেমী।

মেমী —চোপ্পগী য়োনবগী রা খল্লকইবদো, অহুনদি কাকাহোয় রুমাল অমা লুপা অমদগী হেনবা ঙম্বা মীনি হায়বসি সমাজনা খঙঙে অসিনি। ঙমদ্রবদা চোপ্প-চোপতবগী রা চঙবা নত্তে। কার দোখিনা তৌদবদা কনাস্মু চোপ্পী হায়নরোই; স্মুকহায় হায়ন-রোই—ইস্ফালদদি।

ইবোতোন—নিংঙোননা হায়বা য়াওরক্লবদি।

মেমী —ঙম্মোইদবদা হায়রক্লবদি নিংঙোল অহু মপামগী য়েক্লবনি; সমাজগী য়েক্লবনি কেপিটেল পনিসমেন্ট এৱার্ড তৌবা য়ারে। সমাজ লৈরি। নত্তদনা ইমুংগী চফু-উয়ানগী ঙুং-ভাংদগী পুঙৌ ফনেক অমা ফাওবা দখিনা তৌদবা তারগদি, চাককৌদবা মপামগী মী অহু ম্যুজিয়মদা থম্বা ফরে।

অহল —(খোদেম্নগা খংচর চঙকপা) অহম! নো-নো; নোট ইন ডি ম্যুজিয়ম— অরিপোৎ লোয়শঙদা নত্তে; হিংলিবনিনা জুদা, শায়োকশঙদা।

ইবোয়াই—তো, ঐনা বাজী মাল্লি হায়তুনি।

অহল —শায়োকশঙদা, কাখল অমদা তোপ্পা ময়াম্না ইরায় লায়না তাপ হেক উগদবা মফমদা থমগদবা—। চাককৌবা পাস্থাদা ময়াম য়েংননবা।

মেমী —অদগী 'পুপু ময়েক অঙাংবনা থেংকদবা 'ছূপ চাহ্‌না হিংবা তাইবং'

ইবোতোন—থম্মিঙৈদা ঙসাইগী দোখিনা থোবা 'নিঙোন্দুম্ব থমহোবা ফত্রা চাক্কৌ নোংঙাল্লগা শেল ইতিং তিংদনা য়েংননবা ?

মেমী —ময়েক অশংবনা ইতুনা থেংপা য়াই—'জীব চাবা উরী'

( মখাম পুন্না নোকমিন্নবা )

মামহল —( অখামবগী অহুম চঙলকপা ) কৈনো অসোমগী য়ুমজাওদদি তুমীং-ফাও' পাইহৌদ্রে, ময়ায়গী অসিদা পুল্লঅ নোক্নরিসিবু করি লীলা ওইববনো ?

অহল —অ, ইবুংঙো লাকইত্রা।

মেমী —মামহল, ঐ লাকএ।

মামহল —মাম ঐ লাকচবি। আই মেমী ইমৌ য়ৌরকঅবোইরে। ইমৌ লাকপননিদনা ইমুং অসি ইবাং লাঙডিবা।

ইবোয়াই—ইবাই'ঙো সোমদা, চৌকী লৈরে।

মামহল —ইবাই ফম্মবোই। নশেন অতোম্বনা চাককৌ' বার্তোন তৌরা চংখিবা ঙরাং মুংদাংরাইদো। অতুদা নতৈমা অহননা কুমশিদি লাকঅরোই হায়রকএ'য়ে।

অহল —মরমদি ইবুংঙো ?

মামহল —মাম, মরমদি হায়রক্কবা। অতুদা অনা-অয়েক য়াওত্রা, করি অচিনবা লৈববনো হংবা লাকইবা। য়ুমজাওদা ঙাইহাক কৌ-রুরে, অমত্তা লৈরমদে। সোমদা য়ারী তৌনবা তায় হায়দনা চঙলকপা। ইমৌ লাকপসিনা ওইবা তারে।

মেমী —ইমানা চাককৌ' লাকওই হায়বগী মরম্নো মামহল ?

মামহল —হোয়নে।

মেমী —ঐ লাকপগী ওইরম্মোই মামহল। মরম কৈম্ব লৈতে ইমা চাককৌ' লাককনি শোয়দনা লাককনি ; চাবা শোয়দনা লাককনি।

ইবোতোন—ঙাইখোনে মেমী নঙনা হেক তুপথোকপত্নবু— হোয়েল নমান-মুক মরম অতৈ-অতৈ লৈরমদনা চৎপা ঙমদবা তারম্মদি ?

মামহল —হোয়নে, নম্মাগী মচিং মত্তাদুগা। অঙাং পীশক ওইরিঙৈদৈনি মামা নমৌ ইচল অহল অসি মানা নীংবদা তৌরকপনি, থিংঙু লাকউ য়াবা নত্তে; ঐনা হেক ফুবিবিবনা অঙাং পুংকক ওইরিঙৈদা।

অহল —হোয়নে, ইবুংঙো ইচানুপী নতৈমা য়াইমদুগা ইমৌ অহল অসিগা ওন্থোক্লা মান্নথবদুদা ঐনা মাবু ইমৌ ওইনা উদে নতৈমা য়াইমদ্ব ওইনা খল্লি। য়াঙাং-শাঙাংফাও হেক মান্নে।

ইবোয়াই—ইচানুপী মেমী অসিস্থু ইচেহ্ পুরা হৈজিল্লবনি মসিনা ওইবা তাযযে ঐখোয় বাক্কীনা ঐখোয়' মেমী লুনা তৌরিসে।

মামহল —খঙই ইমৌ অসি মপুনা লুনা তৌই।

ইবোয়াই—লুনা তৌবাইবু ইবাই, মেমীনা হায়রগা লোইরে। হৌজিক্কপু মস্থনুপী হনুরবীসিগা চাক চামিন্নরিনে; চামিন্নরি। লৈখিদ্রবী ইচে 'অদুগস্থু লৈশাবী ফারকাও চামিন্নরম্মি।

মেমী —য়া লোইবে, হৌজিক্কা ঐনা হায়খিদুনি; নহানবাইগী নীংশিংবা হৌনরকইসিনি। মসিদি মরীক মচেৎ অমনি ওসীন লৈরম-খিনি। মামহল ইমা শোয়দনা লাক্কনি।

মামহল —লাকঅবনিনা হংখির্বাদি চুম্মী। নঙস্থু লাকউদনা মেমী ?

মেমী —ঐদি লাকওই মামহল।

ইবোতোন—মরম খঙবিব্রা ইবাই'ঙো ? ( নোক্লংনা )

মামহল —খঙদে।

ইবোতোন—ঐখোয় মেমীদি দোখিনা পামদে লৌজরোই 'সিনি।

মেমী —মরম ময়ামগী মনুংদা অমগস্থু লৈরি মামহল।

মামহল —করিনিনা ?

মেমী —মীগী মচীন-মৌপ্‌া মচে-মচনগী ঙাইহাক মকা লামজবদা অপনবা পীদনবা। অতুনা ইমাস্থ মুমীং অসিমদি নিংঙোল ওইনা চংখিগদবা যুমদা মৌ ওইনা লৈশিন্দবা তাবা। চাক চাবা চংচরোই হায়ববস্থ যুম অসিদি মুংথিলগী পুঙ মঙা ফাওবা থাদোকপা তাবা। নিংঙোলবু মবুঙ-মৌপ্‌া মমা-মপাদা শিন্নবম্বা থাদোকঅম্বা তাবা।

মামহল —ঐ ভাব তাফাওে।

অহল —ঐদি তাই ইবুংঙো।

ইবোয়াই– বাজীবুদি তাদদি। গুরু ফবনিনা পরুরাস্থ ময়েক শেংনা ফবে। অছবু বিহর্শেল খবা রাংমাল্লে মবক্তা লংকে তৌবা য়াওবকই, লংপমক্তি নত্তে। লীলা যাওবা যাবনি।

ইবোতোন—ইতৈম-যাইমগা পাটি পুনবা যাবনি।

মামহল —মতুনা হেন্না তাখিদ্রে ভাবসি।

ইবোতোন—ইবাইবু, ঐদি ফজনা তাজবে।

ইবেমহল —( অয়ানবগী ) হাই ইবেম্মা

মেমী —ঐ সোমদা লৈযে ইমা। মামহলহোয়স্থ লাকইএ, লাকথো-ও।

ইবেমহল —কনা, নঙগী মামহল— ( নর্কশিন্নকপা ) ঐ-মা তাচৌ। কৈনো ময়াম তৌবম্মিসিদ্দি। ( ভাব তারকপথোনা খজিক নোক্লগা ) ও। ঐ ভাব অমা লাকএ, ইবেম্মগী মঙংসিগা মথুবা অনীগী মও অসিগা মীফম অমা চথবমদো মাল্লে।

ইবোতোন—মানি ইতৈমা, মীফম লোইবমদাইনি রারেপকী মতাং য়ৌরম্মে।

ইবেমহল —এ, ঙসিগীসিদি ঙন্না লোইদা, ঐখোযগী অসোমদদি ঙরাং অহীং নোংশোয়বা অমা চঙই।

মেমী —ঙরাংগীতুনা প্রজা ভাব তাবা খরা রাংপা ওইনা তৌখিবননি। ভাব তানবা লেকচবদা খরা শাংখিদনা তৌবনি। ঙসিগীদি

লাইরিক লাইস্থ হৈবা বুদ্ধি লৌশিং চপ চা-না লৈবা প্রজানিনা মতম ইচঙ চঙদে। অসিগুম্বা প্রজা ঙাক্তা ওইরবদি লৈবাক অসিদা প্রজা-লৈঙাক্পা করিগী হঞ্জানগদগে। হ! মসি বট-টরিংগী রাদি নত্তেকো কাকা; অচুম্বা হায়জবগী রানি। রারেপ তাবদা মতম কুইনা চঙদে হায়বগী রানি।

ইবেমহল —নঙগী রারেপস্থ রারেপনি। নঙ বাবানা ননেশিংগী দোখিনাগী লৈরকইবা ফি অসি অমুক্তা য়েংঙরাও হায়রি। অমুক্তা য়েংউগে নঙ' বাবাগা খন্নরুরো।

মেমী —বাবানা লৈরকঅদি য়ারে। মসিদা নিংঙোল অমা ওইদৌরিবা ঐগা খন্নদ্রবস্থ য়ারে। মামহলনা হায়বা লাকইসি ইমাবু খঙঙব্রো?

ইবেমহল —খঙঙে ননেহনগা থেংনরে কৈথেন্দা।

মেমী —ইনেহনদি কৈথেন্দা কৈদৌরস্মিবা ইমা খঙঙকপ্রা?

মামহল —চাককৌবগী অহোং-অচাউ খরা য়েংনি হায়দনা থোকহৌবনি।

মেমী —হ! ইমাদগী তানীংবগী রানি। ফরে অত্থু ইমাস্থ চাক্কৌবা চৎলদৌবা নত্রা?

ইবেমহল —হোয় ইবেম্মা ঐদা নত্তে নন্দোমচা অনীস্থ চৎচরনি।

মেমী —কৌরদবু লাক্তে-চত্তে হায়ব্রো। তো মামহল ঙসাই ঐনা হায়জবদো, ইমা লাকঅনি। অত্থগা মামহল দোখিনা চাউনকা পুরকঅদিনে ইমাসে ঐনা চঙহন্দ্রে।

মামহল —য়াম্না তৌরক্তুবদি হায়বরো?

মেমী —য়াম্না তৌরকঅদি হায়বা।

মামহল —ঐ ভাব তাফাত্তে।

অহল —ফরে ইবুংঙো অহল ইবানী থোকপ্রসি। মহোয় নহাবোল হোৎনহৌরসন্নু।

মামহল —নঙ লাকঅদবা নত্রা ইবেমহল ?

ইবেমহল —লাক্কবা য়ারব্রদো।

মেমী —অদুগা মামহল, দখিনা যাম্ব-যামদবগী রাদো কাউনিকো!

মামহল —ভাব তারে, ভাব তাবে। (থাপক্তোকথিরা)

( অরোইবগী যন্ন ).

# তরুণ খোংনাং চাউথোইবা

## চঙগদবা খোঞ্জেল

( থোকপগী অহান অকোনগী মতুংইন্না )

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| থবীজাও | — | নুপা | চহী | ৫৫/৬০ |
| তোম্বুং | — | নুপা | ,, | ৫০ |
| সখী | — | নুপী | ,, | ৫৫ |
| চরোয়ম্বু | — | নুপী | ,, | ৪৫ |
| হৈরোন | — | পাখং | ,, | ২০ |
| থেম্বুং | — | নুপা | ,, | ৪৫ |

# তম্বাঙ খোংনাং চাওথোইবা

অহৌবগী যন্ত্র

( মীনিল। কার, রিস্তা, একাগাড়ীগী মখোল। লাম্বা মাইকতা মখোল মরী শঙেবা থরা লাউবা তাবা )

থবীজাও—( লাউরগ ) কৈনো ইবুংঙো তোম্বুং, মুংশা শাগ্রকানসিদা কদোমদনো ? লাকখোনে, উরুমদা ঙাক পোথাখিসি।

তোম্বং —( একাগাড়ী মখোল ) কৈনো তা থবী, তাদস্মু ইনে সখীগী খোংনাং মখোঙ অসিদা পোকম ফম্বা য়াওরব্র কৈনো ?

থবীঃ—কৈনো সারনা হায়বিরিসিবো কালেন মুংশাগী মুংশা ঙাক্তা ঙাইরবা মতমসিদদি ঈচে সখীগী খোংনাং মখোঙ অসিদা চীংথবী ঈশিং-তীংবসিগা উমোরোক য়াল্লপ তৌবা থুম অসিগা চাবদি সার লেমফুদগী খুয়া ফাওবা জীং-জীং লাউনা ঈংবা জাৎনি।

তোঃ—হোয়নে মুংশা মরক অসিদা ইনেগী খোংনাং অচৌবসি মনা শিল্লবা কৈনো উরুস্মু ওম্থোক্লা লাংঙম্মেনে। করি হায়গে ইনে !

সখী --ইপ্বা ইবুংঙো ইচেনবু পোকম হেক ফম্মুববা, হৈগ্রেং তাইরেন কনাগী কেগে ফাওবা মনা হেক্তা শিল্লি।

তোঃ—হোয়নে নোংথাংমৈ লোয়শঙগী কাঙবুনা লৈখাদা পরীং পুবা য়াদে হায়দনা মশাই হেক ককপিবদা তোঙনাও থেংঙুবদা লেপকং কং-দোরবা সনা খোংনাং হনুরবা অসি ফাওবা কালেনগী মৈশা মরক অসিদা মনা কয়া পুঙঙবগেদো ! শঙ খন্দ্রবস্মু য়ারেনসে।

সখী —এ ! করি খনবা ইপ্বা ইবুংঙো !

তোঃ —হ্ ! পোকমগী শঙ খন্দ্রবস্মু— শাদ্রবস্মু য়ারে হায়জরিবা।

থবী:—হোযনে অদু ওইবিনিনে। কদাইদগী ওস্তোক ওস্তোকপা, হৌজিক্তা বসন্ত পেকেট-পেকেট তীক্কদৌগী-কবিগী হৌনরকপদা ঙাইবিঙে-সিদা খনবা খোৎপগী ব্লাখৈবোল পল্লকপতুদদি নাকোং অসিদা পুঙ-ঝানগী মখোল ৎাবকউবে যাম্বদি। ফম্মনে অদৈ কৌতা অচৌবতুদা, রুমাল থাগেরা, অদৈ লা অকংবতু হেক থাবো।

তো. —যাবেনে উব্বাসিদা হেক্তা হোৎনবগে।

সখী —হোযনে ইবুংঙোহৈযগী লোযশঙগী কাগী চৌকী অতুদগীদি উব্বতুনা ঈংগনি। সে, সে ফদীসিনা কস্তোক-ও ফৎ ফৎ। (**কপ্পি ফৎ-ফৎ**)

থবী:—সে থবীসি মস্যং অমা পাযযু, থুম-মোবোক 'সি লৈবে।

তো.—যাবে তা থবী, এদি কৈ মহী ওইনা লৌজবগে। ইনৈমা সখীগীদি হৈ মহীসি ওইবে—। হাউজগে ফোঙ-ফোঙ হেক শাবদনা। হৈমাং অশিংবা মনমস্তু হাইবপ নম্মী, মঙ্গে থীংপস্থু মাল্লি, হৈজামপেৎ মকমক তাউংম কবিগুম তৌবদনা, লিক্লি গ্লাসতা হৈবকপদি মচু অশি উবদনা কিক নাক্কে লৌই। মনমবু নুংশি-থ্রেমনি ইতৈমা অতীংবকা মচীনকা মাল্লি। কদাযদৈনো, ইতৈমনা শেম্ববা?

থবী:—মানা লোইনা শেমড শাজবিবনি। অসিনস্থ ফবনি, পুক্লিংস্থু চিংন-দবা। অতৈদি কৌতাদা হানবতু থকউবদৈ অঙাং মযাংলেন চিংথেকএ, চেগী উপ্দা হাপ্পতু চিংঙ্বদগী অহল হাইথবে লিক্লিগীতু তংঙ্বদগী মশম কোকলে, হা অতু তৌবে অদা ওইবে— ব্লা থোক্কবিবা। (হৌ হৈবগা ংপোন) নতৈমসিগীদি অতুই ব্লা লৈত্রে থুনা ওইনা মপান্দা মখুম-নুংখুমগা খুমজিনদবনিনা অতুম মশক উবিসিনি। কযা শেংনা উবগেসে। মচুদং বিভুলা চুবপ তৌবগী ব্লাদনি মনমগী ব্লাতুদি নাতোন নাম্মতমক মেল্লগা অতুম চিংঙবা যাবনি।

সখী —ফববনি তাদা লমসিগী হৈ মহী-মবাং অমা ওইনদি ওখাক ফববনি। খোঙহাম-খুৎহাম যাম্না পোবনি। হৌজিকসু অদু হেক ফানবা লোইবগা ইপ্‌াগী লোযশঙ তম্না তোংচিনখো গাড়ী মুংলি ইচেহোয শঙঙমগে।

তোঃ —অ। হৈদি হৈকবমালে হৈ অসি ত থবী ফানহৌবগেবা ?

সখী —নযাম্বগীদি ঙসাই ইচেনা পোং হেক থাবকপগী অদুরাইদগী ওফিস মনুং হাইবপ চঙঙ্বগা সোই তৌই হাযত্র তৌদে হাযত্র হুৎ থোবক্লগা ফমদনা চাখিবসিনা চীং থবী অহুমগা তম্খায সুবে, নুমিৎ হুম্নি মবীনিদি চৎলনি। নত্তে পোম্বুং নহোয কাত্বু ফমফম লাকফমগা লৈ লাক্তব্রনে ?

তোঃ —কবি রানা হৈমা, পেংপেৎ লাউবীকা থাবদনা ঙাথফমগা হাপ্পদনা উহবা মুংঙাইথ্রবা ফমফম্নি। মথক্তা ফেননা মবোল অমা, সনা লৈবাকপি মুংঙাইকো ইচেমা, শাখ্রবা কানসিদা মলযা মুংশিংনা হিমালয মগোননা কেদৌনি।

থবী —মতুদা ঐসু মেজদা মায টুপশিল্লগা তুমদোখে তুমমম্মগা বাবদনা তীংগী যাংগীবোই কবিবোই থোবকপনি। পুঙ মবীমথায তাদ্রি হাযদনা ঙাই চাইতুনা থবা মেৎ'চাবম্মিবনি। ওম্ফোকপা লোযশঙগী কানি পোম্বুং হযাম্বতোংগীসিদি। হেক কাবকপগা ঙাইহাক্তা উকবোন পোগে হাযবকা যা লাকাপোৎ নত্তে, থংনবা কা অতুদা লুদো নীকখিবসিনা উংাথবসিনা, লাউখিবসিনা ওলেস্পিককী ক্রিকেট শীংনবদা ঐখোয' লৈবাক্না ব্রিকেট লাখ মাপন –

তোঃ —মতুনিনে পা থবীজাপ ঐনা যানীত্রিবসে। পা থবীহোযগী ওফি সাবতু কৈদৌ লৈগে ?

থবীঃ—মাগী কাতু কুইববনি হাঙভিবা মতুদা শাম্নবসু মযাবনি তুমজবিবা ঐখোযদসু অপনবা পীদবা।

তোম্বুং—কদায় চংখিবা ওফিসারনা ছুটি-মুংতি— ?

থবীঃ —ছুটি লৌবা য়াত্রনে মী ছ্যাটি চংখিববো। থা য়াম্মে ছ্যাটিদা লৈবা।

তোম্বুং—করি ছ্যাটি কদাইদা— ময়ুমদা ?

থবীঃ —তোম্বুং নঙসিম্বু, ৱাংবদি পঙহেন হেন্রে হায়বু চাউরকখিদৌরি ; ৱাংলি। ৱাংলি হায়বা। চহী কয়াদি মুরে থবক চঙবা ?

তোম্বুং—কুইদ্রিদা। ঐগা চঙমিন্নবা কাঙবুদা থরদি একষ্টেনশনগী করিগী ই-নবা নোম্নবা হৌনবগ্রে ল্‌প অমা শেম্বা হৌনদোরে। ঐগীদি ঐগী সার্টিফিকেটতা চহী ইবা মপান্নুদা হৌখিবা ঈশিংচাউবা অহুদা মৈনা ইকোয় কোয়না চাকথোকখিদনা মহোয়গী অা মথকলোমদা নোম্নরি। কৈদৌবা ঐবু চাউরকখিনি হায়বদি করিগী। তা থবীহোয়গী ওফিসারগী ছ্যাটিগা ঐগী চাউজন থীবা থীদবগা কম্নি মরী লৈনরিবা ?

থবীঃ —হ ! মরীগী ৱা নত্তে। ওফিসারগী ছ্যাটি কায়না হৌজিক্তা ইনৌ নৌনা পায়খৎলকপত্নুদা নোক্লিংঙ্‌রবা। ঐখোয়গী ওফিসাবদি নহোয়গী অহুমায়না সসপেন মুংস্পেনগী কারবার তৌদনা নোম্ন খোৎনদনা শেন তানবিবা মী নত্তে, ছুটি-মুংতি লৌবিবা মী নত্তে। মতম পুম্নমক্তা মথৌ ছ্যাটি। ছ্যাটি ইজ ছ্যাটি। মশাগী ছ্যাটি মী অতৈদকা তৌহনবাইয়ে ! নো ! পুঙনো নো। ছ্যাটিগী মতাংদদি ঐখোয়গী সারগুম্বদি ঐখোয়গী অম্বায়দদি, অম্বায়দদা নত্তে, অা— কোন্নুংগী ৱাদি খঙদ্রেকো, কোন্নুংদি তমজনফম্নি কোন্নুংলোমদগী লোইনা তম্নরিবনিদনা কো তোম্বুং, লালত্রা ?

তোম্বুং—অশেংবনি কোন্নুংদা ট্রেনিং হেক হেক থাবরিবসিনিদনা অহুই ৱাদি। অহু কৈদৌরবা ?

থবীঃ —কৈদৌবাইদি— করি হায়খি ঐবো ?

তোম্বুং—তাদহোয়গী ওফিসার ভরসেস (vs) ছ্যাটিগী মতাং।

থবীঃ —ও ! য়েশ। করেক্ট। ঐখোয়গী সারনা মশাগী হ্যাটি মশক খণ্ডনা তৌবসি কৈনো, থা মরী-মণ্ডা স্থূরে হ্যাটিদৈ হল্লক্রিবা অতম হ্যাটিদা—

তোম্বুং—কোন্নুংলোমদা ?

থবীঃ —নত্তে আ— চাংথোঙ ময়াগী ঐখোয়গী পিঃ এঃ ইবেম্মা অতুগী ভারাদা লৌবা য়ুম অতুদা !

তোম্বুং—হে-রা ! ওঙ্খোকপা অতুগী হ্যাটিতুদি কংচা পুণ্ডকং কংচা। ঐখোয়গী সারদি সসপেন হঞ্জিল্লো হায়, মসিদি লোয়শঙগী অঙম্বা অমা ওইবগী অধিকার শা-থীনা শোকপা রানি হায়দনা রায়েন লোয়শঙলোমদা রাতানবা চংথিবা চহী অতুম স্থূরে। মী হন্দক্কী সসপেন্দদি মীরৈবাক্কী কার অমা নেংহৌগনি হায়দনা খীং লৈরগা থা তরা-কুন্দা ঙাইরিঙৈদা থোক হঞ্জিল্লো হায়রকই হায়দনা মৈ হৌরিবদা।

থবীঃ —এ ! নহোয়গীতুগা মায়ওন খেন্নরে। ঐখোয়গীদি মদোম্মদা চঙবী-পোং নত্তে মতুদি মাগী ওফিস কাদৌনা করিস্থু ওইনা লৌবা মী নত্তে তোম্বুং। মতুনকা হেনবা য়ারোই ঐখোয় ওফিসারদি লম-লম খুদিংদা, লৈকাই লৈকাই খুদিংদা লিংখৎলি

তোম্বুং—করি লিংখৎলিবা ?

থবীঃ —কান্নপোং নওে সেবাগী মওং অসি শাকথোকউরগা নহোয়' ওফিসারদা হায়রু খোৎলুদনা মতৌ তম্মক তাক্কনি। মী ঐখোয়' ওফিসারদি করি করিনো। নুমিত্তা থৌনা ফবগী মনা ফংবগী ওইনা কন্না লিংখত্তুনা লাক্কজরি জাংনি। ঐদবু ওফিসারহোয়গী য়ুমগী ইতৈম্মন অতুনা তাকপিরকপগী লাইবক ফদনা খঙঙকর্পানি অরোনবা সেবানি মাইগে শীল্লে স্থূদোরে— লিংখৎলকইবা।

তোম্বুং—কৈনো হায়বনি তাদহোয়গী সারতুনা লিংখৎলিবো ?

থবী. —হো, সোন্দি পুজা, সোন্দি। হৌখিবা থাতুদা মাঙপ্রে মাঙপ্রে খবা থিসি হায়দনা থিমিন্নক্কববনে মহোয়গী ইতৈমা ইবেম্মতুগা। ফৈজোম ও লাংঙবা-ও তৌদনা সোন্থি শোন শৈবম্মে।

সখী —তাদহোয় ইপুাহোয়গী মবীমখায়সিবু তরুক হেল্লপ তৌবকঅবা 'সি । মচী লেঙড্রিসিবু থিবা খোৎপা লাক্লবোইদ্রো, তাদ-হোয়গী পিসাবগী অতুমায়না।

তোম্বং—চীংথবী খুৎচা-লাকচাগী হায়রুববদি তা থবীজাওহোয়সু সমাজ সেবাগী কবি কবিনো লিংখৎতৌ মাল্লিকো। থিবা-লাকপা চৎমিন্নসি হায়বকতনবো ঙৈোন্দা ইতৈমগী মখোঙ ময়াঙ অতুগা।

সখী —এখোয়দদদি থিবিবদবা সিনি ইচেনা খুকমজবিবসে দিবা-নিসিদা।

(লংপুং পুঙ তরুক হৈরুপা তারুপা)

নচিন-ননাও লৈহৌখ্রিদ্রা ইচেগী পোৎ অসি অমুক্তা হাইফেত্তা থোঙ্গৎলকউ ইচেদা।

তোম্বং —ফনি। (শংগ) ঐ-হা। কৈনো ইচেগী উপু অসিবু ল স্মিদা। তা থবীহোয়গী লোয়শঙগী কেবানীগা তীকশীন্দনা হাপ্পব্রাই মী।

থবী. —ইয়াম্বদি 'সি লৈহৌইবে। তোম্বং নঙস্থ উবিদনা। ইবেম্মা যোবো।

সখী —ফনি দাদা হয়েংগী অতুম ঙাক্তবিহৌবো।

থবী. —ফনি ইবেম্মা ঐখোয় ফিসবী ফম্বা লোইববনিনা হরা চাবগী অতুম শমথহৌবগে. হয়েংগী ঙাইবা ওইনা।

সখী —(চৎনা চৎপা) ফনি হয়েংদি ইচাশিংগী বন্দ অমা লৈবনিনা ঙন্তা অতুম ঙাইবিবম্মো।

তোম্বং—(শংলপ) হোয়হৈ। হয়েং অমা লৈনে। অস। কমদৌনি। চুম্মিনে বন্দ লে ঙসাই লাউবম্মীনে।

থবীঃ —কবিগী, কনানা কৌবিবা? ঐদি ওফিসাবগী কাতুদা তুম্মুবিঙৈদা তাহৌদ্রে। কনানা কৌবনে'গে?

তোম্বং—হেরা নহানরাই নুংশিংকীরা মৈগীরা ঈশিংগীরা কৈনো থবক লেম্লিগা ফন্মীগা তৌদনা চীংখোঙ ময়াদা ষ্ট্রাইক তৌই হায়দনা তৌরমদাইনে-- চবা হেনবদো ?

থবী: —হাই অতুদি পাৎ মপান্দনি ; ধারা কয়া কয়ানো থুগাইরে য়ৈখাইবে হায়দনা ফান পুনবগী কুম্মৈ য়েংবা চৎলুবা নুপীমচা নুপামচা খবা ফুরকই হাযদনা তৌখিবতু নত্রো ?

তোম্বং—হোযনে করফু্য য়েংবা চৎলুবদা লক্কবকই হায়বগী রাথোক অমা তাশিবদো অতুবো ?

থবী: —অতুইদি লোইনগ্রবনিদা। মী ওইববোই নীংদনা ফুকবগা ঘন ওইবমে হাযদনা রাযেন লোয়শঙদা সাদী সাবোন পুশৎনদনা তৌবদগী মহোয মাঙলুপ অনী-অক্তমতু কেথেনগী ইমা-ইবেন-শিংনা সমজাই-খোংচাইদনা অতুম তেশিন্নগ্রবনি লোইঙ্গ্রে অতুদি , অতুই ওইবম্মোই।

তোম্বং—অতু ওইবদি খঙদ্রে। পুঙ কয়াগী বননে'গে তবা-কুনগী বন্নাউসি শেনফম অমা শঙদেনে পুঙ ১০০/২০০ গা কনজাউ কৌবনা কৈনে। নওে মাযগৈ অনীমক্কী মফম অমা খঙনা কান্নৈদনা—মহোয়স্মু এখোয়স্মু। ষ্ট্রাইক, বন্দ, কবফু্য হরতাল কাসি তা থবীজ্জাউ খবা লোয়বা কৈ। লগাউ হায়রা নৈত্রে, চিথেখেলা মুৎখ্রে, শগোল লমজেল চেনফম নৈত্রে।

থবী: —চুম্মীনে অতুবদি লুদো হাযরা শযেংসি হীগা য়েনমখৈ খীঙগা য়াম্না মাঙথোকপস্মু ঙমদে, ফংঙবস্মু শেনফম খঙদে।

তোম্বং—লাঙবস্মু মহানি ষন্নাউদা ক্রোবনাউবী অচৌ-অচৌবা যানবদোনা নুপা থোকপস্মু য়াদে।

থবী: —এ! অতুগী ইনাও তোম্বং য়াইহৈ! এখোয়গী ইমৌশিং অমা কারিনে মহৈ লোয়শঙনি হাযব্রা কৈনে। অমদা। মপামগী মনম্মা

অমগী ফীগে অতু থাদোকউবে হাযদনা ঙুং-ঙাং ঙুং-ঙাং তৌনবা তাই।

তোম্বং—আই লুদোদবু অতুগুম্বা ফী-বোল চল্লি হাযব্রো ?

থবীঃ—হে-বা। এখোয' লোযশঙদদি নহানন্নাই চিথেখেলাদা লৈহৌবা মচুগী টিংজিংতু থাংনখিবা যাওবে লুদোদা। যাবেক্লবে হাযবা তারি।

তোম্বং—ই-হে। ঐ যগী লোযশঙদা লৌনবিবা সুমাইনা মহৈ লোযশঙদস্ত অযুক নুংথিলদা ভুম্নবম্মনি।

থবীঃ—কদাইদৈ ভুম্বা শঙনগনেদ। তোম্বং, অযুক-নুংথিন্দনা থিকাগী কবিগী,—ফম তৌই হায, কবি-কবিনোগী এজেন্ট ওই হায কোযচেন চেন্নদনা ঙাইহাত্রা শম্বীফম শঙনেদা লৈনপোৎ নত্তে। থনক চিন্নগ্রপাংনিদা।

তোম্বং—মহৈবোয ইচা ইনাংশিংদি ? মহৈ নমদে।

থবী—ভুম্বা শঙপোং নত্তেনে মহাযসু বন্দগী-নুংগী চে থেৎতোক থেৎচিন্দা চনাং ইন্নবিবনি। অদী চৎপগা প্রেসবী মীওই উন্নবা খোৎনবা ফোঙবা ফোঙনবা ইমাই ঐগী হচানুপী যাইমদো—

তোম্বং—নাথবী তৌদনা মশক ফজবী, মবৈ লৎলৎ খবা তৌগুম তৌবী বদাইদনো মপান্দা বৰিদা ভম্মুই হাযদনা— ?

থবী—হোযনে মমানা কপ্পনে চবাহেনবনে তৌদনা ডাক্তব ভমদ' যাদে হাযদনা বাক-লুংজু থাপমখৈ খনহন খোৎহন্দনা থারুবদো থোবকএ, হদাযদনা চীংদবা পাংতবা নৈবা ভমফম অমদা মমাগা মিং চল্লবে হাযদনা শম্নিযে, চহীমুক কবিমুক ফাবে নোংমতা চৎলুই হাযবা তাদে মীশংগীনি হাযদনা পঙচত্তা চৎলি তরুক্লিগা ইপাহচা মশক-ইশক উন্ন'পোৎ নত্তে।

তোম্বং—কবিগী মীতিং ?

থবীঃ—মমানা হাযবু মীখলগী চৎপনে'যে—

তোম্বুং—ওই! মীখল? কৈনো মীখন্দি অমা লোইখিদা ঙাইরিদাইনে?

থবী —হে-রা, ইনাও তোম্বুং নঙস্থ! গণতন্ত্রগী মীওইনিকো নঙবো! মীয়ামগাক লৈঙাক্তদি মীখলগী মীখলমক্তনি। মীখল মপী, মীখল-য়ায়, মীখলনাও, মরক্কী, থাদক্কী মরককী ময়াইগী মতাইগী, লূপকী শঙলেনগী, মায়গেগী লৈকাইগী ইমুংগী, লোয়শঙ, উশঙ, রাশঙ য়োংশঙ মীখলগী মীখলঙাক্তনি মীখল লৈঙাক্কী থবক হায়বু মীখলনিনে তোম্বুং!

তোম্বুং—মহৈ-মশিংনা কনানা কনাদা কদায়দা চথরবা?

থবী —সেমিনার, কনফরেন্স, পোলিসিগী কাঙবুনা মহোয় মশেল আ—অরাংবা কা মন্নুংদা। মহোয়গী খন্ন-নৈনবগী লৈখায় ময়াম অতুনা মায়চৌ মায়নৌ কয়ানা ফজ-ফজনা চাউন-চাউনা ইথোক নম-থোক্লগা লাইরিক পুক্কৈদা চেংনা নীংথিনা হিদাক লাংথক চাইদনা লীদনা থম্নরি। মমল য়ামথ্রবা ফথ্রবা-ফজথ্রবা পুয়া ঙাক্তনি খোঙনা খূৎনা শোকউ য়াপোৎ নপ্তে; ফীজী ফীনানা হুমখি লাকখিনি হায়দনা য়োংকী উপুদা শো মরোন-মরোন লোন্দুনা থম্মিবনি।

তোম্বুং—অতুদি ইচা ইনাওশিংদি পাদ্রে? লাইরিক পাদ্রেনে?

থবী —করি পাদনি! অতুক রা-না লাল্লক্তা চৈ-স্নুং মৈ মরক্তা মথরায় খুবাক্তা হাপ্তুনা শিন-খোত্তনা পাস তৌজরকঅগবু অচৎপা ময়েক খরতু শীজিন্নদে হায়ব্রো! ওস্থোক ওস্থোকপা! তোম্বুং নঙবু খঙমন উমন্দেদা! লোয়শঙগী লাইরিক পুক্কৈদি করি কান্নরি। পান তুকানশিংদা, লাই য়োনফমশিংদা ফার্মাসী মচা-মচাদা খবর য়োনফম কয়াদা পিননা চেংনা ফাজিল্লদনা মখূমদা ফজ-ফজবা লাই য়েকঅদনা লোনফোঙদা পৈনরিবা লাইরিক ময়ামতু কৈদৌ-ননবনো; পানবনে পানবা; মতু পাথরিবনি।

তোম্বং—ই—সে। লৈবাক অসিদি চেল্ল-মাঙজোঙদা আ কদায কদায য়ৌরম্ম'জাং ওইরে। মা ওইবনি লৈবাকসি।

থবী —ওইরনি নত্তেনে তোম্বং ওইববনিনে। নঙদনবু লৈবাক্কী ঈবাং পলাংসি ইযাও যাওদ্রদনা ভাব তাদ্রবনি।

তোম্বং—ঈবাংসি তা থবী ননাওসু যাওজনীংইবনি, হোৎসু হোৎনজবিবনি। অছু চুশিন্নে হাযবা ইযা যাদবা মাথং হেক্তা যুক্বা। মঙানি তবানি শেম্বং নৈদনা হরাগাড়ী থাফমদা চোংঙ্বে শেন ইতা তাদে। কম্লাক চাকঅগদা তোকই। নীলানি হায়দনা অমুক ফি বোলবা নৌথোব খোত্তোক্তনা মুক্তনা খোত্তনা তৌকরে, ওমাযবোক নাম্তোক্কে লৌই। মীনা লৌনৈ হাযবা শাদনা লাইরিক লাইসু ইবিমনি—ৎেমিমনি হাযদনা পাকথরুবে, ফোঙফাত্তে শেক্সপীযাব নত্তেগা, কালিদাস হৌগৎনেগা, অমুক্তোইনা নৈনবা মায়নৌ ম যচৌ মাথুই ময়াম অতুনা মহোযগী নৌবী-যুম্ফম কাদা লোয়রঙ শীংখোং শারুতুঙাই। ব্লড প্রেসব কাংদ্রিভৈদা হাযদনা কৎাম থারে অতুম তোকএ। কেদৌনি। কৈসু যাদে। লেঙনবা লৌবনি

থবী —খঙঙে ইনাওগী পাবা খঙে। ঙাইখোদনা তোম্বং খোঙঙ্পতদি তোংশিল্লকখিগে। খোঙঙ পনেইনা তৌবিবসিনসু থা লোইবকপগী অসিদা নংহৌবোইদৌগম্না খুনীং অসি মযা কাবে'সে। ইন্দক্লা কনা চাবগবা।

তোম্বং—তাদগীদি খোঙলোমদনিনা লোত্তনা খোত্তনা হোৎনবা মযাবি। ঐগীদি যা অসি পোইলা তাবীথবী মতুংদা পুন্ন। থিল্লগে হাযদনা, মীগা বাবী ব্লাতাই শাবা ফাওদা লুখম হেক হেক ওনশিন্দুনা হোৎনববনি। নহান তাং ২৪। ২৫ অতুবাইদৈনি ঐনা ব্রশ পায়রক্লিবা ঈশিংনা প্রুক-প্রুকতা অতুম হোৎনরবা।

থবী —করি কৈদৌববা নযাছু যাবাই হৌববো—অত্থক নগা ওইনা ?

তোম্বং—হ ! য়া কৈস্থ তৌবা নত্তে , মী শাযদেকপা অত্থম যাথিনি ।

থবী —কৈদৌবা ?

তোম্বং—থা ত্থাম থবা কনশিল্লকপগী অসিদা ওইবে টুথ-পেসকী কৈনোছু মীং নাকাসি ঈ কাবমথৈ মেৎপসি মেৎপসি, য়া অসিনা মাগী ফুমাযগী কোঙ্গীন অত্থুদা চাকপসি চাকপসি থবং তৎপনি ! অছু ফাগুবদা বিন্দু অমকাগু থোবক্তে ।

থবী —হে-বা পঙভিদা মৈথেৎ মক-মৈথেৎকী মকদো , মনিং মমাঙ ওন্তোকঅগা মচীন্দুদা ঃপা থিনজি , থিনদা থিনজিনবা ; কোৎ-লুন্থ ইকাইবা রানি . ন্থপী অঙাংদস্থ হায়কল্ল, তোলোপ্পা মনা পাক্তক তৌবসি মপুন মপুন, পোননা মবোন অমা হায়দনা ইনাওশিং ইশেনশিংনা মচুব পৈনবিবসিদা ইজ্জৎ মাঙনা রানি , কন্না মেৎলুস্থ চিবউন্ন । মক্কদো মৈথেৎ - ।

তোম্বং—মৈথেৎ মক্ক নত্তেনে ঐগীদি, লৈ কৈনো তৌনবদো মতুগী মচীন অতুম্বা পাক্কপ তৌবতুনা ওৎলগা কোৎলবনিনে নীনী ভূমনি ।

থবী —ও । অতুদি খুৎ থাবে যাববোই । মতুর্মদি নঙনা হেল্লে । নহানে' ই'দে মতুমা নঙনা লৌশিং তাবে ।

তোম্বং—এ, অতুইদি য়াইফ-যুম্বানগী অঙম-অশৌশিংনা ফানি খোৎকনি হাযদনা কোইতান ত্তানবিবা ননাওনিনা ফনা নীংথিনা পোথী উবে । ঐনা ওসাই থাদনা ফম্মু গায়বদা পাক হেক ক্ষমথিদ্রিদো মবম অমা লৈদনা তৌবিবনি লেপ্পা হৈনখিদ্রবা ননাওনি ।

থবী —অঁ ! কৈদৌববা ? অপোম অতং ?

তোম্বং—পোমদে, পোমদে ! অপোম অতং লৈবা মী নত্তে, ঈ শেংগ্রবা জাৎনি । উববসে কালেনগী হিকোম হিকোম্নবা মতমসিদা ঐগী খোঙ্গাওগী খ্বাঙসি চিন্না উদ্রো ? নোযবা মান্দ্রো ?

থবী —হোয়নে ঐস্থু খল্লম্মীবনি কৈনো ইনাও অসিবু পোইম্নুগী হঙ্গাম-য়োংচাক পাম্থাদা ফাওবা তনাপ তনাপ লৈবনা ; খোঙ্গ াওগী খ্বাং চাদে চিংশিলহল্লিদা হায়বতুনা ঙসিদি ভিঃ আইঃ পীঃ দৌনা পুক চনীং অতু ইম্থোক্লপ লেপ্লিদা হায়দনা ইয়াম্বস্থু মরক মরক্তা হেক হেক য়েংঙম্মিবনি ; কৈদৌরবা ?

তোম্বুং—হেরা ফরক অমা তারদনা ঐখোয় অহনগী খুদৈ অরাংবদো মতুনা পীক্লা চিন্না তাশিন্দুনা শেৎলগা মথক্তা খোঙ্গ াও অসি অম্নুম বোরা ফৌ হাল্লগা চিংখৎপদৌনা ঐখোয় অনী চঙদনা চিংখৎলগা পেন্তি ফারগা অতুম লাকঅবা । ফম্বা-লাকপ-কা য়াপোৎ নত্তে । সোর অসি থক্তা পুখৎলগা হোল্লিবনি । ফুরিৎ হাইগৎ-খোৎকৎ তৌবদা ইতৈমরা ইচেরা কৈনো ইনে সখীতু উথ্র লাকথ্রদি তা থবীগী ইজ্জৎ মাঙঙদ্রাইনা পাক ফমখিদবা । মল্লি মল্লিস্থু তৌ-শিল্লকএ হাইফেৎ য়েংবিগে হায়ব্রা ফুরিৎ তাখৎচৌ হায়ব্রা ?

থবী —অ—অ ! য়ারে, লোইরে তোংশিনবা, লেঙঙসি । অদ তোম্বুং লুরিনে ইচীন্নাওনা খোঙবু ওইদৌরিবসে ।

তোম্বুং—হায়বিয়ু ।

থবী —খোঙঙ্‌পু খুনীংগী য়াকা য়েংলগা ইয়াম্বদি গাড়ী থোক তোংখৎসি হায়দৌরি ; ইনাওনা সাবন্দা ফম্বদা চপ তিংদ্রবদি সোর ফুন্দোক ফুনজিনগী অকি-অখং অমা লৈবনিনা হেন্দল পায়বা লাম ফংঙোই-দৌরি ; ইল্লগা হৱা চাবগী মওংদা চৎনীংগনি । অতুনদি লম্বেনস্থু পঙশাং শাংনা তিন্নবা নত্তবনিনা কমদৌসিগে ?

তোম্বুং—ফরে তাদ থৌগৎপিরম্মো । ঐদি ফম্বা তিংখৎপৈদি লায়রদনা ঙসিস্থু তাং ১/২ নি হায়বা সাদনা ননাওমুপীতু মবুক অতুগা মাঙ্গোল উখোকতেন্দা ঙারগা নোকফেৎ নোকফেৎকা তৌরদনা ঙাইরম-গদবতু শঙ শঙ হেক উরুবদা য়াংলেন অসিদা হুমাং কারগা

নিংথম চল্লি। ঙসাই অয়ুক্কেনি শেম্থম শঙলেন্দা লেপ্পুরিবা অখং-শেন লৌরদৌনি হায়দনা অত্নগা, ঙাইখৈ ঙাইরগা বিল শারমদ্রে। বিল সুবা ইনাওজু কাবক্তে ঊন্নরুগে হায়দনা ময়ুমদা চৎলুবু ঙরাং সুংদাংড় লাইগী-তিনগী মীতিন অম। য়াওরুই হায়রব কৈনো সুমীৎ চপ য়ুংবৈ অতুদা চুরী তাফমদা লোংনা পোথারগা (য়ু ক্লাওবগী ৱাঙাং তম্বা.) থ—বী খোক লকউ চাথেক্কে! ঈশিং অ - শৌবা! থক্কে! কা'য়না লাউহৌরি। মাই ইবেম্মা ইচলশিং অতুনা মচান্নুপা মকোক পাৎপত্নমা কল্লাঙ্গা য়াল্লগা পুম্রী মপান্দা মখূৎ য়ান-য়ানদনা শিল্লোক থীহৌবনি। হৌজিক কাদি বেদ ৪৮ ঙম্বগী শিলোফ লোইরম্বা য়াবে।

থবী —মীগী নহা কে-নজবত্নবু নঙগী বিনানা হৈন্না লুই হায়ব্রো। ঐখোয়গী শেঙ্গংসুবত্নগা শেঙ্গং মুখরুবা থুরাত্নগাদ ময়াম্না নহান্দগী কোইথী থীনরি দাকগাগী হইগা নেক্কনা থিনরি।

তোম্বুং—কৈদৌরবা শেল লৌরুদ্রবা?

থবী —মরী মঙানি মমাঙদা পুল্লপ লৌথমিন্নরুরগা লোয়শঙ লোমদা হল্লক্কবা। তোম্বুং অত্নদি, তাদগীদি ইতৈমনা নোকফেং নোক-ফেংকা তৌদনা ঙাইরম্মোইদৌ জাংনিনে।

থবী —ঙাইবদি ঐনা চঙগ্রগা মাবু কপি। কপ্লি ঙাইরুদৌরিবনি, হৌরেন পুঙ ১০ ২০ কাওবা

তোম্বুং—ও--হো! ঙাইবদি ইঙায় মঙায়নদৌবা ওইরে। অত্নগীনিনে ঙাইবা রাদনবা হায়দন, চীংথবী মরী মঙা পোথা-পোথা চারম্মাসে?

থবী —মানি তোম্বুং চাদবা য়াদদনা, ইরায়থুং অসিগী চারিবনি; থবা উবা য়াবা নত্তে ইয়াম্বা। য়েংবা উবদি লায়রদনা। পনবদা লুকুন

অসি নাদা শৎতা য়েপখৎলক্মীবনি। অদুবু চারিসিনি উ মোরোক নম্মু-নম্মুগা।

তোম্বুং—হোয়নে তাদা লায়নাসিদি খাঙবনা মফরম্নে। খাঙবা তাবনিনেকো।

থবী —ঐখোয় অনীনা খোংনাং মখোঙ অসিদা য়ুম হুঞ্জিন্নবা ঙাই-রিবা। হা?

তোম্বুং—তাদবু।

থবী —খোংনাং অসিনা অমুক মশা-মরেং ফনবা ঙাইরিনি। পীশক পীক্লা হৌরকঅমগনি। ফোয়বু ফোয়দৎপিদ্রবা, হামেংনা করিনবু চাবিদ্রবা কয়া ৱাং চাউরগেসে ভক পামেনসে মশা-মরেংনা কয়াদা নীং তম্না শৎ-শৎ তিংথোকঅদনা কয়া ফজরগেদো। উরুম্না উরুম লাংইবা কালেন অসিদা নুংশা শাই হায়বু কাউনৈনদো। কয়া নুংঙাইরে তোলোপকা য়ুমগা অনীগী মরক্তা লৈবা ঐখোয় ইশাবু য়ৌনা কাউইনদো।

তোম্বুং—বন্দনি ওধিবাস লৈরমগনি হায়বা কাউরেনদো।

থবী —(খংলপ) হে! হোয়নহে! লৈ-না! চৎসি য়োনরসি। বন্দ মন্নুংদা ঙাইরুরগা হয়েং অমুক লোইরগা ঙাইমিন্নসি।

তোম্বুং—খোংনাং মখোঙ অসিদা, কো?

থবী —খোংনাংনা খরখিৎ মচাউইদনা। চাউস্নু চাউগনগ্রপোৎনি। হৌস্নু হৌগনগ্রবা। অদুদি ইয়াম্বা তোংখৎলগে মানা খুনীং অসি—।

তোম্বুং—ফনি। ঐ 'সুম ইনবোই থাংবোই—অহল লমনগী খুদৈ অসিনা মরাক ময়ুং মকা লামগনবসিনা! ননাও ,সুম—।

(মরক্তী যন্ত্র)

(একাসাড়ী মন্দিরা অমদি অতে মশাগী ক্রোক-ক্রোক লাউবা মখোল।)

তোম্বং —( কপ্প শাউরগ ) চখো, হন্দোকউনহে ! কুনফম ইরৈ লৈতগুম্মদনা শিবি কাফম ইখ্বৎফম অসিদা মখোঙ মখূৎ শৎ হেক তিংথোক-অদনা। হূইনেন। সরকাবগী টেন্দরদা শাবা হেক মাল্লদনা মমৈনেস্‌ খঙদে মবুকনেস্‌ খঙদে—ইহে !

চরোয়ন্নু – ( কেৎথা ) হৈ-মা ! লাকঅবোইবে। এদি চা ঙসাইনা থাঙ্গন্তুনা থম্মদা ! শৌরা-কংঙ, ঈশং হৈরা শৌবা তৌদনা কয়া কুইরে। হৈ-রকঅগে ! ফম্বিরম্মো মায়-মীং শাখিদ্রা ! পুথোরক অগে। (চং খিবা)

তোম্বং—ফনি ইবেম্মা কুপানি থং শান্না তৌরগেসে থা হৌবকপগী তারীখ অসিনা চিরি-চিরি শাপ-তনাপ্পিঙৈসিদিদি। হয়েংল্লাই মশীং অনীনা তুমা-তুমা। যবকপগী ইকোয় ইকোয় কোইশিল্লকপা খুজী শাবকপগী অতুরাইদা এইরে নোয়শঙ চৎলমদাইগী বেগ পীবগী লংঙকপদা খোঙ্গাওবী শান্নবুঙদা ফেনা কাওশিল্লকপা বোলগী শাউম অমা চঙঙকইসে। ( হোৎথা, হৌক হাংবা ঙাশনবা, খুব শাংনা হোক্লোকপগী মখেল )

তোম্বং—হ—ম ? হবে হরে। য়ুম হায়বসিনা অচান-অরাক্কী রাখল অসি হেক মফেদো ! সে, বেগ নঙগী মেজ অসি। কুল্লো, নবুক হায়বা ইহাপ হাপ্পে ইযাং য়াংঙে ! নবুক অসি ইথম থনগদবা ইচোন চোন-গদবা নঙনা নয়ারলেনগা কদিগা শপ নপখে চেন পানবা নখা অসি কাথোকপা য়াদো মান্দ্রে। অমনা ইশিং শিংনা লৈগদবা অমনা আ—থাবন চোংবদা থীনগদবা ধোল অমা মমাঙদা য়ানবদৌনা —

চরোয়ন্নু—( ঙৈনা ঙম্মা ; কপ-প্লেৎ মখোল হাইবপক্ক তাবা ) কৈনো কনাগনো রাবী তৌরিসিবো। সে। অথুম্বা হৈনদবত্তুদা চিনীহূব্ব অনীরক থাকথ্রবা কাউরে কুইনা থম্বত্তুদা, অমুত্তা য়েংউ। চানবা ঙসাই অয়ুক্কী পাফোর অয়াইবত্তু লৈ পুরকউরা।

তোম্বুং— অদুদি লাইবি ইবেম্মা চবোযন্নু, শউন অরিবদুদি নচাশিংগী থম্মো। নথংলেনবু খুদক্তা কনগে হিংনি হায়রবদি খুদৈরা গমশারা হোং-দোক্লবা অমত্তা হান্না পুবকখো। ঙসাই অয়ুক নমজিং চিংখৎখিবা খাঙ্গ্র ঙসি অমুক্তা চিংদু ঐ থোকবাদা য়াল্লগা খাঙগে।

চবোয়ন্নু— কৈনো চৌবীদুদা লোঙ্গী য়াল্লিদু উদ্রবো? মীৎ শাদুনা চকুপ-চকুপ, কুপ্পা পাঙজে, করি করিনোগা মুক-মকম শোল্লে উখোঙ-রাখোঙ-লাইকা ওক্লব' জাৎলনে?

তোম্বুং —লাই ওক্লবদি শব কামখৎ, শবা কংখৎ, তৌবগা অদুম মহম্মজখি। মী ওক্লকনসি ওইবে ইবেম্মা সুম কংশিন সুম চপশিন তৌরিসে। উববদা ঐগী শউন বেগ অদু চপশিনখিবসে। মখোয়-মরীল অমত্তা যাঙ্গরক্তে। বিদা সুবা লাইপোক ইবুংঙোদু ওক্লকরে। চুবীদা কৈতৌবানি, হৌজিককাদি তৌবানগা য়ৌরম য়ারে।

চবোযন্নু—হে-বা। তৌহৈ খঙদে, তৌহৈদে খঙদে- লাকও ফম্মবোনে, চাসি থকসি লাক ওনে। চা মনা পাবা থাত্রা য়েংঙরো। ঐদি ঙসাই য'ম' হাউই। ঐস্থ থক্তৌবিমনি। ঙাইরম্মি'নি।

তোম্বুং —নঙগী ঙনিগী সেবা-লাংবাসিব ইবেম্মা মরীক চুম্মিদা! ঐনা ফুবিৎখাউ অনি তয়িং-তয়িং হল্লকইনিগা। দোখিনা পায়-কত্তেনে ইবুঙদি —ফঙক্লে।

চবোয়ন্নু—ফংঙও-সন্নু কৈদৌগে ফং' কান্দা ফংঙগা লোইবে। সে, চা ঈংথ্রে। পাফোবম্মু পুথোবক্ত্রে।

তোম্বুং —( **কপগী মওং** ) অ—স! সোব হেক তোল্লিদা। ইয়ুম হায়-বসিন হেল্লিদা চবোয়—ইহে! চাউবী ( চা চিংবা )

চবোয়ন্নু কমদৌই চিনি য়াত্রা?

তোম্বুং —চিনীগীদি খঙফাত্রি সনা খুৎনা শেম্বা নেকোত্তিন অসিদি শায়বদা য়া খাঙডিহৈ। কয়া হাঙরবা। য়োৎপদা ইবেন অদু

শঙ-শঙ, শঙ-শঙ উইনদো। চা শেম্বা-লাকপকাদি—কদায়দৈ তম্মুই অস্তুক—

চরোয়নু—কদায়দৈনোইবু কৈনো য়ুমদগীনিদনা; য়ুমদগী তম্মকপা। ইমানা তম্বীরকপা।

তোম্বং —হোয়নে মাল্লিনে! খুত্তাসি খঙই হায়বা। নহানরাই ইকুবোক্কী অনাবা হংবা চৎমিন্নরুবা তাদ থবীজাউত্তু ঐখোয় অবোক ইবেম্মনা পুখোরকপা চা অমা থকউবদগী হুম্মিনি ফমশেন্নবা। চা অতুম থাদোকখ্রে। নৈস্নু কুইররোই সেবা অসিনবু মতোয়রবদি!

চরোয়নু—তৌরক অদৌনি! কান্নদবদা। নুংঙাইবা পাউ অমা তমগে হায়দনা ঙাইরিবনি। তা-রবো পাউ অমা?

তোম্বং —তাদদি পাউবুদি; তাই। পাউবু তাদে হায়ব্রো। তাদবা য়াদ্রবা পাউবু কবি তাদনি। তা-রে।

চরোয়নু—হে-বা তাববনে? অশুইবগী তারবো? অনৌবা অঙকপা পাউদুবো?

তোম্বং —তা-রেমনি প্রিয়ে: নঙনা ঐবু থাজদবসি আ—লৈশারিঙৈ শম্বল মরুমদা চুই শাদনা খোংঙুবদা লৈতুমনা থারকখিবা অদৈ হেক হৌবদুনা—

চরোয়নু—করি পাউনো ঐগীগা মান্নব্রা য়েংগে হায়য়ুনে। করি পাউনো, য়েংসে'বা।

তোম্বং —অদুবো— ?

চরোয়নু—অ ঁ।

তোম্বং —হায়য়ুরা?

চরোয়নু—ইহে! শন্না হায়য়ুনে করিনো চুম্নব্রা য়েংসিনে।

চবোযন্নু—( রূপ প্লেট মখোংস ময়ক্তা ) ফাগী নত্তে'মী। ঐবু ফাগী কযাম তৌবা হৈবদনা। তাবব্রো? ঙাংন শানবা হাযন-লাক্লবা তাদ্রিবে। মী' রা রা লাউনব' বানাসদা। শাদ্রিবো?

তোম্বুং —( শকক্ময় হাঞ্জননা ) উম—। অসি—অ মানা, খোংনাংগী মংশাংদা তাবকইবসি, খোংনাং ফেদেকপী। তাবে লম অমনি অসোম ভুবেনপানলোমদা লৈবা, অদগী—সতী খোংনাং—তাবে অমনা খোংনাংদা তাবিবসি—অসি—কেনো অসিদো—হোগাযবীদো, খাংনা হোগানবী। তায, হৌবি-খোংলি হায। যেংবদি যেংড্রি। হৌবিনি হৌসন্নু, সশীস্থ গুইসন্নু হোস্নু হোগাযসন্নু, তাবে। তাববনিনা তাবে। অদগী অমনা—অ—আস খোঙনেম্বী—

চবোযন্নু—হ। শড়ুদ হেনোনি।

তোম্বুং —চুম্মী। হেনৌনি। অমনা—খোঙখোঙ-খোঙশাংবী।

চবোযন্নু—নত্তেদা থত্নু হেবানি—হেক খোঙশাংবী হাযবনি।

তোম্বুং —মানি। তেবানি। অতুদি- অমনা। অমদি—মসি নঙগীসি খোংনাংগীসি মস্থাযদা লোইবেবো, বাবৌবা যাদ্রে। লোইবেনে।

চবোযন্নু—লোইদ্রিম নি। শবঙ রাংলিবা। তবঙ খোংনাং। হৌবে লৈবে হাযবিমনি। তাববনেবা।

তোম্বুং —নঙগীনিবু চবোযন্নু নমীৎ ননাগত্থ শঙ্গদোক্তনা হাযদা। নবুক মতা অতুগা ঐদি হথকপু থক্কৎলুগে শৌই। ঐ রা হাযগেসে। ভাব এনা তাওসে। অদগী এষ্টে ডুদা বেবা মংঙক খরা খিৎ শাংবা যাওব্র যেংঙকউ।

চবোযন্নু—হে বা। অতুমাযনা হাযব ইকাযদা, এ ফাওবা ইকাইনা ফাওই, নচাশিংগী মমাঙদা ফাওবা ইজ্জৎ মাঙবা! ঐনা ঙসাই

চুরুপ উপু অমা—কুন হানবীদো—শোৎলকঅবনি ; হয়েংসু বন্দ—মুং লৈ হায়দনা, সে তু। অমতুম চম্মু ঐস্সু অমুক্তা চিংগে।

তোম্বুং —ইমাই-মাই ! চরোয়ন্নু ! মী তাবম্মোইদ্রা অত্তুদি।

চরোয়ন্নু—অনৌবা পাউদানে'ইনা তৌরিসিবু কনানা তাবিনেইনা ! ঐদবু তানীংবগী তাগদবগী অসাইদৈ ঙাইর্বনি।

তোম্বুং —লোইশঙ কাবা অমগী নুপী কুইনা ওইরকঅবাইসিদদি চবোযন্নু ভাব তাবেনদো, তাবে। হান্নগী নত্রে। মীবোনগনবত্তুদা মুংশিবগুমসিবা হায়না থম্ববনি ফনবু ফজবেনরে নঙসে ইনক্রিমেণ্টনা সাখী। সে মৈখেৎ খেৎলকউ।

চরোয়ন্নু—( মৈখেৎ খেৎপা ) অঁ, কবি হায়গে তৌবস্বা ?

তোম্বুং —অঁ। সুমদৌবনি। নঙনা তাবকইবা পাউসি চুরুপ শোৎপা ঙাহৌ-ঙাহৌ ইন্থোকলুবত্তুদা শরকপা ওইবিনিনে ?

চরোয়ন্নু—ঙাইবসু রারবা, সুম ঙাহৌ-ঙাহৌ চৎ-খোৎপসু ফৈ হায়দনা থোকউবনি। অত্তু কৈদৌববা ?

তোম্বুং —হোয়নে মাল্লিনে। অঁ। 'সুম হায়বনি। তাবু তাগে হায়রবদি পাউগী পাউ ঙাক্তনি। 'রুকারচ কেলিয়ে খেদ হৈ' কাপকে কাপ্লু, 'ঙাকপিগনি' হায়গে হায়সন্নু, কোবিজেন্দম তরেৎলক থোককে থোকসন্নু, হয়েং হংচিং মশেম মথং মথং 'শেংদোকচবা' হায়দনা মুশি-মুশি নমগে নম্মকসন্নু পাউনি মা-মাদনা অত্তুম পাউ, তাউ, য়েংউ। মত্তুদা থোইনা ভক্তি থম্মুন্নু। অত্তুম মতাউ! অত্তুগনে ঐনা জোনে চঙনা হায়দৌদি, চেঙ হোংঙে-হোংঙে হায়বগুস্বা, ঙা পৈরে-পৈরে হায়গুস্বা ; থাধবো-থাধবো, কাবে-কারে ; কায়বে-কায়বে ফোৎলে ফোৎলে, চোংঙে-চোংঙে কা-ইনা য়া য়। য়া তৌরিবা পাউসে

মসে, মনাৈবাক অসিদা চুকপ মথী, য়োংথী, শম্থী' চেথী—অদুমাইনা পাউথী কৌই। পাউথী হায়দুনি। অদুনমে নঙগী, মীগী নোংথক অসিদা খোংনাং অচৌবা হৌবে হায়দনা হায়বিবা, তম্মীবা, পাউদো, ঐঙোন্দবুদি কনা নত্তে সতী মতৈ তোম্বুংনি হায়দনা ওম্মেকে। ফবে অতৈদদি নচাশিং মশম খাকপা য়াও, নাকন নাম্ম ককপা য়াও, নহানবাইগী ইথৌ নোরাগী আর্ক অদুদা। য়াওবম্মোইদবা জীব মানবা ময়াম লৈ রিবদো, মহোৎদা ফাওবা তম্মুন্ত; মমীৎ ননা লাওথোক্তুনা মবৈকাদু চিংথোক্তুনা মমৈ মনাকাদু হাই-হুমদনা হেক নোক-শিনাবরকঅদি নঙ খয়োম থুংয়োম অমুক লাক্কদনা তোক্কনি। নন্দ লৈবনে কবিনে মপোৎ ফংঙোই। চো-চো চাক মে থাগৎলুরো। মোবোকমেৎপা মহাদু হৌজদ্। ঙনাই অযুক্কী চাগা অদু অমুক্তগা হনসি চামায়গী চেঙমীৎতুদি অদুম য়াবে।

চবোযনু—লাইমা ক্লুংশিদে! হইনহেক হন্নুরদনা অফবাগী অমত্তা হন্ন-খোৎন য়াদে! নোকেম হায়গ্রেম্মদনা! কদায় চুকপতু মহাও য়েংগে।

তোম্বুং—ইমায-মায! চবোয়—ন্ত! (**নোকমিন্নবা**)

(**খরক্নী মম**)

(**চীন্না কামদুনা হুই খোংবা, খোঙথোং অসুম নকশিন্নকপগী মখোল। খংলেপ লেপখিবা।**)

হৈবোন—হা;—আই! ঐগোয় ইমুংসিদ পুংবা ডেজাওনিনহৈ। ডেজাও। কদায় ঙম চৎগ্রে! (**খংলাউ লাউবা**) ম—ম্মী!

চরোয়নু—(**খংবা**) **হাই!** নপা!

হৈরোন—(**নোকপা**) **আই** মমী ফমুং লৈ'জাৎ ওইরে!

চবোযন্নু—কৈনো কৈদৌবে হৈবোন?

হৈবোন—নো মাদব—হেবোন নত্রে। নহান্দগী ঐগী মিং ফ্রিক। ফ্রিক কৌববা। ইংলিশকী ওন্থোকঅবা। নহে যগী নবোনসি তা ব। স্থিত ওইদে। নো। ওইদে ফি—ক, ফ্রিক। তাবদা মান্দ্র খিন ইনাং। সিংহ নুংহ—দ্রোপ। যাদ্রে। নহান খবনদ ওন্থোকথ্রবনি। ওঃ কেঃ?

চবোযন্নু— নমিং ওনগেবা নথা মুথংকেবা অতুম তৌবো, নঙ নঙনা ঙম্লবা অতুম তৌবো, অতুগা নুংস্নুরা থিল্লবা মলেচ্ছ নিফাই অমনব দৌনা, থাদ থবাইবদা উবদৌনা লাউবত্তুদি লাইনিংথোকাসি লোইনা চেনখিংবে হাযরানি। কৈদৌবে নক ককা ইকোক বাবথোকঅদি এসোমগী কবিগী কনা লৈখিদবা যাঙ লাকঅব্রা?

হৈবোন--সিবো? নিদি মী অ—বেনে। শীনবদা পোবগী মহোয কৈ কৈনো ঘ ষ্টীক পোকেচ মচা মচা থাঙ্গনা চিংনবগ্বা যাওরুবত্তুদা মহোয ব্রনকী নহাবোল খবনা ঐদবগী শমসি খবা শাংনা উবে হাযদনা মানবিবকপা জাংনি। হেনজিনথ্রমাল্লে। তৃপীস্নু অমা লেগে পেশা পীযু হাযদনা কৌবাননা।

চবোযন্নু—নহানমুকস্নু অমুক হেনজিল্লকথ্রদাযনে নঙবো।

হৈবোন—অতুনা মহোয ডি. ভি. দা কিকেট থোইবা ডবগী প্লাষ্টিকী। নদায লুপা ১০০ দং পীযু।

চবোযন্নু - ইমায। চ-নী। ঙসিন কদায কবি কনানা পোদৌবিবা?

হৈবোন—পোবা থোইবগী নবে ০ ইবকস্নু অমা লৈগে অতুগা থবোই পাৎলোমগী লোযশঙ অহনবত্তুদা নিলাম লাউবস্নু যেংঙুগে সাইকল মর্নাংগী গাযাব তিপ অমস্নু লৈগে। ভাবাগী ঙুঙাং

যাম তৌনৈ মহোযগী সিতি বস ফৈকক। খোঙনা চৎপস্থু মতম মাঙই। লৈত্রগা ৫০ তাবিবগে ১৫০ পীবো। থেংঙ্গে।

চবোযনু—তাবিগেবা হেনবিগেবা এঙোন্দা পৈশা ১০০ ফাও লৈত্তে, নপাদা হায়যু, হন্দক্কী পেশাস্থু ফংঙক্তিমনি, লাউজবক্কনি।

হৈবোন--ঐখোয' দাদীদা লাইবিব লেগে পৈশা পীযু হায়নদৌ শক্ত কৈ মমায নাম্নগে। শেন থুমদা প্রস্থুব স্থুংঙাইবা মপাসিদি লাইফশা অমূত্তা উজফি। পরীক্ষা মযদা লাইবক লেগে হায়দ কোনুগী বাধা থাডগে হায়তুঙাহ শাউবিবা। দাদি লাইত্তইদা ১০০ ৮০ পীবকখু ফবে।

চবোযনু—বনিগী লাইবিবৈ লৈদৌবিবো? পরীক্ষা মযাদদা লেবা লাই-শিকনিব নঙগীসিব স্থুপামচা—কুইন্দ্রিদাইনে নহানগী অতুদা লৈখিবা লাইবিক্রশি ডু কদায' চৎখ্রগে?

হৈবোন—লোইশে নসানগী পরীক্ষাদদা। হন্দক্কী অদিদা অমুব লৈদৌ-বিমনি। পরীক্ষা অনমুবা যাম-যাম চৎখাপোইনি।

চবোযনু—হস্থদদি চঙদবা হস্থদা পুবস্থু উদে, পাবস্থু উদে পরীক্ষানি হাযদনা পাচৌদা। লাই ঙমস্থু পাচমদা ডক্সী হায, কদায তৌবিবা পরীক্ষানে।

হৈবোন—মাঙ্গোন্দা, ডুদান্দ চৎপন মযাদা, অা—শাংনাং খোঙদা পুল্লপ পুল্লপ তৌবর্বনি। হি ন হৌপাৎ নগে এনা থোকপা অতুম তৌবি পেশাদা মপীস শাপাদা। বদাবনো মাগী নিলাম পাউবা হৌবস্মনি। দং হান্না পীবো, লাইবিব্রা বেন্না লৈবগে, টিপকা নিলাম যেংবগীগা হইবগে।

চবোযনু—কবিগী নিনামনো মথোঙ মযম অমঙ থঙদে, উপগা রাগা ইশম শম্নবদনা স্থুপামচা নঙনা তৌবিসি।

তোম্বু:—( চঙকেণা ) আই কনানো। হৈবোন। কুইবেদা ইচাদি উদবা কম-কম পাল্লি? অনা অযেক যাওব্রা কবোমদা হোৎ-নবি? কৈদৌবে নকোক-নরু অতুনা শেন থুম লৈখিদবা যাওব্রা ফম্মুদনা টথোক্কনা উববু। তোলোপ মুংলোপ ফংওস্নু ফদোবা বন্দ-মুং—।

হৈবোন—খওঙে দাদীদগী অম্মা হোপ নৌত্রে। মমী, ২০ দং পীবো। খওঙে ঙাইহাক্তা যেংঙুগে অসোমদা হাইগত্তবস্নু কুইবে।

তোম্বু:—কৈনো কৈদৌনবনা ২০ অনিবু কবিনো পৈশাবা—?

চবোযন্নু—হা খওদে খওদে লাউদৌবি'যেযে লাউদৌবি'যেয়ে। মথং মথং ওস্থাববক্তনা তাবিদনা ২০ দ লৌপ্পিসিনি নপা-নচা' থোক ঙাংনজবো।

তোম্বু:—কবি লাউবা।

চবোযন্নু—লাউদৌবি হাযবিগিনি খওফাওে এস্নু—।

তোম্বু:—কৈনোনে লাউ দৌবিবো? কবি লাউবা, চৈবাউদৌবিববা? উবাউবীরে?

হৈবোন—নিলাম। ঙবাং নহান্দগী চোবাক অপুম্বা যা-যা লাউনদনা—কনাগী মীখল-মুংখলগী কুম্মৈবুদি হেনগ্রে ঙাংনবিবা, নৈনবিবা। মীনা পীক থল্লস্মনি। পীকপনিনা মীনা চঙবা খোৎপা যাবম্মরোই।

তোম্বু:—কবিনো হাযবনি নিলাম লাউদৌবিবো? পাৎলা অনাবকলীবা লিংখৎলুবা মকপ-মুংলুপকী থুম-কেবা—?

হৈবোন—তো—। ঐ' হাযত্নি তাবমদ্রিনসে। —খোংনাংদো খোং-নাংদো—তবঙ খোংনাংদো।

চবোযন্নু—হা। কৈদৌবা মুপামচা? তরঙ খোংনাং'বা,

হৈরোন—নত্তদি ! খোংনাং নত্ত্রদি নিলাম লাউবু ঃ হৈবী লাউগদ্রো।

তোম্বং —ই—হে ! মচাস্থ হাইগৎখ্রেদনা মুংশিৎসে ! তরঙদবু— ?

চরোয়ন্নু—করি কমদৌবা হৈরোন ?

হৈরোন—হ ! ঐনা ওল্লে হায়দো অসোমগী লোন্দাদো—ফ্রিক।

চরোয়ন্নু—হোয়নে ফ্রিকলা ক্লিকলা ;—তরঙ খোংনাং হায়সি কৈনো কদাইদা হৌবা করম্না কনানা— ?

তোম্বং —নমা-নচাবু কৈদৌগে ফ্রিক-ক্লিক হায়সিনা করিনো ?

চরোয়ন্নু—এ ! ঙাইখোনে মিং ওন্থোক ওনশিনগীহু লায়রিনে। ঐনা হায়দ্রো তরঙ খোংনাং লৈ ; পাউ তায় হায়দনা হায়দ্রো ! নপানা স্তুকয়া য়াদবা। মী অঙাং অসিনস্থ হায়রিসি তাদ্রো। খোংনাং হৌবা নত্ত্রো নুপামচা— ?

তোম্বং —সে সে ইবুংঙো, নমাসে ভাব অমাওইনা তৌরবনি। ফীবম অসিদা নুংশিং অপাইবা চঙত্রা কৈনো মুংশা থীদনা ঐদি চথোক্কদৌফাও চথোকত্রবনি। অমুক্তা জোনে চঙনা, ভাব তা-না লৈত্তে, হৌবা হৌনদে হায়দনা—।

হৈরোন—লৈনা কৈনো দাদী ! নিলাম লাউদৌরিসিদি—লাউদৌরিসি খোংনাংহুনিনে। মী নহান্দগী ওক্লিংবা মথৈ য়েংবা য়ানী হায়দনা অয়ুক পুঙ তরুক্তগী মুংদাংগী ৬ ফাওবা লাইন অহুম মরী থোক্লা লেংনদনা য়েংনবা হৌগ্রবনি।

তোম্বং —কৈনোনে নুপামচা নঙগীসিবু হেক্তা পাইবা উরদৌনা ! নঙবু উরবো ? নমীৎনা শঙশঙ— ?

হৈরোন—মীৎমক্কদি উদ্রি য়েংবা চঙনবা মী পরেং পরেংহুদি নিনি হুম্নি স্থবে উরিবা। এ দাদী লাইন শাংথ্র'জাংনি লাম্মীনা ঙাকই-নিদনা। ঙসিদি বেতালি য়ান অহুমগুম্বনা ঙাকঅব য়াই। অস—

তোম্বুং —অঁ থঙদে। উত্রিবা নত্রদো। সে সে লুপা তবাসি পুরো অত্তুগা স্থক্রিক লালগী হোটেলত্তুদা কৈনো অঙৈংবা অমা ফজনা ফমত্তুনা থকঅগা হল্লকউ। লম অসিস্থ হন্দক চহী ৫/১০ অসিদি শাবা খংহেন হেনগৎলকই। অশাবা মুংশিজনা কোক্তা হেক যৈবত্তুদা—।

হৈবোন—অস। ঐখোয দাদীসিদি। তবা অমগা হাপ্পকখো কোম্নবোই

তোম্বুং —ফবে অসিনা কোম্নবা কৈনো—

থবী —( **মপান্থী** ) ইবুঙো ইনাও তোম্বুং লৈবা নত্রো।

তোম্বুং —অ, তাদবো, ঐ লৈজে থোকচবক্কে।

হৈরোন—দাদী। ২৫।

চবোযন্নু—অঙাং অসিনা অস্থক তাবিনা— পীখ্রোবো?

তোম্বুং —ঙোয-হোয, খিৎ পীখ্রো। অত্তুগনে নিলাম-ফলামকায়না লাং-ফাং—

থবী —কৈনো তূম্মীবো ইনাওবো

তোম্বুং —অদা— । ( **খোঙথাং মখোল** ) তাথবী লেঙশিন্ন ফমসি কদায় লেঙদোইবা?

থবী —ফম্মগুমসি। ছুটি হাযবা থাবে নিলামত্তুম ভাইহাক যেংঙ্সিদনা।

তোম্বুং —করি তবঙ খোংনাংগী ওইবত্রা?

থবী —হো। নোংথর্ক্কীদো। তাবম্মোইবে ইনাওস্থ। নফী অমা—।

তোম্বুং —ই—হে। তাথবীস্থ—। লেঙশিন্ন চান্নুং—

থবী —হ। যেংঙ্সি হাযবদি হৌদ্রিঙৈদো—হৌবু হৌরম্মনিনে। ঐখোয' মমাওগী থিকাদাব কোকপৈত্তুদি খোংনাং পুথবকজদৌনি হায়দনা বুলদোজবগা রায়ত্রে হায়রি।

তোম্বু:—কৈনোনে তাথবী ঐবু- ঐবা তাদহোয়রা খোঙবী থককদৌ-
রিসিবু ভাব-মেন অমা—?

থবী —কৈদৌববা? আ—য়ৌবগা ভানি নফী অমা হুকচিল্ল ঙাইহাক
য়ৌরুসি। নঙ' খোঙ্গ াউতুবু গাড়ী তোং' য়াদ্রিবো?

হৈরোন—(চৎখি চৎখিনা অরাপ্পদগী) দাদী সাইকল ঐনা পুরে। ঐগীহু
মনীং চাকাহু নুংশিৎ জাৎ অমওই' তৌববনি। (মাঙলা মথোন)

থবী —নচানুপা যাইমহু নভ্রা! মকোকনে মকনে মশকপু খঙঙ্‌ত্রে
কদায়দনো শগোন্দা চোংখৎলৌনা তুল্লদনা পাইখ্রিসিনা।

তোম্বু:—আ—নিলাম—?

থবী —হোয়নে ঐখোয়স্থু ঙা'ক তাকসিনে।

তোম্বু:—কমদৌই তাদা ননাওগী খোঙ্গ াওসিবো চিন্না উরৈরোই?

থবী —তো চপ চানা তনাপ তনাপ্পা উৎবেদনা। চুঙ ফীরান চাবা ইনাও-
নিনে কয়া মকা লাম্না উরে। ঐগীস্থু ইবুংঙো খুনীংসি গাড়ী
তোংদ্রবস্থু য়ারে। নচানুপা অহনহুগী রারুনুংজু থোক্কা লৈখিবা,
তরানি কুন্নি তোঙঙম্মগা ফেশন ওল্লে হায় ওন্দে হায় তৌদনা
হুক্কোক্তনা থম্মবা অমা থোক থিংজল্লগা লাকএ। ইচা চাউ-
রকপাসিস্থু ইনাও তোম্বু: নোংখন্নৈহে। অতোম্বীহুগী ফুরিৎ-
নিসে ইয়াম্বনা হুকচিল্লকইসে।

তোম্বু:—হোয়নে তাদগীহু নহানরাই থোংলেনহোয কবিহোয়না মপান
ইথং থংবদা লীৎনবমগুম্বা কবিগুম্বা অমা মাল্লিদা হায়দনা হেক
হেক য়েংঙাম্মিবনি; হায়দি হায়দোকচদবা।

থবী —এ! ঐনা ইমুংদা পাক হেক চঙঙক্লিহু নচাপুপীহোয়গী ফেশনগী
ফুরিৎ অসি হেক উবদা ইচনমুপীহু ফৈনা হাইথখিদ্রা হায়দনা—
এ! কান্নেবো তোম্বু:! সাইজ লৈতে মী খন্দে, হন্দক

চ-উম্বা ইস্নুপাদগীনা ননাও ময়াম নচন ময়াম নতৈমস্থু অদগী ঐঙোন্দা চপ চাদনা লিংলকইসিনি। মুংঙাইখ্রে মুংশিং মুংশা মরাং কায়না খুয়া তুশিংনা ফুরিং মনুং অসিদা পানবা অতুম য়াই। মনুংদা লম মরাঙ কায়থ্রপোংনি।

তোম্বুং —হোয়নে। তাদগীতুগী মচুদুস্থু মীৎ-নাকাসি থংশিং হেক শিং-বদোনা তৌই।

থবী —কৈনো অতুই রাদি তোম্বুং, উইরুম-উইরুম চংলম্বা গাড়ী-যনকাদি নাশোন্দা হাইরপক্ত খংউ উবদা ক্রুঙ হৌদনা মমৈ ফীরান শাদনা পাইনখ্রিবনি। নঙগী তুই অসি ঙসাইনা থোঙ্গান ময়াদা মমৈ লোনশিল্লগা ঙংতুনা লৈহৌববনি। ঐবু ইশক খঙবগী, মনম খঙবগী চবম তম্না চোংখৎলক্কবনি। ফবেদা পঙ হাৎ হাৎলুরনু অমনীথক য়েন্দং মতোন্দোনা হৌরিবা নশম অতু শমজেত্তা লোইনা লৈহৌরনি। চৎসি। লোইতুম লোইরমদনকো

তোম্বুং —খোংনাংবো?

থবী —হ। নিলামবো হায়বা।

তোম্বুং —লেঙঙসি।

( মরুকী মম )

( মীনিল। কার, জীপ, মোতোর, রিক্সা সাইকলগী মখোল )

থেম্বুং —আই তা থবী, তোম্বুং ভাঙ্গৈ, কদোমদনো অদোমদা চঙঙিবা নিলাম ওক্কেরো লোইর' কানসিদা?

থবী —ঐ—মা থেম্বুং, নিলাম য়েংগে লাকইমনিনে লোইথ্রব্রনে?

থেম্বুং —ঙসাইনা লোইখ্রে; ওকখ্রে ওকখ্রে থিকাদার কোকপৈনা হৌ-জিকমক ফুকথরসি হায়দনা বুলদোজর লৌবা চংথ্রি।

তোম্বং—খোংনাং হায়ত্নরনে ভাঈ থেম্বং ? অওইবা ওইনা হৌরনে ভাঈ।

থেম্বং —খোংনাংবো ?

তোম্বং—হোয়নে ; তরঙ খোংনাং হায়রি কৈনোত্নবুনে—হৌরনে ?

থেম্বং —কৈনোনে তোম্বং ভাঈ, ভাঈনা তাকপিরিসিবো। মীগী হৌবা লোইদনা' নিলাম লাউবা লোইরদনা, ফুকথ ইম্ফগদৌগী মী তাম্ফোক খোঙোক লোইর' কানসিদা ঐখোয়' ভাইনা হৌজিক্তা মীৎ না কা লংখৎপিরদনা ঙকশিনবিররিসিবো।

থবী —তৌবনি ঐখোয়' তোম্বংগীদি অতা-অতাবা, অউ-অউবা পুন্নমক্তা চোংশিন চোংশিন ঙকশিনবনি। ঙসাই মযুমদৈনি ঙকথরকইসে।

তোম্বং—ঙসাইদগীদা নত্তোনে ওদা ; নহান, নহান-অমদৈনি-কুইরে ; হৌজিকস্থু ঙকপা হন্দ্রি।

থেম্বং মরাংনা ?

থবী —খোংনাংগী খোংনাংগী-তরঙ খোংনাংগী! হৌরম্মোই হৌদে হায়রিয়ে।

থেম্বং—আই ! মী- -লোয়শঙদগী ফাইল মাঙবদৌনা ময়ামগী রাফম ওই-রবসে। ঐ উরবনিনে ভাঈ তোম্বং ; ময়ামনা শঙ-শঙ উরবা নিলাম লাউত্নুনা ওকথ্রবা খোংনাংনিনে ভাই।

তোম্বং—হা ! উরবা ?

থেম্বং—উবাইবু ঐ হৌজিক্তা থোরকইসিনি। মী ময়ামস্থ লৈনবিসিনি হায়দনা। মন্নুংদা য়াম্না চঙহন্দদনা ফুকথরগা পুথোরকপদা য়েং-খিনি হায়দনা ঙাইনরিবসিনি। য়েংখোনে হৌজিক ফুকথনি হায়দনা বুনদোজর লৌবা চৎথ্রবনিনে। লাকঅনি। য়েংখো কুয়রোই ফুকথরকঅরনি।

তোম্বুং— কদায়ব্রাইদৈনো হায়বনি ফুকথদোরিবো ? করম্বা তরঙদগীনো স্বর্গগী করম্বা মফমদৈনো হায়’ব্রানি ভাঈ ?

থেম্বুং— এ, এ। ভাঈগীসি, ভাঈনা ঙকপিরিবসি ঐ ভাব অমা লাকএ। তরঙগী খোংনাং হায়রিসি কদায়দা হৌবনো করিনো কমদৌবনো হায়বা ব্রা ওইতারে ;—করি হায়গে ভাঈ ?

তোম্বুং— অদু নত্রদি করি ওইনে’গে ? অমদা হংই ; অমদমুক হংই— মুপীদা অঙাংদা ওঝা গুরুশিংদা সুরে। তায়দি হায় উই, মফম খঙই, হায়বদি অমত্তা হায়নদে। য়েংউসি। য়েংউসি হায়দনা পুবিরকইবা তাদ থবীস্থু উদে মফম তাংদাংবা খঙদে হায়দনা লাকমিন্নরিসিনি। অঙাও’ তা’ লৈরকইসি ফনা কুইরে। ময়েক শেংনা অমুক্তা তাসি মরূপ ; মঙদা শামুনা তানগে তানগে তৌরকইসি অমুক্তা ফাবসি। ময়েক শেংনা অমুক্তা তাকউ। ফজনা তাথোকসিনে তাদ, উদৌস্থু লৈরে ; উদ্রিঙৈসিদা অথুপ্পহু খঙহৌরসিনে।

থবী —ঐস্থু নহান্না খঙনীংঙবনিনে।

থেম্বুং— মহোয়গীসি স্থুমদৌ’জাৎনি। অসিদগী বিলদিং অসি উরেদনা।

থবী —উবদা নত্তে ঐখোয়না হঙ্গৎ-হন্দা চঙিঙবনিনে মুন্না খঙগ্রবা খঙদবা য়াদবা লোয়শঙনিনে।

থেম্বুং —হোয়নে বিলদিং মন্নুংহু খঙবিরেদনা উবিরবনিনা ?

থবী —চিনফা পুরে ; মীৎ উইশিল্লগা পুঙদা কেলোমিটর ৭০০ কী চাংদা চেনবা ঙম্মনি ; মানা করিনাইবু নয়াম্বস্থু লমজেনসি—

তোম্বুং—ফরে তাদগী লমজেনহু আ—ইনে কৈনোগী খোংনাং মখোঙদা চেনসি ; তাখিসি।

থবী —ঐগী ইনাও তোম্বুং অসিদি লাইমা —। কৈদৌবা থেম্বুং ?

থেম্বু:—চঙঙেদনা। কাখৎফমতুদা কাখৎলগা অনীগুবা ক্লোরগী লৈখৎফমতুদা অসোম অৱাংলোমদা কাপথ্রিবা লম্বেল অমা লৈনদা, মতুদা কাচিনলোমদা চঙঙবা, সুম চঙবা, সুম চঙবা কাচীন খম হেক থেং' ফাও চঙঙবা। খম থংবদা কা অনী নাকন নাকন্দ লৈবদো ?

তোম্বু:—অতুদি মখারোমগী অতুনা উমং-ৱামং শংনবা অতুগীনি অমা অৱাংগীছুনা কৱিনো ছাগীবা শাগীৱা অচৌবা অমগী ওইরিনি।

থেম্বু:—হোয়নে অদো: হে-বা অতুবু মতৈ-মশিংগী মাল্লিদা।

থবী —হোয়নে ফৱেনে লৌউ শিংউগী ওইৱম্ন কৈনো তৌবনি। অতু কৈদৌববা ?

থেম্বু:—অনী অতুগী কারক্তা, য়ুমথক্তা, ফক্লাংগা পান্নবগী অতুদা খোংনাং অসি তৌবা জাৎনি।

থবী - অতুদদি, অতুক চিন্না কনানা থারুরিবা ?

তোম্বু:—হেৱা! তাদস্নু অতুদা পাউইনচেককুম্বনা নত্তনদি কনানা ডমনে'গে!

থেম্বু: —হ! মী হঙ্গৎহন্দা চংনবা মফমনি থাগে হায়ৱবদি য়াবা ডম্বা জাৎনি অংম্বনা করিনা চা যেংগী কৱিগী থারম্বস্নু য়াই।

থবী —মতু ওইদ্রবা ৱানি 'ইগো থেম্ব । অঁ অতু কৈদৌবা ?

থেম্বু:—কৈস্নু তৌদেনা। চাউৱে শাংঙে, ময়ামগী পোৎ ওইৱবনিনা নিলাম লাউৱে হৌজিক বুলদোজব অম-অনী থৌজিল্লনি ফুকথরনি। এ! চাউৱে ৱাংঙে তাদ! মৱা অম'নীদি মখাগী লৈবাক শোক্তৌৱে।

তোম্বু:—হৌবু হৌদনা উচীনা কবিনা চাথোকপিদ্রবদি হেক মচাউরকপনি।

থবী —হে ৱা ইনাওস্নু খোংনাংবু উচীনা চায় হায়ব্রো! ফাইলনি হায়য়ু: শেঙ্গাওনি বাক্সীনি হায়য়ু চাবা চীকথৎপা য়াই। খোংনাংদি হামেংনা করিনা চাগদবানি; অহাওবা পোৎস্নু নত্তবতুবো।

অদুইস্মু মথক্তা জীব অমা পাল্লিবনিদা হৌরে। হৌরবদি লাইনা থাবনি পৎ হেক থৎপা হৌনব্রদো ! থব্রায়বু ইকায় খুম্নবা হায় বসিস্মু ঈশ্বরবু ইকায়-খুম্নবনি—ধর্মগী রানিনে ইনা ওশা। ইয়াস্ব হোয়দি চহী অসি পেনশন অমুক অনীরক য়েথোক্লদনা ধর্ম কর্মগী রাসি নীংশিংঙে। পাপপু ওইনিনে অদুক চাউজরবা জীব পানবা অমবু থোক ইম্বদৌরিসিবো। মীগী উ অমা য়াল্লবদি চহুম থাজিল্ল হায়নরিবা মতমসিদা।

থেম্বুং—এ! চহুমদি য়াম্মল্লেদা তাথবী !

থবী —হায়বরু কৈদৌগেনে থাদৌস্মু লৈংবদা। হৌজিকপু অমসি ফুকথরগা কয়া থাখিবা য়াদগে ! কদায় থাকুরনি ?

তোম্বুং—অদুইদি তাদা সরকারগী বিলদিংবু অসিমখক্তরনে ! চা-চানা, চানা খুজীং ওইনা লৈরি ক্লাক হায়রা ধর্ম চেনবা ইচাশিং ইনাও শিং খবনা সমাজ সেবাদা চাথোকখ্রস্মু ফনা য়াম্না লৈবমখিনি, মখোয়না কোয়নোম নোম কোয়পাই পাইদনা অদুম মথাজদি। হঙ্গৎ হন্দা চৎলিবা উরিবা ঐখোয়না য়েংশিনবিরগতা লোইরে। ভাঈহোয় তাদহোয়স্মু লোয়শঙ কাননিবা ডাক্তি হৌ লাকপা— ফক্লাংদা, য়েনখাগী দাবী মপানদা খুমখক্তা করিদা রেলীংদা কমদা করিদা হৌবা উ-লাক্তুনে ?

থবী —কবি উদনি উবিবনি, য়েংলিবনি। হোয়নহৈ তোম্বুং নীংশিংঙকএ ঐখোয়গী লোয়শঙগী সিরি কাফমদা মচেক্তা অমা অনী নপ্তুনা হৌরিহুদি মনা ফনা পুংনা উবে ; চুম্মী। থাবদি থানরি।

থেম্বুং—তো। অদুনি অদু শন্ন-হামেংনকা চাথোকখ্রিবা য়েংশনবিয়ু তাদা ! হ! মগুংদু পাম্মুইদনা ময়ামগী দেশকী লননি। নত্তে ময়ামগী সেবা তৌবগী তৌবা থাগী অহৌবা তাং-লুংকাদি অদুম মঙাইনি ;

অতুগী মথক্তা ঐখোয়স্‌ অম্পা মচেৎ অমা কবিমদি তৌবা চুম্মী-নদো—ফজনা হৌজবা ৺মজসন্‌। চাগে তৌবা হামেং অতু হাইফেত্তংদি লাউটুনা তাম্ভোকঅমগনিদনা, কযা রাবা পোৎনো।

থবী —চুম্মীদা। নিলামগী পৈশাতু লৈবাক্কী পুক্কৈদা কাবোইদ্রো, পুম্নমক্কী য়াইফ থৌবাংদা শীজিন্নরোইদ্রো। কবি হায়গে ইভো তোম্ব —ইয়াম্বনা হায়বিসে।

( লাপ্পা বুলদোজর মখোল তাবা )

থেম্ব ং—ও। য়োবকঅমাল্লে বলদোজব, মখোল তাবে।

থবী —তবঙগী লীলাসি লোইদোবমাল্লে চৎখ্রসিবা ইচীন্নাওবো?

তোম্ব ং—যাবে তাদা, খঙবনিনা য়েংদ্রবস্‌ য়ারেদা। খোংনাংনিনা চুম্নগী খোংনাংতু ওইবিনিনে। হা ভাঈ থেম্ব ং চুম্নগী খোংনাংতু ওই বিনিনে ভাঈনা উবদা?

থেম্ব ং—শেংখ্রবা চুম্নগীদুনি। অতু, লাকঅবদি য়েংখ্রসিদনা ফুকথবা হৌ-দৌরে য়োরকএ 'সে।

( বুলদোজর মখোল অন্নম অন্নম হোগৎলকপা। ফনা কুইনা ভংতুনা লৈবা। ভংবা তকথবা নীংখায়বগী মখোল।

( অরোইবগী যন্ন )

2853

## অহৈবা

এলাংবম দীনমনি, ( পোকপা ১৫ । ১২ । ৪০ )
ওজা, মণিপুরী বিভাগ, মণিপুর যুনিবর্সিটী, কাঞ্চিপুর ।

### খোঙজবা লাইরিকশিং

#### য়ারীমচা—

- থক্কবী ( ১৯৭০ )
- মোরাখী অচাওবী ( ১৯৭৪ )
- তিথ্বংলৈ ( ১৯৭৭ )
- পিঠোল অমা কুন্দালৈ অমা ( ১৯৮১ )
  ( ১৯৮২ দা সাহিত্য একাদমীনা মনা )
- ইমেমনি ভৌরাম্নি হক্ হক্ ( ১৯৮৩ )
  ( ১৯৮৫ দা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীনা মনা )
- মন্ত্র জন্ত্র তন্ত্র ( ১৯৮৬ )
- লাইরেল মরীবোং ( ১৯৯১ )

#### সাহিত্য নৈনবা

- মণিপুরী সাহিত্য অমসুং সাহিত্যকার ( ১৯৬৬ )
- খাইরাকপম চাওবা ( ১৯৭২ )
- ডাঃ কমল ( ১৯৭৬ )
- ডাঃ কমল : পুন্সি অমসুং সাহিত্য ( ১৯৮২ )
- অচাংবল : সাহিত্য সমাজ অমদি সংস্কৃতি ( ১৯৯২ )

#### শৈরেং—

- চোইজাইনরবা ( ১৯৭২ )
- লুপিরবদি ( ১৯৮৭ )

#### হন্দোকপা—

- ত্যাগ পত্র ( ১৯৭০—উপন্যাস )
- অমবা যুগ ( ১৯৮৫—লীলা )
- হুরবদন ( ১৯৯২—লীলা )

#### খোঞ্জেল লীলা—

- তমঙ খোংনাং চাউবোইবা ( ১৯৯৩ )